

# অন্দ্রো
# খুন্দা লৈতারকপা
## অমসুং
# মৈথৌরোলগী চ্যনবিশিং






অইবা :
এস: থম্বাল সিংহ

# অঙ্গো খুন্দা লৈতারকপা

## অমসুং

# মৈহৌরোলগী চৎনবিশিং



অইবা :

এস: থম্বাল সিংহ

ফোঙজবী :

শ্রীমতি সলাম মেমচা দেবী, অন্দ্রো বজার

মখুম য়েকপা, আরটিস কুল্লা সিংহ

ব্লোক শাবা মঙ্গি এণ্ড সন্স,

লাইরিক ফংকম : মনিপুরি সাহিত্য পরিষদ, অইবা মশা

পাউনা রোড ইম্ফাল

কোপী মশিং ২০

মমল লুপা ৬০/-

ফোঙবা নুমীৎ মেরাগী পুনিমা নুমীৎ ১৯৯৪



মরুওইবা ৱারী ৱাতাইনচিংবা পীবীরকপা পন্দিতশিং

১। শ্রীকানজৌবম মোত্রো সিংহ চহি ৭৬ (অন্দ্রো)

২। ,, তুলোপীং সিংহ ,, ৭৪ ( ,, )

৩। ,, গোপাল সিংহ ,, ৬৩ ( ,, ) লুকলাকপা

৪। লৈশুংবম খম্বা সিংহ ,, ৬১ ( ,, ) নম্বোর

শ্রীসলাম থম্বাল সিংহ

B. A. LL, B, নি হৌজিক

"অন্দ্রো বাল বিদ্যা মন্দীর স্কুলগী"

Principal ওইনা থবক পুরি ।

তাং ৫-২-১৯৯৪ ইং

* হৌখিবা পুন্সিদা হৌরকখিবা থবকশিং

শোক ১৯৭৫ ইং "All Manipur Schduled Caste Students Union গী general Secretary ওইরমই ।

* শোক ১৯৮২ ইংদগী ১৯৮৭ কাওবা Andro Small Town গী Commissioner ওইনা থবক পুরকই ।

# অহৈবদা

শ্রীলাল মখাল সিংহনা ইবা "অস্রো খুন্দো লৈতারকপা অমসুং সেরোলোজী চৎনবীশিং" হায়বা লাইরিক অসি "সক্রিপ্‌" Script ওইনা থোরকহনবা ইবা লাইরিক অসি "সক্রিপ্‌" Script ওইনা শোনরিনিংডা পারে। নহা ওইরিবা লেখক অসিনা হায়মছু 'দর্মিক লৈরেং কোবা লৈরেং লাইরিক অমত্তু ইদুনা কোংদোকখ্রে, নহা ওইরিবা কবি অসি লৈরেং ইবদা নংতনা লমদম অসিগী মরুওইবা, 'অস্রো হায়বা লম' অমসুং মসিদা তারিক মীওই কাওলুপ অসিগী মরোংদা য়াম্না কুপ্না খিজিন্না মনিপুরী মীয়ামগী মাওদা সাহিত্যগী লনকৈ ওইনা অমমি লাইরিক ওইনা কোওদোক্‌না পুখোরকপা অসি য়াম্না থাগৎলিজবিনি।

ঐখোয়গী লৈবাক মনিপুর হায়বা অসি শীকচক্রবদু য়াম্না লিকবা মশাক সংস্কৃতি লৈবা জাতি অমনি লৈবাক অসিদা মখম্‌ অসিগী তোওান তোওানবা য়েক, শলাই, মীওই, তিন্নহুনা অমত্তা ওইবা তারি। মসিগীসু মখক্তা নোংপোক হারম অমসুং নোংচুপ হারমগী সংস্কৃতি ঈনোং কয়াসু লাক্‌না তিনশিনখ্রবনি। লমদম অসিগী তোওান তোওানবা মীওই কাওলুপকী চৎনবী জাতিগী ওইবা নাংশিংদা থেরবা খর-খরসু লৈরি, মসু লৈবাকশিংগী মীশিংনা মুক্না খওবা হায়বদি ওওাই কদবনি অস্রো হায়রিবা মী কাওলুপ অসিমক য়াম্না তিরবনি।

ওসি চহি মশিং খওদনা তংতনা থাতুনা লাক্লিবা অস্রোগী খুৎলাইরবা মৈগী মরমদা ঐখোয়না তারেং লমদম অসিগী তোপ তোপ্পী চৎনবী নাংশিং অসি মীয়াম্না য়াম্না খওনীওলিবনি। মীয়ামগী মাওদা অসিওবা খওবদা অমসুং পাবদা কাম্নবা লাইরিক পুখোক্লিবা অইবা নহা অসিবু লমদম অসিগী "লাইনীংথৌ পনম নিংথৌবা থৌজালনিবসু"।

ইম্ফাল

তাং ২৬। ৭। ৯৪ ইং

শ্রীজমীর আজ্রী

# অহৈবগী ৱাহৈ

ঙসি লমদমঅসিগী ওইনা লৈকয়রুবা মৈহৌরোলগী চঙ্গ-পথাপ অহনা লেঙনা লৈরিবা অসিগী ৱারিগী অরমদা অমিং থোনকরগা কোংজবা "অপ্রোং খুন্দা লৈতাম্ৰকপা অমস্থুং মৈহৌরোলগী চৎনবীশিং" হায়না মিংথোনুজবা লাইরিক মচা অসি মীয়ামগী মাঙদা পুথোকচরে।

——— মচা অসি পুথোকবা হোৎনজবদা লমদম অসিদা লৈরিবা ঙ অহে পন্দিতশিংদগী ৱারী ৱাতাই কয়াম কঙু খোমজিন্নহনা অমদি অমঙ অহে কয়াগী ৱারী শীঙবুলনা মপুঙ ওইহনগা কোঙজবনি। মরম অসিদা লৈরিবা চহি, চা কয়াদগী মুৎতনা ঙসি কাওবদা চারিবা 'খুভম' অসি মৈতৈ লৈবাক শিন্দুনা খঙনদবা কয়াহু য়াওরি। অসিবু মীয়াম শিন্দুনা খঙহনজচিঙহনা লাইরিক ওইনা ইরগা পুথোকচবনি, লাইরিক অসিগী ৱাহৈ ৱাতাদি অরিবা লোন অমদি ময়াম ওইনা লৈবা লোন্না নন্না শিজিন্নরি। ৱাহৈ লানবা বনান লানবা অমদি অৱাংবা কয়া য়াওরমগনি অরানবা খুদিংমকপু চুমথোকপিরক্লবা অহৈবনা পাবিরিবা পাঠকশিংদন্থু হায়জরি। অহানবা শরুক ওইনা লাইরিক অসি পুথোকচরে। মৈতৈ লৈবাক অমদি ইরমদম অসিবুন্থু খোইদোক্না সুংশিজবনা মরম ওইহনা পুথোকচবনি। লাইরিক মচা অসি পুথোক্নবা হোৎনবদা শ্রীশিজগুরুময়ুম তরুনকুমার শর্ম্মা হায়রিবা মরুপ অসিনা ঐগী অৱাবা কয়াদা শরুক য়ারকখি- মরুপ থরনন্থু শেলগী তেংবাং পীবিরকখি।

★ ডাঃ হাওবম বোরবাবু সিংহ (Speaker 1994
Frant Govt. of Manipur)

★ ক্ষেত্রিমযুম উদোয় সিংহ (Occupational Oficer Edt. U Dept. of Manipur)

★ কুমা মরিং (Sandung Shenba Maring Scy. Village Auothority)

★ সলাম ধনা সিংহ (Andro Kharam Leikai)

মমল য়ামবা ভদ্রলোকশিং অসিগী থাগৎপা ফোংদোকচরি।

# য়াওফম তাকপা

– x –

‘অন্দ্রো খুন্দা লৈতারকপা অমসুং মৈহৌরোলগী চৎনবী’

# অন্দ্রো খুন্দাবা হৌরকপা

ওঁ

অঙনবা মতমগী যুগদা লৈরম্বা হৈরিচক্, হয়াচক্, লাংবচক্, অমসুং খুন্নুংচক্ হায়না যুগ মরি অসি লৈরমই হায়বসি অখণ্ড অহৈ কয়া কয়াগী অরিবা পুয়াগী লাইরিক্তা ইরমই হায়না লৌনরি, অতুঙৈ মতম অতুদি হৈয়াচক্কী মতমদা লাইয়ামশিংনা পাল্লমই, যুগ অসিনা মথং মথং শঙ্লকতুনা হোংলকপদগী হৈয়াচক, অমসুং লাংবচকগী মতম য়োরকপদদি খোইয়ুম লাইনা শায়া কয়া শঙ্লকতুনা নমু তাইবঙ মী ওইনসু মায়া তৌনরকখি, হায়রিবা মতম অসিদি চহি লিশিং কয়াগী মমাঙদগীনি, মীওইবা ঐখোয়না যুগ মরি অসিগী লোইথরকপা মতমদা লাঙোন ওইনা লাকখিবনি হায়না হায়নৈ।

মতম মতমগী অমদি যুগ যুগকী লাঙোন কয়ানা মথং মথং হোংএবা মতুংদা অনৌ অনৌবা লাঙোন কয়া কয়া লেপ্তুনা লাকখিবনি। মতম অতুদা পানখিবা অমদি শায়োন ওইনা লাকখিবা অমসুং লৈখিবা নিংথৌ অতুগী কোলোয় মিংলেন্দি কোলোয় মিংলেন নিংথিবা ‘নোংপোক নিংথৌ’ হায়না কৌই। নোংপোক নিংথৌ অসিদি মী নত্তে; মহাক অসিদি লাইগী শায়োন্নি হায়নৈ, মহাক অসি হৌজিক মীয়াম পুম্নমক্না থোইদোক হেন্দোক্না খঙনরিবা ‘ইবুঙো শিবা মহাদেবা’ অসিনি অখণ্ড অহৈ পণ্ডিত কয়ানা ঙসি ফাওবদা লেপ্না লৈতনা মথং মথং লিন্নরি। হায়রিবা শক্তি লৈরবা ঈশ্বর শিব মহাদেব অসিনা শায়োন ওইতুনা হৌজিক মীয়াম পুম্নমক্না খঙনরিবা নোংমাইজিং চীঙজাও হায়রিবা চীঙজাও অসিদা চহি মতম কয়ামরুম নিংথৌ ওইতুনা শায়োন্নগা

পানখি হায়নৈ। অহুবু মতম অহু ঙসিদগী চহি নাশং কয়া চপনা পানখিবগে হায়বা অহুদি শেংনা হায়বা ঙমখিদ্রে চাউরাক্লা হৌজক্পগী চহি লিশিঙ (৩৫,০০০) রোম শুরয়গনি হায়না লানৈ।

হৌজিক ফাওবদা নোংমাইজিং চীঙদোল অসিদা শিব মহাদেবগী চাওরবা খুভম অসি ঙসি ফাওবদা লেঙদনা লৈরি, হৌজিক মীয়ামনা চীংকোই বারুনি হায়না লাই খুকপা চৎনবিবা চাউরবা খুভম অসিনি, মসিনস্থু থাজবা য়াবগী খুদম অমদি প্রমান ময়েক লানা উরি, হৌজিক হৌজিক মীয়ামনা হায়নরিবা নোংমাইজিং চীঙদোল অসিদা খালোং চীঙতেক, হায়দুনা শিব-মহাদেবগী খুভমগী খা পাংনা কিঃ মিঃ অমরোম চৎথরগা য়োংকী খাবৈ য়ুংদুনা লৈরিবা খুভম অসিমু খালোং খাবৈ য়ুংবা, হায়না মীয়াম পুন্নমক্না খঙনরি।

হায়রিবা খুভম অসি মতম অদুদা পাক্লপা নোংপোক নিংথৌনা থম্মবা 'অপোকপগী খুভমনি' হায়নরি, অসিদস্থু নত্তনা মফম অসিদা অতোপ অতোপ্পা লাইফম কয়ামরুনগী খুভম কয়ামস্থু লৈরি ; মফম অসিদা লৈরিবা স্বরসতি গুহ্ত, পারবতি, অমদি গঙ্গা চোনতাবী, পারবতি, মথাদা লৈরিবা শুরুংনচিংবা অশেংবা তীর্থ ওইরিবা শাঙখানবা য়াবরা খুভম কয়ামরুমস্থু মফম অসিদা লৈরিবসিনি।

হৌজিক হৌজিকস্থু নোংপোক নিংথৌ হায়রিবা ইবুঙো 'শিব-মহাদেবগী' খুভম অসি অখণ্ড অহৈ পণ্ডিত কয়া কয়ানা পুজা তৌদুনা থমলি অমদি মরম অদুনা ঙসি ফাওবদা মফম অসি মুংনাইদনা লেঙদনা লৈরিবা অসিনি।

অস্থুম্না নোংপোক নিংথৌনা পানথ্রবা হায়বদি মহাক্কী যুগ অমদি লাঙোন্না লোইহনা লুপথ্রবা মতুংদা মথং মথং খুনুংচক্কী মতম যুগ অসি হৌরকপগা লোয়ননা মমিং চৎপা শক্তি লৈরবা মীওইবগী শক্তমদা লাকপা মুণি কয়া কয়া অমুক ফাওরক্তুনা অমুক হনা চীঙ অসিদা নিংথৌ

ওইদুনা পানবা হৌরকখিবনি মুণি ঋষি কয়ানা চহি লিশিং কয়া কয়া পাল্লরবা মতুংদা মখোয়শিং অদুগী মতুংদা থাইদগী শিংথানবা য়াবা মুণি অমা ফাওরকখি, মুণি অসিগী মমিং মত অদুদা 'নোংমাই মুণিবা' হায়না খঙনরমই, মতম অদুদা নোংমাই মুণিবনা বাংলবা নোংমাইজিংগী চাউদোল অসিদা নিংথৌ ওইদুনা খুন্দা লৈতাদুনা পান্দুনা অমুক লৈরক-খিবানি হায়রি, নোংমাই মুণিবনা নোংমাইজিংদা খুন্দাদুনা পাল্লম্বা অমা শক্তি লেনা মাপ ওইবনা চহি ৫০০ রোম চুপনা চাঁউ অসিদা পান্দুনা মুংলানা ঙৈখি হায়না মথং মথং মমিং চংপা পণ্ডিতশিংনা থাজবা মোং পীরি। মহাক্কা পানখিবা মতমনা চহি লিশিঙ ১৫,০০০ রোমগী মমাঙ-দনি হায়নৈ।

হায়রিবা মতম যুগ অসিদি খুল্লংচক হায়না খঙনরিবা যুগ অসি য়োরক্কে হায়নৈ। হায়রিবা মতম যুগ অসি যিশু খৃষ্টনা পোকতুরৈগী মমাং চহি লিশিং কয়াগী মতমদগীনি হায়না লিনারে, মহৈরক থিবা মরম অমনা মতম অদুগী পণ্ডিত, অখণ্ড অহৈশিংনা শোক তারিকনচিংবা ইন্দিরমদবা মরম্না ওইবশিংদা অৱাবা অমা থোরিবসিনি।

মখৈনা পোকতুরৈগী চহি লিশিং কয়ামরুমগী মমাংদগী হৌনা অস্ত্রো হায়না খঙনরিবা লমদম অসিদা লৈনোম নোংশেমদুনা খুন্দা লৈতারমলে হায়বগী থাজবা য়াবা প্রমান কয়ামরুম ফংবা ঙমলে, লোয়ননা অখণ্ড অহৈ পণ্ডিত কয়ানস্থ মাগী মাগী থাজবা য়াবা লোন কয়ামরুম ফোংদোক্লরকখি।

অখণ্ড অহৈ পণ্ডিত কয়ামরুমনা ফোংদোরকপা মোত কয়ামরুম অসিনা অপুনবা মোত অমত্তা ওইনা য়ান্নরকলে মরম অদুনা মতম অদুগী মীরোল অদুদি মীশিং ইয়াম য়ামদে, 'অখণ্ড অহৈ মী' খরতনা খুন্দারম্বগী প্রমান ফংই। প্রমান অসিনা শাখি ওইনা পণ্ডিতশিংগা মোত অমত্তা ওইরি। নোংমাই মুণিবনা চাঁউ অসিদা নিংথৌ ওইদুনা পাম্লিঙৈ মতমগী

ম্বাল্লীনি :- হায়রিবা থৌদোক অতুগী ম্বাল্লী অতু খ্বাইদগী মরুওইনা থাজবা অমদি শীঙথানবা য়ারবা থৌদোক অমগী ম্বারিনি।

'নোংমগী কোরৌ' নুমীৎ অমতা নোংমাই মুণিবা নিংথৌনা মহাক্কী অচানবা মনাই খরগা লোয়নননা উ অমা য়ানবা চৎলমই, মহাক্না পামেল উপান অসি য়ানবা চৎগদৌরিবা মফম অতুদি নোংমাইজিং চীঙশাং অসিগী খা পাংনা চথরগা লৈবা লোক অমদনি, লোক অসিগী মমিংনা খোংজি লোক হায়না খঙনৈ। মফম অতুদা হৌবা ম্বাং চাওরবা পামেল 'উনিংথৌ' পাম্বী অসিনি, মুণিবা নিংথৌনা উনিংথৌ পাম্বী অসিবু হেক উবমক্তা য়াননিঙবা পোকলমই; ঙাইহাক্কী মতুংদা পামেল উপান অসিবু য়ান্নবগীদমক্তা পুক্না তৌরমই, অমসুং লেপ্তুনা য়ানবা হৌরমই। পামেল উনিংথৌ পাম্বী অসিবু য়ানবা হৌরকপদগী অমদি তংখাই চনলকপদগী হৌরতুনা 'উ' অসিনা তুরমদাইগী মতম য়ৌরক্লবদা মহাক্কী তুফম মায়কৈ য়েংলকপগুম, নোংপোক মায়কৈ পাংনা পামেল উনিংথৌ পাম্বী অসিনা শামাই লৈবা হৌরকখি, লোয়নননা ইখঙ খঙহৌদনা উনিংথৌ পাম্বী অসিনা নোংপোক মায়কৈ পাংনা ম্বালেম পৃথি লৈমায়থক অসি খোংতুনা নোংলৈ নুংশিংকা লোয়নননা নোং খোংবগুম অকিবগী খোঞ্জেলদা খোংম্নলগা শাংলবা চীংশাং পরেংগী চীঙদোন অসিবু থৎলগা লাও খোংতুনা পামেল উপান অসিনা তুবকখি হায়রি। নোংমাই মুণিবনা লোইবী লোকচিল খোংজিদগী য়াল্লকপা উনিংথৌ পাম্বী অসিনা চীঙদোন অসিবু লান্দুনা তুথরকখি হায়তুনা চীংদোন অসিগী কোলোয় মিংলেন অসি 'উলান চীঙ' হায়না কোলোয় 'মংকৌখি।

মতমগী খোঙচৎ মতুং ইন্না মীরোল কয়া কয়ানা হৌব্রবা অমদি লোমগ্রবা মতুংদা চীঙ অসিগী অশেংবা মমিং 'উলান চীঙ' কৌনরম্বদগী মীরোল কয়া কয়ানা হোংখিবগা লোয়নননা লোলসু হোংলকখিবনি, মমৈথংদদি চীঙ অসিগী মমিং অসি 'উলান চীঙ' হায়বা মমিং অসি

থাদোকখিদুনা 'উরান চীঙ' হায়না অদুমক কৌনগ্রে : নোংমাই মুণিবনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লিবৈগী মতমদগী হৌনা চীঙ অসিগী মমিং অসি 'উলান চীঙ' হায়না লেঙদনা লৈরমই। নোংমাই মুণিবা নিংথৌনা পাল্লিবৈগী মতমদগী হৌনা চীঙ অসিগী মরমদা য়াম্না কুপনা থিজিনবা হৌখি. লোয়নদা মতম অদুগী অখণ্ড অহৈ পণ্ডিত কয়া কয়ানসু চীঙ অসিগী নিংথৌনগী মরমদা থাজবা মোত কয়ামকুম পীনরমই।

'চীঙ অসি নোংনা বাংনা চুরিবা নোংদোন অতিয়া অসিমুক বাংই হায়না লৌনরমই'।

নোংদোন পকনা খেৎনা বাংই হায়দুনা চীঙ অসিবু নোংমাইজিং হায়না কৌনরমই। অতোপ্পা পুয়াগী লাইরিক থরদা অসুম্না থাজবা য়াবা প্রমান কংই, মদুদি শিব মহাদেবগী শায়োন ওইনা মহাক্কী মীয়াম্না খঙনরিবা কোলোয় মিংলেন অমনা নোংপোক নিংথৌ হায়না কোলোয় মিংকৌনৈ ; মরম অমদা নোংপোক নিংথৌগী কোলোয় মিংলেন অসিবু লৌরগা চীঙ অসিগী মমিং অসি নোংমাইজিং কৌখিবনি হায়নসু হায়নৈ, অসুম্না মতিক মগুন লৈরবা শিব-মহাদেবগী নোংপোক নিংথৌ হায়বা কোলোয় অসিবু লৌরগা অমদি নোংনা অদিয়া পকনা বাংই হায়না লৌনরম্বা অসিগা পুল্লগা নোংমাইজিং হায়না থোনখিবা ওইগনি, হায়না বারীনরি, তশেংনমক অখণ্ড-অহৈ পণ্ডিতশিং অসিনা অমতা ওইনা পুনশিল্লগা থোনখিবা মমিং অসিনা অচুম্বা ওইবা তারে।

মতমগী খোঙচৎ মতুং ইন্না চীঙ অসিবু অখণ্ড অহৈ পণ্ডিতশিং অমসুং তুংদা লাকপা মীরোল কয়া কয়ানা চীঙ অসিগী মরমদা শৈশক শৈথাদুনা অসুম্না লেপ্তনা শৈশক শৈথারকখি।

মহুদি :—

'শেলোই নিঙ্কবরা নীকদ-চীঙ,
নোংমাই হাঙ্কবরা হাদ-চীঙ,
তেনৌ য়োৎপী হুইথা চীঙ,
ছারিক্সা মপান থাবা চীঙ,
নোংথৈনা মউ লিংবা চীঙ,
য়াৱানা পুবা ··· ··· চীঙ,
নোংথাংনা তাওবা চীঙ,
লাংথে চীঙনুংশি ।।। ।।।
নোংখন ··· ··· ··· ··· চীঙ,
মতোন কীন্থবীরো —
চীঙয়াঙদা পামেন নশিন্নবনা
পামেন ঈন্নীঙ হুন্নক্লে ।।।
তন্না শিদবনা ; তলা নাপু ফারকলে' ।।

অসুম্না চীঙ অসিবু নুংশিবা শৈরোন শৈথারহুনা শৈশক্লরবহি, চীঙ অসি মহী -ময়াই কনবা অমদি অৱাৎপা লৈতবা চীঙনি হায়হুনা লমদম অসিগী অহল লম্বন লাইগুরুশিংনা সনজিং হায়নস্থ কৌনৈ ।

হৈগী হৈপাল থারমই
হৈয়া মউ লিংঙমএ,

অথঙ অহৈ পণ্ডিত কয়ানা চীঙ অসিগী নুংশিবা কোলোয় অসিবু অকাওবা লৈতনা ঙসি ফাওবদা লেপ্তনা শৈথাহুনা শৈশক্লরি ।

# অন্দ্রো কৌখিবগী ৱারী

পুয়াগী অরিবা ৱারী লাইরিকশিংদা অহুম্মা পল্লি, মাতুংদি নোংমাই মুশিবনা পানগ্গবগী তুংদা মথং মথং অখণ্ড অহৈশিং কয়া লাকহুনা মীরোল কয়া কয়া অমুক লাকহুনা চাওঙ অসিদা মথং মথং লোইবা নাইদনা পানখি।

অন্দ্রো কৌখিবগী ৱারীদা অখণ্ড অহৈ পণ্ডিতশিং অমসুং মতম অহুগী পুয়াগী লাইরিকশিংদা অহুম্মা পল্লমই অমসুং লৌনরমই অতোপ্পা অমনা হলেঙ অমসুং হনচোক হায়না খঙনবা মচিল মনাও তরেৎ, তরেৎ হলেঙগী লোয়নবা মচিল মনাও তরেৎ, অহুগা হনচোকী লোয়নবা মচিল মনাও তরেৎ পুম্না মখোয় মচিল মনাও তরেৎ অনি তরামরী অসিনা নোংমা য়ারো শঙাই শাদানবা চৎলি মখোয়না শা তানবা চৎলিবা মফম অসি হৌজিক মীয়ামনা খঙনরিবা খুমন লম্পাক হায়রিবা মফম অসিদা ওইরম্বা য়াই হায়না লৌনরি। মচিল মনাও মখোয় অসিনা লম শাংনা চৎলকপদগী শা তানবা লেপ্তুনা তরা চাক চান্নবা মথেল থিন্নরকখি।

মতম অহুদা হলেং মচিলমনাও তরেৎ অমনা খুৎপু অমা শারগা চৎলি, অতোপ্পা হনচোক হায়রিবা মনাও অসিগীসু মাগী মনাওশিংগা পুল্লগা মখোয় তরেৎ অসিনা খুৎপু অমা ওইরগা চৎপনি, অহুম্মা ৱারবা মতম অহুদাময়াম্বা হলেঙ মনাও তরুক্কা লোইননা লেমলৈ ঙা থিবা মতমদা লেমলৈ ঙাখা ওইনা ফারে, লোয়নননা মনাও নিপা হনচোকী কাংবু খুৎপু অসিনা খজিং তেপোপ ওইনা ফারে; ময়াম্বা হলেঙগী কাংবু অসিনা লেমলৈ 'ঙাখা' অসি লমলেন খঙলাপুঙ অসিদগী খঙলা লারোল মঙা থাহুনা থোং থাক্লগা তরা চাক চাখরে; মতম অহুদা

মনাও নিপা হনচোকগা লোয়ননা খুৎপু অসিগীদি খজিং তেপোপ থোংবা হৌরকপদা খাম্বী মৈথক্তা থোংবা মতমদা খজিংগী মচু ঙাংশিল্লকপদা মুন্দ্রি ঈ চংলি হায়দুনা কন্না লোনবা হোংনরি।

মতম অসিদা হলেঙ মচিল মনাও মাগা লোয়নবা মনাওশিংনা চৎলসি নখোয়স্থ থোংলিবা ইঙ্গাং অদু মুল্লগা চারগা ঐখোয়গী খোঙ্গুল লীরকউ ঐখোয় হান্না চৎলমলগে, হায়দুনা ময়াম্বা হলেঙগী খুৎপু মনাওশিংগা লোয়ননা চৎখ্রে; হলেঙনা মনাওশিংদা মখোয়গী তুং ইল্লকপদা খঙননবা পামেন উপান খুদিংদা থাংগী ময়ানা হুক হকদুনা থনমগে হায়না মনাও হনচোকদা পাউমেল্লমই।

অশোমদা মনাও হনচোক খজিং থোংবা মুনবা ঙমদ্রে ৱাংলেন পুঙখাই অমরোম হেন্না ঙাইদুনা খজিং অদুবু মুন্নবা খাম্বী উপী শিংবু পৈশিন্দুনা মুন্নবনি হায়দুনা কন্না লোনখ্রে।

অদুবু খজিংগী মচুনা অহোংবা লৈতনা ইঙাংদা ঙাংদুনা লৈবা উরবদা তরা চাক চাবা তোক্লসি ইনাওশা ৱারবস্থ ৱাজরসন্থ ইয়াম্বা থিবা চৎপা ফংহৌররোই হায়দুনা হনচোক মখোয়গী মনাওশিংগা লোয়ননা মখোয়না থোংখিবা মুনবা নাইত্রবা খজিং অদু লমলেন খঙলাবু অসিদগী খঙলা লারোন মঙা লোল্লগা মুনদ্রে হায়রিবা খজিং থোংবা অসি হাপ্তনা মফম অদুদা হুন্দোকদুনা থম্লগা ময়াম্বগী খোঙ্গুল লীদুনা লাকখি। মখোয়না ময়াম্বগী খোঙ্গুল লীরদুনা মথং মথং লাকপা মতমদা ময়াম্বা হলেঙনা পামেল উপান খুদিংগী শাখি থম থমদুনা চৎখিংবু মনাও হনচোকনা লী লীদুনা চৎলমই, মখোয়না মথং মথং লাকদুনা থিরকপা মতমদা ময়াম্বনা পামেল লম্মোক কৌবা পামেল উপাল অমদা হুকলমই, অমস্থং লম্মোক হায়রিবা উ অসিদি থাংনা হেক য়ানবগা মহাক্কী মচু অসি মুশিল্লি।

হনচোক মনাওশিংনা উদা হৃকলিবা তাকফম অমুবা অসিবু উবা মতমদা মখোয়না খনখি মতুদি হৃকলমলিবা তাকফম অসিদি য়াম্না কুইরে মচু মুশিল্ল, মসিদি মখোয়না হৃকপা ওইরমলোই হায়না খনবদগী মখোয় অমুক চথবা তৌদনা মফম অতুদগী মখোয়না মখোয়গী হান্নগী লাকফম অতুদা অমুক হনবা তারমই ।

হনচোকগী লোয়নবা মনাওশিং পুম্নমক মফম অসিদা অৱা তেংথানতুনা ময়াম্বা কাইনবগী মুডাইতবনা মরম ওইরতুনা অৱা তেংথা নাওরোইনা ৱানা কপ্পরমই, মফম অসিদা ঐখোয় মতম কুইনা লৈবা কানররোই খল্লতুনা হান্নগী মফমদা হন্নবা হোৎনরমই । মখোয়না ময়াম্বশিং কায়নখিবা মফম অসিদা ময়াম্বা কায়নবগী 'অৱা তেংথাতুনা' থাওখিবা মফমনি হায়তুনা লমলেন লমদম অসিগী মমিং অতু লমদম 'কপৱা' হায়না কোলোয় মিং-থোনখি, হায়রিবা লমদম অসি হৌজিক হৌজিক মীয়ামনা 'ককৱা' হায়না খঙনরিবা লমদম অসিনি, লমদম অসিগী ওইবা অশেংবা মমিং অসিদি কপৱা হায়গদবনি হায়না অরিবা পুয়াগী লাইরিক্তা পল্লি ।

অতুম্না লমদম অসিগী মমিং 'কপৱা' হায়না থোলম্বা তুংদা অমুক মখোয়না খজিং থোংফমলোমদা হলকতুনা লাগী লারোন মঙা থাতুনা থনমলিবা মফম অসিবুনা লমলেন 'খঙলাপুড' হায়না কোলোয় মিংথোনখি । মথং মথং লাকতুনা হান্নগী লৈফমদা হৃকতুনা খুন্দাখি, মখোয়না হান্নগী মফমদা হজিল্লকনা লৈখি হায়না 'হন্দ্রো' কৌখি । হায়রিবা মফম অতু হৌজিক অন্দ্রোনা লৈরিবা মফম অসিদনি ।

'হলেঙ হনচোক্কী, মতমদগী হৌনা লমদম অসিগী মমিং অসি 'হন্দ্রো হায়না অতুম কৌখ্রে ; হলেং হনচোক্কী মমাংদা 'হন্দ্রো' হায়না কৌখিবগী প্রমান ফংদে । মরম অতুনা ঙসিদগী চহি চা কয়াগী মমাঙদগী লেঙদনা অমদি অহোংবা লৈতনা লিনরিবা ৱারীশিং অসিনা লেঙদবা শাখিনি । মীয়াম পুন্নমক্কা লীনরিবা অমতুং ঙাঙনরিবা লমদম অসিগী

অশেংবা মমিং ওইরিবা হন্দ্রো অসি হৌজিক্কী মীরোল অসিনা অন্দ্রো হায়না কৌনরমই, মতমগী মতুংইন্না লোল কয়া খেৎনরকপদগী হোংলক্লনা লোল থৈরকপদগী অন্দ্রো কৌখিবনি, লমদম অসিগী অশেংবা মমিংদি 'হন্দ্রো' হায়গদবনি ।

ইহান হানবা ওইনা লমদম অসিগী মীওইশিংনা খুন্দারম্বা মফম অদুদি 'অন্দ্রো খুমন' হায়না খঙনরিবা মফম অসিদনি ।

হায়রিবা মফম অসিদা লৈশেম নোংশেমদুনা খুল অসিনা অমতা ওইনা পুনশিন্দুনা লৈরম্বগী প্রমান ফংই, অমসুং মতম অদুদা মফম অসিদা য়ুম কুওনা শাদুনা লৈরম্বগী অমনবা য়ুম্ফম অমসুং থেনফম কয়ামরুম হৌজিক হৌজিক ইকায় কায়দনা লৈরি ।

অন্দ্রো খুঙ্গং অসিনা ইহান হান্না খুন্দারম্বা লমদম অন্দ্রো খুমন অসি অন্দ্রো খুনজাও অসিনা খুন্দাফম লমদম অমা ওইরমই হায়দুনা লমদম অসিবু 'অন্দ্রো খুমন' হায়না কৌরম্বনি হায়রি ।

অন্দ্রো খুঙ্গং অসিনা পুন্না অমতা ওইনা খুন্দাদুনা লৈরম্বা লমদম অন্দ্রো খুমন অসিদি অতোঙ অকুৎ য়াম্না নাই, লমদম অসি লৈতেম মান্নদে চীঙ লৈবাক ওইনা তৌই । মতম কুইনা লৈরকপদগী অসুম অসুম মীশিঙ য়াম্বা হেনগৎলকপদগী লৈফম চন্নরকতবদগী মফম চাবা য়েংদুনা হোংখরকখিবগী ৱাদনি । মফম চাবা অৎেম্বা মফমদা খুন্দাদুনা লৈখিবা মফম অসিনা হৌজিক 'অন্দ্রো খুঞ্জাও' হায়না খঙনরিবা মফম অসিনি ।

---

# অমম্বী লোক কৌখিবা

নোংমাই মুণিবমা পানগ্রবা তুংদা মমিং চৎপা নিংথৌ কয়া কয়া মথং মথং পানখ্রে ; মখোয়গী মনুংদা লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা অমুক হন্না নোংমাইজিংগী লুৱাংশংফমদা খুন্দাদুনা নিংথৌ ওইদুনা মতম কুইনা পাল্লকখি হায়রি লমদম অসিগী মরুপ্নইবা পুয়াগী লাইরিক লৈশেম নোংশেম, লৈথক লৈখারোলনচিংবা পুয়াগী লাইরিক্তা ইরমই হায়না পল্লি, ৱারী অসিগী মতুং ইন্না নিংথৌ পুন্সিবা মতিক মগুন চাউবা শায়োনবা ওস্বা নিংথৌনি হায়নৈ মহাক্না নোংমাইজিং লুৱাংশংফমদা চহি ৫০০ রোম নিংথৌ ওইদুনা পাল্লমই হায়রনৈ ।

লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা পানবা মতমদগী হৌনা য়েক শলাই খায়দোকপা হৌখি হায়না লীন্নরমই । মরু ওইনা লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী তুংদা লাকপা নিংথৌরোল খরদি হৌখ্রে । মহাক্কী তুংদা লাকপা মমিং চৎপা নোংমাই নিংথৌ হায়না খঙনবা নিংথৌ অমনা অমুক পানবা হৌরকখিবনি, নিংথৌ অসিগী সনা হাকথক্তগী হৌজিক মীয়াম পুম্নমক্না খঙনরিবা 'অমম্বী লোক' 'অমম্বী লোক' ওয়না শোন্নরিবা মিংথৈরোল অসি অঙনবা যুগকী লাই হাথক্তা থোনখিবনি অমম্ লোক থোনখিবা ঈশ্বর অসিগী কোলোয়দি লাইনীঙ নিংথৌ "{ অতিয়া গুরু শিদবা } হায়বা শকনাইরবা গুরু অসিনা থোনখিবনি হায়না লীনরমই । মতম অদুদি লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী হাকথক্তনি, মহাক্না পানখিবা মতম অদু মথক্তা পনজখ্রে । অমম্বী লোক হায়না খঙনরিবা মফম অসি মহৌশাদগী হৌনা লৈজরম্লবসু অমম্বী লোকনি হায়বসি কনা অমতনা খঙনরমদে । অদুম ওৌনা মীনা খঙনরকখিবা অসিদি মতম ইকুই কুইখিদ্রি ।

লুৱাং নিংথৌ পুলিবগী হাকথক্তা অতিয়া গুরু শিদবনা থোনলম্লবস্ত ঙসি ফাওবদা কনা অমত্তনা কৌনখিন্রি মরুওইনা ঙমঙ্গী লোক হায়না কৌনরকখিবা আসিদি নোংমাই নিংথৌগী মতমদগী হায়নবা হৌনরবখিবনি হায়রি, মতম অদু ঙসিদগী চাউরাক্না চাহ লিশিং (১০,০০০) রোন অদুৱাইদা ওইরম্বা য়াই হায়না চানরি। লাইবক থিবা অমনা মতম অদুগী অখণ্ড অহৈ পাণ্ডতশিংনা শোক তারিকনচিংবা অমতা ইরমদবা মরম্না অৱাবা অমা ওইরে।

পুয়াগী অরিবা লাইরিক অমাংথিনাচিবদা মরওইবা খন্ন খরদি পল্লমই হায়না লাই ওইথ্রবা পণ্ডিত খরনা মথং মথং লাবিরমই, মরু ওইবা ৱারী মতেক খর অসি মখাদা লীজরি।

মতুদি নোংমগী কোরৌ হুমিৎ অমদা নোংমাই নিংথৌনা নোংমাইজিং চীঙশা অসিমক্তা য়ারৌ শঙাই শা তাল্লমই। য়ারৌ শঙাই শঙ্গিনা মশক উনা উনা তামথ্রবদা য়ারৌ শাগী শারম খোঙ্গুল লীতুনা ভানারবলিবা নোংমাই নিংথৌ শমু হকচাং চোকথরকলে মতম অদুদা নিংথৌনা পোংফম নাখন্দ থীরমই লোয়ননা চীঙ অসিগী মথক থংবা নাপোমদা মনা পুঙলবা মশক ফজরবা হৈবোং পাম্বী অমা মরুম লাংনা হৌরিবা অদুবু নিংথৌনা উরমই। নিংথৌনা হৈবোং পাম্বী অসিগী মখোঙ য়োনা চংলমই, অমত্তুং ৱাংলেন মীংকুপ খরদং হাবৃচিক্ লাংতুনা পোথারমই; অমত্তুং ইখঙ খঙহৌদনা তুমথখিরমই।

অতুম্না ঙাইহাক্তুং তুমথরুরবগী তুংদা নিংথৌনা থোম্মেন মঙলান অমা মঙফাওনরকখি। থোম্মেন মঙলান অদুদি অতুম্না য়াৱা চীঙকোই পাউ-তমল্লকখি, মহাক অদুদি অতৈ কনাম্ভু নত্তে, উমংগী লাইরেম্বীনি। হে পাঙ্গলবা নিংথৌ নঙনা ঙসি মচি লোঙবা য়ারৌ শঙাই শা অসিবু ফাগে হায়না শাগী শারম খোঙ্গুল লীতুনা তাম্নরি, নঙনা তাল্লিবা

য়ারৌ শঙাই অতু ফাবা ঙমলোই, য়ারৌ শঙাই শা মহাক্তি ইচম চম্বা য়ারৌ শঙাই শা নত্তে, অহুম্না নিংথৌনা নুঙাইনা খোম্লেন তুমখুল তাল্লিংঙ মতমদা অহুম্না য়াবা চিংকোই পাউদমলকখি ।

য়ারৌ শঙাই শা মহাক্তি লমদম অসিগী ওইনা ঙাক শেন্দুনা লৈরিবা মচি লোঙবা শঙাই লাইশানি, লাইশা অসিনা লাঙোন ময়া তৌদুনা উমং অসিদা লৈবনি । নিংথৌ নহাক মোংবা নরান য়ায়দা হনহৌরো ছায়না য়াবা চীঙকোয়নরমই, নিংথৌনা খোম্লেন মঙলাল অহুম্না মঙফাও-নরক্লবদা য়াবা মীৎকপ থোরকলে, নিংথৌ অসিনা য়াম্না নুঙাইনা পোত্থাদুনা নিংথৌগী অরাবা কোকহনথিবা মফম অতুদা হৌরিবা হৈবোং পান্বী অসিগী মফম অসিবু নিংথৌনা হৈবোং হৌবী হায়না কোলোয় মিংথোনবিখি । হৌজিক মীয়ামনা খঙনরিবা অয়াঙ চীঙশাংগী হৈবোং হৌবী হায়না লৈরিবা খুভম অসি হৌজিক অয়াং চীঙশাংগী হৈবোং পান্বী অসিবুনি ।

নিংথৌনা অহুম্না থনখি, মতুদি য়ারৌ শঙাই শা অসিবু ফাবা ঙমদ্রবসু মহাক্লা চঙখ্রিবা মফম অতুতংদি খঙননবগীদমক্তা চীঙশাং পরেং অসিগী হাওরৈ খা পাংনা লৈবা চীঙশাং পরেং তমনা শাগী খোঙ্গুল লীদুনা লাকখি । নিংথৌনা থুনা য়াঙনা য়াংতৌ শাফু কনথংলক্লবদা হায়বদি নিংথৌনা শাগী লৈকম খঙননবগীদমক্তা থুনা য়াঙনা লাকখি হায়বনি । অহুম্না থুনা য়াঙনা লাক্লবদা শানা চঙখ্রিবা উমং মনাক নকশিনলক্লবদা উমং মনুংদগী কৈনা হৌনা খোংলকপদগী খোঙ্গেল নকনা তারকলে. অহুম্না নোংমাই নুংশিনা নিংথৌনা উরে মতুদি মাঙদা উরিবা অমসুং লৈরিবা চাউরবা অশুনপা উমং অসিদা শা অসি চংখ্রে, হায়না মনাইশিংদা তনলকই ।

মতম অসিদা ইখঙ খঙহৌদনা নিংথৌগী শমু হুকচাংদা অকি অথঙ অমদি তুজুংবা অমা ফাওরকখি লোয়ননা শমু সনা হুকচাং অসিবু কা-হেন্না চোকপখিবনা খোঙ থাংদুনা চৎপা ফাওবা ঙমশিল্লকতে, নিংথৌনা মহাক্কী মনাইশিংদা (শরোইশিংদা) নিংথৌনা মহাক্কী শমু সনা হুকচাংনা খঙহৌদনা চোকথরকপদগী ৱারী পুন্নমক মরিক চুমনা লিদুনা তাহল্লমই।

অমম্বী লোক হায়না খংনরিবা চিন্নবা অমদি শুক্লবা মী পোং তাদবা চঙদবা 'উমং' অসিদা হৌরিবা উজাও অমদি উরী ৱারীনা মম্বনা ঙাল্লবা নুমীৎকী মশক ফাওবা উবা ফংদবা হেক উপমক্কা হুকচাংদা তুজুংবা পোকপা মী পোং চঙবা ঙমদ্রবা মম্বনা উমং ঙহিদুনা লৈরমই, মতৌ অসুম্না নোংমাই নিংথৌনা মফম অসিদা চঙবা ঙমখিদে, মফম অসি হায়বদি মী-পোং চঙবা ঙমদবা মফম অসিবু চঙহৈদে চঙবা তৌহৈদে হায়দুনা মহাক্কী মনাইশিংদা পাউতাক পীরিরমই, ঙসি কোরেী নোংসিদি, মোংবা ঈরানয়ায়দা হনফরে। নিংথৌ ঐনা খোঙদা খুত্তাবা ঙমদ্রবা মফম অসিদি নমু তাইবং মীওইবা ঐখোয়না চঙফরোই হায়না মনাইশিংদা চিংকোই পাউতমলকখি।

হায়রিবা মতম অতুগী মমাঙদগী হৌনা হায়বদি 'অভিয়া গুরু শিদবনা' থোনখিবদগী হৌনা নোংমাই নিংথৌগী হাকথক্কী মীয়াম পুন্নমক্না 'অমম্বী লোক, অমম্বী লোক হায়না তপনা তপনা ৱুম ৱারানরবখি। নোংমাই নিংথৌনা হৈবোং হৌরিবা চীঙশাং অসিবু চৎপদা নিংথৌগী শমু হুকচাং য়াম্না ৱাখি, অমসুং হায়দিঙাই লৈতনা চোকথখি, হায়রিবা চীঙশাং অসিবু নিংথৌনা অসুম্না কোলোয় মিংথোনখি। মতুদি চীংশাং অসিগী মমিং (অৱা চীঙশাং) হায়না থোল্লমই, মতমগী খোংচৎ অমসুং য়াওল মতুং ইন্না লোল খেনরকপদগী অৱা চীঙশাং হায়না কৌনরম্বা অভু মমৈথংদদি 'অৱা চীঙশাং হায়না কৌনখিদ্রে। অয়াঙ চীঙশাং হায়ন

অতুমক কোলোয় চিংকৌনখ্রে। মীয়াম পুম্নক্না হৌজিক অয়াং চীঙশাং হায়না কৌনরিবা চীঙশাং অসিনি।

অমম লোক্কী সাইকোন মন্নুং অসিদা শকনাইরবা ঈশ্বর ইবুঙো পনম নিংথৌগী অমত্তা ঙাইরবা শুক্রবা অচিকপা থুডম অমম্বী লোক অসিনি।

লমদম অসিগী মমিং চংপা পণ্ডিতশিংনা তদেনা ৱারীনরমই মতুংদি হায়রিবা অমম্বী লোক অসিগী সাইকোন মন্নুং অসিদা লাইগী শায়া ওইদুনা লৈবা য়েংবগী পেনবা নাইদবা পুক্নিং হুনবগী মশক ওইবা থরো, থম্বাচগী থন্না শাংপা পুখ্রী অমা লৈ হায়না ঙসি ফাওবদা লেপ্তুনা ৱারীনরি। হায়রিবা উমং অসিদা লৈম্লিবা থরো থম্বাল, শাংপা পুখ্রী অসি মায়াগী পুখ্রী ওইনা লৈবনি, মী খুদিংমক্না উবা ফংবা মফম নত্তে হায়না ঙসিদগী ঙহি ১০০ গী মমাঙদা লৈরম্বা পণ্ডিত শ্রীসলাম উমা সিংহ (সলাম খুল্লাকপা) হায়না খঙনবা পণ্ডিত অসিনা মহাক্কী অরিবা ময়েক্কী লাইরিক্তা পল্লমই, অমসুং পণ্ডিত মশামক্কী খোঙ্মেল মঙলান অমদা মঙফাওনরকতুনা হায়রিবা অমম্বী লোক উমং অসিদা চংতুনা থাঙপোকশঙ, অমা শারগা উমং অসিদা লৈদুনা উমংলাই অসিবু নিংজদুনা পুন্সি লেনখিবা পণ্ডিত অমনি।

হৌজিক হায়রিবা পণ্ডিত অসি লৈখিদ্রে, মহাক্না লৈখিদবা অসি হৌজিকগী চহি কুন (২০) মুক ওখ্রে। পণ্ডিত অসিনা হায়রিবা উমংলাই ঈশ্বর অসি নীঙথ্রিবৈগী মমাঙদা মহাক অন্দ্রো খুল অসিগী মশক নাইবা খুল্লাকপা অমসু ওইরমই, খুল অসিগী খুল্লাকপা তোক্লবা তুংদা মহাক উমংলাই ঈশ্বর অসিবু নীঙদুনা পণ্ডিত অসিগী পুন্সি লোমখিবনি। পণ্ডিত অসিগী মশাগী চহি ৭৮ শুবা মতমদা তাইবংপান্দগী লাইরৈবাক্কী ওইনা অরোইবা য়াইহিপ তানখি।

পণ্ডিত অসিগী খোঙ্মেল মঙলান্দা মংফানেখিবা মঙলানগী ৱারী থরদং মীয়ামদা পাউতমজরি।

নোংমগী কোবৌ নুমিৎ অমদা পণ্ডিত অসিনা 'ইবুঙো পনম নিংথৌগী' খুডম লোইমাঙ ১৬ দা ইবুঙো অসিগী পুজা তৌকরগা পণ্ডিত অসিনা মহাক্কী ময়ুম শঙ্গাই য়োননবা লাকতুনা য়ুম শঙ্গাই য়োরকখি হায়রী, পণ্ডিত অসিনা ময়ুম শঙ্গাইদা হল্লকতুনা নুমিদাংগী চাক ঈশিং চাবা থবপা লোইরদুনা পোথাদগে হাংদুনা তুঙ্গম বাদা চঙদুনা হিপথরমই। পণ্ডিত অসিনা ইহ'ন হ'রা হেক হিপথরকপা মতম অদুমক্তা পণ্ডিত অসিগী নাকোংদা নোং খোংবগী খোঞ্জেল অমা তাবগুম তৌনা ফাওরমই, অদুগী মতুংদা পণ্ডিত অসিনা খোঞ্জেল মঙ ফাওনরকখিবনি।

মদুদি মকোই মরাং যাম্না চোম্না কোক জটা তবা জট পুবা সাধু অমনা পণ্ডিত অসিবু ময়ুম সংগাইদগী বৌথোক্লনা 'অমগী লোক' অসি ফাওবা পুদুনা লাকই সাধু অসিনা হায়রিবা পণ্ডিত অসিবু তচিবপা উমং মনুং অসিদা লৈরিবা ফজরবা পুন্নিং চংবগী মফম চইববা সেংগী পেনবা নাইদ্রবা 'পাৎ মচা' হন্দা পুদ্না কোননা চঙনা সধু অসিগ লোয়ননা যেংমিনরমই, হাইরিবা পাৎ মচা অসিদা চানু পাংগোংনদিংবা অমম্বুং মচ শেনা তৌববা ডান্ন বাংলো শঙ্কু শঙ্খনা পাৎ অসিগী থবো থম্বাল থম্বালক্তা ঈথক ইপোম কানা শানরিবা, লোয়ননা 'শংবানা লুরবা লাইজগী' লেমলৈ ডানসু ঈকাওনা চাবগুম ঈনোৎ কানা শানরিবা পুন্নমক অসিবু য়েংহল্লবা মতুংদা সাধু অসিনা পাৎ অসিগী পাৎপন্দা থৌরিবা ফুগাহনা শাৎপা সনাগী মচু মানরা ঙশাৎপা লৈ থরা হেকই, হেকলিবা লৈ অসি খর অমনা পন্দিত অসিগী খুৎতা পীগি, অহেকপা লৈ খর অমনা সাধু অসিনা পাইখ, লোয়ননা মখোয় অনিন চংকদৌরিবা লম্বী চাই চাইদুনা চংলে। লোয়ননা সাধু অসিনা পন্দিত অসিদা ৰারী মথা তনা শংবা হৌরবখি। নুমিৎ থুদগী অইনা নঙ মফম অসিদা লাকউ লোয়ননা নুমিৎ থুদিংগী পাৎ মচা অসিদা ঈকজগদবনি

লোয়ননা পাৎ অসিদগী লাইজ ঈশিং খুজোক অমগা সনাগী মচু মানবা অশাৎপা লৈরাং অসি হেক্লগা ধূপ কত্লনা মুমিৎ খুদিংগী পুজা তৌরগদবনি ।

পাৎ অসিগী হেক মথক থংনা লৈরিবা হায়বদি পুখ্রিগী লুখুম মপাদা লৈরিবা লৈপুঙ অসিদা কৎলক্কদবনি লৈপুঙ মথক অসি খোঙনা শোকহৈদে হায়না তাকপিরমই, লোয়ননা কনাগুম্বা মীতোপ অমগী মক্কমদা তমথোক্কহু হায়নস্থ পন্দিত অসিদা ( তাকপীরমই ) । চীকনা প্লাউমেনবিরমই ।

হায়রিবা বারি অসি পণ্ডিত অসিদা মরিক্ চুমনা লীতুনা তাহল্লবা তুংদা সাধু অসিনা উমং তমনা মায় ওনশিন্দুনা খোঙথাং মরি মঙা রোম থাংতুনা চৎমীনরম্লগা মহাক্কী শক্তম অদু খঙহৌদনা ( মফম খঙদনা ) মাঙখিরমই, অসুম তৌনা পণ্ডিত অসিনা অকিবা অঙকপা অমসুং তুঙ্জুংবগা লোয়ননা মহাক্কী ময়ুম শংগাই য়ৌনবা খোঙপাল্লকখি, পণ্ডিত অসিনা মহাক্কী ময়ুম শংগাই য়ৌদ্রিঙৈ খোম্লেন মীৎকপ থোকতুনা তুম্ফমদগী থুনা হৌগৎতুনা উমং পাংনা মায় ওল্লগা ঈশ্বর অসিবু খুরুমজখি ।

হায়রিবা মুমিৎ অসিদগী হৌনা পন্দিত অসিগী থম্মোয়দা পোখাফম খঙদবগা লোয়ননা য়ামনা থুনা উমং অসিদা চৎতুনা খাংপোকশঙ অমা শারগা ঈশ্বর অসিবু পুজা তৌতুনা লৈখিবনি ।

লাই অসিবু নীঙখ্রবা মতুংদগী হৌনা শ্রীসলাম খুল্লাকপা পন্দিত হায়না খঙনরকখিবনি । পণ্ডিত অসিগী অশেংবা মমিং মথক্তা পনজখ্রে, শ্রীসলাম উমা সিংহ কৌই । অল্লো খুঙ্গং অসিগী ওইনা মীয়ামনা খঙনরিবা সলাম খুল্লাকপা হায়রিবা পন্দিত অসি মহাক অসিবুনি । হৌজিক পণ্ডিত অসিনা লিংখৎলম্বা খুভম অসি মুৎতনা অদুমক লৈরি । অদুগা হায়রিবা অমস্বী লোক উমং অসিদি হান্নগী মতৌগুম্বা শুকনা মংখিদ্রে ; উমং অসি খরদি কোকথোকখ্রে, অদুবু উমং অসিগী মহৌশাগী ওইবা ফজবা শক্তম অদুদি

ঙসি ফাওবদা কায়দনা অতুমক ফজনা লৈরি। লোয়নবা ঙসি পন্দিত অসিনা লৈখিদবা অসিগীদমক্তা লমদম অসিদা লৈরিবা প্রজাশিংনা অরাবা অমস্থং পেন্দবা কয়া কয়া থম্মোয় শোকনা কো দোক্লরকলি।

# নিংথৌ পুন্সিবা অমস্থং অন্দ্রো ফনজাওবা

নোংমাই নিংথৌনা পানখ্রবা মতুংদা মথং মথং ঙসিদগী চহি (৬০০) লোমগী মতম অতুবাইদগীনি হায়নৈ নিংথৌ পুন্সিবগী হাকথক মতম অতুবাইদগী হৌনা অন্দ্রো খুঙ্গং অসিদা থবক খুদিংমক মপুং ফানা পাংথোকপা হৌরকখিবনি হায়নৈ তৌইগুমস্থং অতুবু অন্দ্রোগী মৈহৌরোলগী থবক থৌরম পাংথোকপা হৌরকখিবা অতুদি চহি লিশিং কয়াগী মমাঙদগী হৌরক্লবনি হায়না লীনরি। মৈবু পুজা তৌতুনা চাং নাইনা লাৎপা হৌরকখিবা অসিদি অন্দ্রো খুঙ্গং অসি ইহান হাননা খুন্দাবা হৌরকপদগী মৈ পুজা তৌরকলে হায়না পল্লি।

চহি কয়াগী মমাঙদগী মৈ অসিবু পুজা তৌতুনা লাৎপা হৌরকপগা লোয়নবা চহি মশিং অস্থুকনি হায়বদি পুয়াগী লাইরিক্কুস্থু পনলমদে মরক মরক্তা পণ্ডিত খর খরগী মমিংদি পনল্লমই মখোয় অতুদি অন্দ্রো ফানজাওবা অমস্থং জেকশা খুল্লাকপা মখোয়না খুল্লাকপা ওইখিবা মতম অতুদি ঙসিদগী চহি ৬৫০ রোমগী মতম অতুবাইদা ওইগনি হায়না লেপ্তুনা লিনরি। অতুবু মতম অতুদা চেকশিননা শোক তারিকনচিংবা ইশিনবিরমদবনা থিজিন হুমজিনবগী থবক্তা য়াম্না অন্নাবা ওইরে।

পণ্ডিত খরগী অরিবা বারী লাইরিক খরদা অসুম্না ইরমই মচুদি নিংথৌ পুন্সিবনা অভাং ওইনা মোইরাংগী লোক্তাক খোঙবান্দা হেক হেক কুমচুনা মমানবশিংগা লোয়ননা শানরিডৈ মতমদা মহাক্না মোইরাংগী পনহৈদবা বাহৈ খরবু পন্দুনা ঈশৈ শকলুই হায়রি, মরম অচুনা মতম অচুনা মোইরাংগী অকন অথৌ অমদি অখঙ-অহৈ পণ্ডিত কয়ামক্সম য়াওনা নিংথৌমচা অসিবু হাংকনি হায়না তান্নরকখি হায়রি ।

মতম অচুদা নিংথৌমচা অসিনা হায়জবা খুদিংমক তাবিখিদে হায়নসু পনল্লি, অসুম তৌনা মায়কৈ খুদিংমক্তা মোইরাংগী অঙম অথৌ-শিংনা থৎচুনা লৈখিবদগী সনা সংগাই য়ৌনা চেনবা ঙমখিবদগী নিংথৌ মচা অসিনা হাওরে নোংপোক পাংনা মথল্লায় হিংনবগীদমক্তা মফম অচুদা শজিক চাচুনা লৈরিবা য়াঙ্গোই শগোল অমা ফারগা য়াঙ্গোই শয়াং থক্তা তোংচুনা য়াঙ্গোই খুরুপ থাচুনা হাওরৈ নোংপোক পাংনা চেল্লকখিবনি । নিংথৌমচা অসিনা খুঙ্গং কয়া চীঙ তুরেল, পাৎ কয়া কয়া লান্দুনা থোরকখি মোইরাংগী অকন অথৌশিংনা তুং ওইনা লৈহৌবদগী মহাকপু মশক উবা ফংখিদ্রে, মোইরাংগী অঙম অথৌশিংনা য়াঙ্গোই খোঙ্গুল লিচুনা তুং ইন্দুনা তানরকখিবনি ।

নিংথৌমচা অসিনা মখোয়গী মশক উদ্রিডৈ মতমদা অচিকপা মফম চাবা লোৎফম য়েংলচুনা মফম চাবা চীঙগী থেনফম চীঙ জম্পাক মচা অমদা হৌরিবা পামেল উয়োং পাম্বী অমগী মখোঙদা মহাক্না তোংলকপা য়াঙ্গোই শগোল য়াইশা অচু পুন্দুনা থনমলে লোয়ননা মহাক্না মশা হিংনবগীদমক্তা খুদোংচাবা য়েংচুনা চেল্লকখি — — ।

নিংথৌমচা অসিনা তোংলকলিবা য়াংগোই শগোল য়াইশা অসি লোত্তুনা থনমই, নিংথৌমচা অসিনা য়াংগোই য়াইশা শগোল অসিবু লোৎলম্বা মফম অসিবু হৌজিক মীয়ামনা 'শগোললোক' হাইনা খঙনরিবা

মকম অসিনি। মকম অসিগী অশেংবা অমসুং অচুম্বা মমিংদি 'শগোললোং' হায়বনি। অদুবু হৌজিকমক্তি মকম অসি শগোললোক। শগোললোক হায়না অদুমক খঙনগ্রে।

নিংথৌমচা অসিবু হাংকে হায়না তাক্লরকপা মোইরাংগী অঙম-অথৌ কয়ানা শগোল অসিবু থেংনখি অমসুং মথং মথং লাইজিং চীঙয়াঙ ফাওরগা চেল্লকতুনা মশাগী মথুরায় হিংননবা লোংফম থিরকখি। মথং মথং ফাওদুনা চেল্লকপদগী মীয়ামনা খঙনরিবা 'অন্দ্রো' খুনৌ হায়না লৈরিবা অন্দ্রো খুঙ্গাও অসিদগী হোংথদুনা লৈরিবা খুল অসিদা চঙদুনা নিংথৌমচা অসিনা মশাগী অফোঙবা ৱারী ৱাখোঙ পুম্নমক চুমনা লীদুনা মীয়ামদা খঙহল্লবা মতুংদা মহাকপু অশেংবা নিংথৌমচানি খঙলবদা খুল অসিগী মীওইশিংনা 'মী-পোং' কনা অমতা খঙহন্দনা লোত্তুনা থম্বিখি। অসুম্না মোইরাংগী অঙম অথৌশিংনা খোঙমী লাম্মী অমসুং পাঙ-মীনচিংবা কয়া কয়া থাদুনা হংবদা কনা অমত্তনা লৈ হায়না তাকপিখিদে।

অদুবু। মখোয়না অন্দ্রো খুল অসিদা শোয়দনা লোংলমগনি হায়না চীংনবদগী মকম অদুদা লানবন শাদুনা শঙ খন্দুনা অকুপ্পা ঈ পাউ কয়া লৌদুনা লৈনগ্রে। মখোয়না নিংথৌমচা অসি হায়রিবা অন্দ্রো খুল মচা অসিদা লৈরে হায়বা খঙলকপদগী অতোপ্পা মকম খুল অমদা অমুক লোংননবা থৌরাং তৌগ্রে। অশোয়দনা নিংথৌ মচা থীনরকলিবা মোইরাংগী অকন-অথৌশিংনা অহিং নুংথিল থাকতনা নিংথৌমচা অসিবু হাংননবা লেপ্তুনা থিনরকলি মতম অদুদা নিংথৌমচা অসিনা লমদম অসিগী মীওই শারদুনা ঙা ফাবগী ফিজোল শেৎতুনা কোকতা খুদৈ য়েৎশিন্দুনা পাই মচা অমা য়ান্দুনা ঙা নৈবা য়াওদুনা লৈগ্রে। মতম অদুদা মোইরাংগী অঙম-অথৌশিংনা লেপ্তুনা হন্না হন্না থিরল্লবদা অন্দ্রো খুঙ্গাশিংনা নিংথৌমচা অসিবু অতোপ্পা মকম অমদা

অমুক থৈদুনা থমগ্রে। অন্দ্রোগী প্রজাশিংনা নিংথৌমচা অসিবু লোৎশিন্দুনা থমগ্রে, হায়না অন্দ্রো খুলগী অঙম অথোৌশিংদা নিংথৌমচা অসিবু পুথোক্কবা কন্না তকশিল্লকখিস্লু হায়রি।

মমৈথওবা অন্দ্রোগী খুঙ্গাশিংনা নিংথৌমচা অসিবু লোৎতুনা থমলে হায়বসি মোইরাংগী প্রজাশিংনা খঙলক্কবদা লমদম অসিগী খুঙ্গাশিংনা নিংথৌমচা অসিবু পুথোক্কবা য়াররোই, মতৌ করম্না নিংথৌমচা অসিবু পুথোক্কনি হায়না খুঙ্গাশিংনা কুপনা থন্ন-নৈনবা হৌরকখি।

মথং মথং নিংথৌমচা অসিনা লোত্তুনা লাকপদগী অন্দ্রো খুনৌদগী অমুক অন্দ্রো সনাপাৎ হায়বা মফম অসিদা অমুক লাকতুনা লোৎলমই, হায়রিবা 'সনাপাৎ' অসি মতম অদুদা শুগ্নুদগী য়ুমনাক তরামঙা (১৫) মুক্কা তাবা অপিকপা খুঙ্গং অসিদা মুমিৎ নিনি লোৎলমই খুল মচা অসিগী খা পাংনা নৈবা পাৎ মচা অমদা কুমত্তুনা ঙা নৈবা মীওই কাঙবু অমগী মরক্তা চঙদুনা ঙা নৈবা য়াওদুনা লৈগ্রে। মতম অদুদা মোইরাংগী অঙম অথোৌশিংনা নিংথৌমচা অসিবু শক খঙবা ঙমখিদে, নিংথৌনা ঙা নৈবা য়াওরিবা মফম পাৎ অসিদা নিংথৌমচা অসিগী সনা হকচাংদা খোল্লকপা (শিরকপা) মমল য়াম্লবা সনানা শাবা সনাগী লিকলু অমা তাখিবদগী থিবা ফংদনা অদুমক মফম পাৎ অসিদা তাদুনা মাংখিরমই। নিংথৌ মচা অসিনা ঙা নৈমিনরিবা ঈচিল ইনাওশিং পুম্নমক ঐগী অমতা ঙায়রবা সনাগী লিকলু তাগ্রে! হায়না তাকলকলবদা লমদম অসিগী ঙা নৈবা য়াওরিবা মীয়াম চঙদুনা সনাগী লিকলু অদুবু থরায় য়াঙনা থীরমই। অদুবু লাইবক থীবদগী সনাগী লীকলু অদু পিবা ফংখিদে! নিংথৌগী সনাগী লীকলু অদু পাৎ মচা অসিদা তাদুনা অদুমক মাঙগ্রে।

থিবা য়াবা মখৈ থিরে অহুবু থিবা ফংদনা মাংখিরমই। নিংথৌনা চহাক্কী সনাগী মমল য়াম্লবা লৌকলু মাংখিবা পাং মচা অসিগী মমিং খাদিবু নিংথৌনা নৌনা মিংথোনখি মতুদি ডাসি কোয়ৌ নুমাংতগী 'পাং' অসিগী মমিং ডাস 'সনামাঙ পাং' হায়না কৌখি। মতমং অসিদগী অসিগী মমিং ডাস 'সনামাঙ পাং' হায়না কৌখি। মতমং ডাসদগী চেনা পাং অসিগী মমিং অসিবু লৌবগা খুল অসিগী মমিংসু সনামাঙ খুল হায়না অহুম খঙনখি। মতুংদা হায়রিবা খুল মচা অসিসু অন্দ্রো খুল হায়না খঙলকখি। চহী দগী থোকখিবনি মরম অদুনা খুল মচা অসিবু অন্দ্রো খুনৌ হাংলখনি লোয়ননা নিংথৌমচা অসিনা লোংলম্বা অন্দ্রো খুনৌ অসিবু অদুক অন্দ্রো খুনৌ হায়না খঙই। নিংথৌমচা অসনা লোংখিবা মফম অন্দ্রো খুনৌ অসি হৌজিক অন্দ্রো নিংথৌরোব হায়না খঙনবে।

নিংথৌ মচা অসিনা মতম খর মফম অসিদা লোংলুনা নিংথৌমচা অসিগী মাংলুগদৌরবা থবাক্ষবু হিংহনবগা নুংশি চাননা থম্খি হায়দুনা নিংথৌমচা অসিনা লমদম অসিবু লৈনা বোলোয় মিংথোলকখি মফমদা মফম অসিদা নিংথৌ ঐনা লোংলুনা হৈংদগী থবাক্ষ হিংখিবা মফমনি হায়দুনা নিংথৌরোং হায়না কৌখিবনি। হৌজিক্কী মীওইশিংনা লোল মথং মথং অমুক থৈরকপদগী নিংথৌরোক নিংথৌরোক হায়না কৌখিবনি, লমদম অসিগী অশেংবা মমিংদি নিংথৌরোং হায়গদবনি।

হৌজিক্তি লমদম অসিগী অশেংবা মমিং ওইরে হৌজিক মীয়ামনা নিংথৌরোক হায়না কৌনরিবা মফম খঙ্গং অসিবুনি।

মতম অদুগী মমাংদগীদি পাং অসিগী মমিংসু অন্দ্রো 'খুনৌ পাং' হায়না কৌনরম্বনি নিংথৌমচা অসিগী সনাগী হিকলু মাংখিবদগী নৌনা সনামাঙ হায়না থোকখিবনি। হৌজিক মীয়ামনা পাং অসিগী মমিং সনাপাং সনাপাং হায়না কৌনরে, সনামাং হায়না কনা অমত্তনা কৌনখিদ্রে। অহুম তৌনা মোইরাংগী অতেম খথৌশিংনা থিবা চষ্

লেপ্পা লৈতনা তকশিল্লকপদগী নিংথৌমচা অসি মফম অসিদা লৈবা য়ারকতবদগী অন্দ্রো খুঙ্গাও অসি য়ৌনা পুখৎলক্লনা অন্দ্রো খুঙ্গাওদা লৈবা অন্দ্রো ফানজাওবগী য়ুমদা অমুক থৈদুনা চেকশিন্না লোৎতুনা থমখিবনি । লোয়ননা মোইরাংগী অঙম অথৌশিংনা অমুক হন্না লীনরক্লনা অন্দ্রো খুঙ্গাও য়ৌনা অমুক থিনরকই নিংথৌমচা অসিনা অন্দ্রো ফান-জাওবগা তান্নদুনা ( অরোনবা ) কয়া কয়া থন্নদুনা মোইরাংগী অঙম্বশিংগী মথক্তা লান্দানবা থৌরাং কয়া কয়া থন্না নৈনবা হৌরকখি ।

নিংথৌমচা অসিনা মহাক্কী থম্মোয়দা লৈবা অৱাবা অমদি পেন্দবা কয়া অন্দ্রো ফানজাওবগী মফমদা লীদুনা নিংথৌমচা অসিনা মীৎতগী শিরাং শিন্থজবগা লোয়ননা অন্দ্রো ফানজাওবগী মফমদা লীরকই । মদুদি ইপু ! ফানজাওবা ঙসি করিগুম্বা নগু ঐনা লাইবক ফদুনা খুদোংচাবা ফংলবদি ইখুৎমক্লা মোইরাংগী অকন অথৌ অমদি য়েক্লবা পুন্নমক অসিবু তুমনা হাৎকনি হায়না অন্দ্রো ফানজাওবগী মফমদা নিংথৌমচা অসিনা পেন্দবগী ৱাশকা লোয়ননা হায়খি ।

'অঙাং নৱা' ওইরিবা নিংথৌমচা অসিগী থম্মোয়দগী থোরকপা পেন্দবগী ৱাহৈ কয়া অসি তাবদা অন্দ্রো ফানজাওবগী থম্মোয় কায়খি । অন্দ্রো ফানজাওবনা নিংথৌমচা অসিবু মুংশিনা নানবিবগা লোয়ননা চেৎনা কোনবিখি থেমজিনবা ৱাহৈগা লোয়ননা ফানজাওবনা নিংথৌমচা অসিদা হায়খি । সন্যখা ইবুঙোগী নতু তুরিক অমতা য়েক্লবনা শোকহল্লোই ঙসি অন্দ্রো ফানজাওবা ঐনা লৈরিঙৈগী মতম অসিদদি অসুম্না অন্দ্রো ফান-জাওবনা নিংথৌমচা অসিগী কা হেন্না মুঙাইতবা থম্মোয়বু ফাথদুনা থম্বীখি ।

নাকন অমরোমদা মোইরাংগী অঙম অথৌশিংনা অন্দ্রোদা লোৎতুনা লৈরিবা নিংথৌমচা অসি পুথোরকত্রবদি অন্দ্রোদা লাল হৌগনি হায়না ফাওবা হায়নরকখি ফানজাওবা অমদি অন্দ্রোগী অঙম অথৌশিংনা

মতৌ করম্না মোইরাংগী অঙম অথৌশিং অসিবু চৎহনগনি হায়না হন্না হন্না খন্নরকখি, অমসুং মখোয়গী মমাংদা নিংথৌমচা অসি পুথোকত্রবদি মোইরাংগী অকন অথৌশিং হনগ্রো হায়বা য়াররোই, খঙলবদা ফরে, অদুদি মোইরাংগী অঙম অথৌ পুন্নমক্না ফানজাওবা ঐগী য়ুমদা কৌরগা শা; য়ু পেন্না পিজ পিথক্রগা মখোয়না য়ু ঙাওরক্লবা মতম অদুদা মখোয় পুন্নমক তুমনা হাৎলসি হায়না মী ভতৈ কনা অমতা তান্দনা চীকনা ঈঙনা ব্রা পুন্নমক খন্নখ্রে।

মথংগী নুমিৎ অমদা অন্দ্রো ফানজাওবনা মোইরাংগী অকন-অথৌ পুন্নমক্কী মফমদা চৎতুনা হায়জখ্রে। হয়েংগী কোরৌ নুমিৎতা মোইরাংগী ঈচিল ইনাওশিং পুন্নমক! ঐখোয় নখোয় অমতনি খৎন-চৈনবা য়াদে, মরুপ মপাং ওইম্মিনরসি চারৌ মোরৌনরসি অমতা ওইনা লৈমিনরসি হায়দুনা অন্দ্রো ফানজাওবনা হায়জরবদা মোইরাংগী অঙম্বশিং পুন্নমক হরাওনা য়ানরে। হায়রিবা নুংশিনবগী ব্রাইশিং অসি হায়রম্লগা ফানজাওবা য়ুমদা হল্লকলে।

অন্দ্রো ফানজাওবনা চৎপ্রবা মতুংদা মোইরাংগী অকন অথৌশিং পুন্নমক হরাওনা অদুমক লৈনহোরে, হয়েংগী কোরৌ নুমীৎতা মোইরাং অমদি অন্দ্রো পুল্লগা নিংথৌ মচা অসি হাৎকনি, অদুম্না তন্দ্রোগা মোইরাং ঐখোয়গা অমতা ওইমিনরগনি হায়না য়ানরদুনা অমগা অমগা হরাওনা লৈনখি হায়রি।

অশোমদা অন্দ্রো ফানজাওবনা হয়েংগী কোরৌ নুমিৎতা মোইরাংগী অঙম্বশিং পুন্নমক তুমনা হাৎননবা শেম শাবা লোয়রে। মহাক্না লমদম অসিগী চৎনবী লোল ওইনা লৈরিবা কনাগুম্বা লমদম অসিগী মীওই নত্তবা মীতোপশিংনা খঙবা ঙমদবা 'চকপা লোন্দা' ইফোং ফোংনা খুল পাউখাং চেনহন্দুনা য়ুমথোং খুদিংগী লৈজবা ওক, য়েন ঙন্নমক

পুথংকদবনি. লোয়ননা য়ুমথোঙ অমগী নিপা অমমমস্তু মতিক চাবা মশাগী কোন্নবা খুৎলাই অমমমগা লোয়ননা পাইরগা অন্দ্রো ফানজাওবগী য়ুমদা লাকতবা য়াদে অস্তুম্না খঙহনখি, হয়েংদি অন্দ্রো ফানজাওবগী য়ুমদা অন্দ্রো অমস্তুং মোইরাংগী ঈচিল ইনাওশিংগা পুন্না চামিন থকমিনগনি লোয়ননা শানৈ য়ুনৈগনি । মোইরাং অমস্তুং অন্দ্রো অনিমক চারৌ মৌরৌনরগনি ।

ওক, শা, য়ু ঙম্নমক পুথংতবা য়'রোই শা য়ু পুথংতবা মহাক অতুদি খুনগী অকনবা চৈরাক ফংহনগনি অস্তুম্না পাউতাক পীখ্রে ! নোং ঙাল্লে হায়নখিবা য়াথংগী মতুং ইন্না মাগী মাগী লৈজবা শা, য়ু, য়েন ঙম্নমক পুথংনরকখি, শাগী শাপোৎ, য়ুগী য়ুপোৎনা অন্দ্রো ফানজাওবগী য়ুম পৈক্কম লৈখিদরে, অন্দ্রো ফানজাওবগী য়ুমদা শা অমস্তুং য়ুনা পৈতুনা লৈরবদা য়ুথাবা মীনা অফবা হিদাক মনা হাপ্তুনা ময়াক কন্নবগীদমক্তা হিদাক মনা অসি হাপ্তুনা থিংলে । শা থোংবা হৈবা মী কন্না কয়া হাপ্তুনা শা নীঙথিনা থোংহল্লে । য়ু থাবনা য়ু থক্কং মশিং নাইদনা থাতুনা থমহল্লে ।

হায়নখিবা য়াথং মতুং ইন্না মোইরাংগী ঈচিল ইনাওশিং পুন্নমক লাকতুনা হরাও তয়ামনা শানৈ য়ুনৈবা হৌরে । শা, য়ু য়েন্দুনা ঙস্বা মথৈ চা-থকলে, মোইরাংগী অকন অথৌ পন্নমক য়ুনা মপঙ ফানা ঙাওনরক্লবা মতম অতুদা হৌগৎতুনা চৎপা ঙম্নরকত্রে মখোয় পুন্নমক ঙাওতুনা তুনখ্রে ।

মখোয়শিং অতুগী মরক্তগী থর অমদি হৌগৎপা ঙমদনা তুতুনা লৈনরে, মখোয়না হৌগৎতুনা চৎপা ঙম্নরোই খঙলবা মতম অতুদা অন্দ্রো ফানজাওবনা মোইরাং ইচিল ইনাওশিংদা অস্তুম্না হায়রকই মোইরাংগী মুংশিরবা ইচিল ইনাওগা ঙসিদি নখোয়না পামলিবা অমদি মতম

কুইনা ফাগে হায়না তান্নরক্লিবা মীশক অদু অন্দ্রো ফানজাওবনা নখোয়দা ইখুৎমক্না শিন্নরগে হায়রকই। অদুদগী অন্দ্রো ফানজাওবা অমদি অন্দ্রোগী অকন অথৌশিংনা খুৎতা মতিক চাবা খুৎলাই থাং, তা, লিরুং তেননচিংবা মতি চাবা খুৎলাই অমমম পাইরদুনা পোক্লরকই, মতম অদুদা মোইরাংগী অকন অথৌ কয়ানা য়ু ঙাওনদুনা জ্ঞান তাদনা লৈরিডৈ মতম অদুদা অন্দ্রো ফানজাওবা মখুৎমক্না মোইরাং অমা থাংনা য়ান্দুনা হাৎপা হৌরকই।

লোয়ননা নিংথৌমচা অসিদা মতিক চাবা খুৎলাই পায়খৎলো ননীঙ তমনা হাৎচরো হায়না ফানজাওবনা নিংথৌমচা অসিদা য়াথং পীগ্রে, অন্দ্রো ফানজাওবগী য়াথং মতুং ইন্না নিংথৌমচা অসিনা মশা চাবা খুৎলাই খুৎশু থাংলেন পায়খৎলে, মোইরাংগী অকন অথৌ মখৈ তুমনা হাৎপা হৌরক্লে খুল অসিগী খুঞ্জাশিংগা মান্নদুনা মোইরাংগী অকন অথৌ মখৈ তুমনা হাৎখ্রে। মোইরাংগী অকন অথৌশিংগী মরক্তা শঙকোইনু, মোইরাং ক্তেরেবা, অসিনচিংবা অকন অথৌশিং পুন্নমক অন্দ্রোদা তুমনা হাৎখি, মখোয়গী লৈফম য়ুম শঙহৌবা মোইরাং খর অমদি নাম্থোকতুনা চেনখি, অদুবু মথং মথং তান্নদুনা লম্নীদা তুমনা হাৎখি হায়না মতম অদুগী ৱারী লাইরিক্তা পল্লি অমসুং ৱারীনরমই।

নিংথৌমচা অসিবু হাৎকে হায়না তাল্লকপা মোইরাংগী অকন অথৌ পন্নমক অন্দ্রোদা তুমনা হাৎখি হায়না ইরমই।

মতম অদুগী ওইনা নিংথৌমচা অসিগী ৱাথোক্তগী অন্দ্রো অমদি মোইরাং অনি অসি লান্থেংনবা তাখি, মোইরাংগী অকন অথৌ পন্নমক তুমনা হাৎখ্রে তাবদা মোইরাংনা অন্দ্রোদা লমন খুমগে থনখি। অদুবু মতম অদুদা মোইরাংনা অন্দ্রোদা লমন খুম্বা লাকখিদ্রে। অসুম্না অন্দ্রোনা মোইরাংবু লান ঙম্বা শকখি হায়বসি, অন্নিবা পন্নয়াগী লাইরিক থরদা মরিক চুমনা ইরমই।

নিংথৌমচা অসিবু হাংকে হায়না তান্নরকপা মোইরাংগী অকন অথৌ পুন্নমক ভুমনা অন্দ্রোদা হাংগ্রবা তুংদা অন্দ্রোগী খোংগমী লানমী থাহুনা নিংথৌমচা অসিবু মহাক্কী সনা সংগাইদা পিল্লনবগীদমক পাড়ু চংখ্রে। সনা কোন্নুংগী অঙম অথৌশিং কেংলক্তুনা নিংথৌমচা অসিবু অন্দ্রো খুঙ্গং লমদম অসিদগী হনখিবা তারমই। মোইরাংগী অকন অথৌ কয়া হাংগ্রবগী তুংদা অন্দ্রো খুঙ্গা পুন্নমক মোইরাংনা লান্দারক্ত্রা হায়না চীঙনবা কয়া লৈবদগী লালগী লাল্লম কয়া শিন্দুনা চেকশিল থৌরাং কয়া তৌদুনা নিয়ম নাইনা ঙাক শেন্দুনা লৈখি। মতম অদুদা লৈরম্বা অন্দ্রো লমদম অসিগী ওইনা খুনপুবা অথৌবা অদুগী মমিংদি 'চেকশা থুল্লাকপা, ৱাইথা লমপুবা, হায়ব্রিবা অথৌবা অনি অসিনি। হায়রিবা অকন অথৌ অনি অসিনা কুপনা খন্ন-নৈনদুনা তান্নরবা মতুংদা লাল্লোং কয়া শিন্দুনা চেকশিন্না ঙাক শেন্দুনা লৈখি হায়না হল্লমই।

মতম অদুগী ওইনা অন্দ্রো লমদম অসিগী পুচিংবা ওইরমলিবা অন্দ্রো ফানজাওবা, চেকশা থুল্লাকপা, ৱাইথা লমপুবা মখোয়শিং অসিনা ঙম্বা মখৈ কন্না হোৎনদুনা অন্দ্রো লমদম অসিগী মহৌশাগী লৈজরম্বা ঙমখৈ পুন্নমক অতোপ্পা মীনা শোকপা ঙমদনবা কন্না ঙাক শেলহনখি, মতম অদুদা লৈরম্বা অন্দ্রোগী মীপুম খুদিংমক (সনামহী লাইনীঙথৌ লৈমরেল শিদবী) য়ুমথোঙ খুদিংগী লাংনরমই।

মতম অদুদা চংনরম্বা মরুওইবা ধর্ম্ম অদুদি (চকপা সনা পোকপা মৈতৈ অরিবা) হায়বা ধর্ম্ম অসিনি। মতম অদুদা চকপা মৈতৈ অরিবা ধর্ম্ম অসি চত্তবা ধর্ম্ম অতৈ চংপা মী অমতা লৈতে হায়বগী প্রমান ফংই।

নিংথৌ পুন্সিবনা মহাক্কী সনা সংগাই কোম্নুংদা হল্লমদ্রাইগী মতমদা অন্দ্রোগী অঙম অথৌ কয়া কয়ানা নিংথৌমচা অসিবু থিনবা থোক্নরকখি।

মীয়াম পুন্নমক্না নিংথৌমচা অসিবু থিন্দোকপা লাকপা অসি উরান চীঙগী উরান খোংনাং মখোঙ অসি ফাওবনি৹ উরান চীংদোন অসি য়োরকপা মতমদা নিংথৌমচা অসিনা অন্দ্রোগী অহল লমনশিং পুন্নমকপু মুংশিজবগা লোয়ননা নিংথৌমচা অসিগী মফমদগী সনা৹ লুপা৹ অমদি মতিক চাবা বর নিজনবগীদমক্তা মহাকপু থিন্দোরকপদা লোয়নরকপা অন্দ্রো ফানজাওবদা য়াথং পীবিরকই।

নিংথৌনা হায়রকই ইপু ঙসিদি নশু ঐগী ইফমদগী করি মনা পাম্লীবগে, অপাম্বা মনা অমতং নশু৹ ঐগী ইফমদগী মনা বর অমতংদি হায়রীয় হাররক্লবদা অন্দ্রো ফানজাওবা বা অমতা ঙাঙদনা তুমিন্না চপ৹ ঙেপ্লহনা লৈমায়দা খোঙবীনা তক্ত তক্লহনা লৈবা উরবদা নিংথৌমচা অসিনা হায়রকই৹ ফরে! ইপু অতুদি ইপ৹না পামলিবা অসিদি নশু ঐনা খঙজরে৹ ইপ৹না পামজরিবা অসিদি 'মালেম পৃথি লৈবাক' অসিনি হায়না অন্দ্রো ফানজাওবদা ময়েক শেংনা খঙহল্লে। নিংথৌমচা অসিনা লুং লুকথহনা বাংলেন মীংকুপ খরতং খল্লগা অন্দ্রো খুঙ্গং পাংনা মায় ওন্দুনা মুংশিবা অমসুং কাওভমদবগী মীৎয়েংগা লোয়ননা মায় ওন্দুনা য়েংলগা অহল ওইরবা অন্দ্রো ফানজাওবদা তপনা তপনা ঈংনা অমেঙবা মুংশিরবা বাহৈনা হায়রকই। মাতুংদি ইপ৹ ঙসিদি নশু শক্লবা ঐনা ইপ৹গী মফমদা লম খরদং শিন্নজরমলগে থবায় হুকচাং য়াওনা অমুক্তা তাবিয়ু অসি হায়রকপগা লোয়ননা ঐগী মিৎনা য়েংবদা উরিবা অন্দ্রো খুঙ্গং অসিগা মায়য়োক্লনা লৈরিবা লম খর অতুদি নোংপোক্তা তাংজেং চীঙ ফাওবা শন্দোকলিবা অসি ফাওবনি৹ অতুগা খারোমদা নোংচুপ ওইবপা চৎখরগা লৈরিবা৹ মথং মথং ঙারিয়ান য়াওনা 'বাইথৌ চীঙজেং, অসিনা কোনখৎলকপা নোংচুপ্তা নোংমাইজিংগী চীঙমায় অন্দ্রো খুঙ্গং অসিগা তাইনরিবা চীঙমায় প৹ন্নমক অসি ঙসিদগী

হৌনা ইপুগী 'নীঙ তম্বা, লমদম অমা ওইবিহৌরো ? হায়না অন্দ্রো ফানজাওবদা পীবিরম্মে ।

ঙসি কৌবা কোরৌ নোংসিদ অরোইবা ওইনা নঙ ঐনা ইপুগী মফমদা শিন্নজরিবা লম খর অসিদি য়োংকী য়োংলি তারা তিংফরোই ; লমগী মমল লৈফয়োই অসুম্না নিংথৌমচা অসিনা অন্দ্রো ফানজাওবদা তাকপিরমই নিংথৌনা অরোইবা ওইনা মহাক্কী চৎলমদাইগী মতম য়ৌরক্লবদা অন্দ্রো ফানজাওবদা চেৎনা কোনশিন্দুনা হিক্ক হিক্ক খোঙ্গেল থোক্লা কপলকখি ।

'নিংথৌ ঐগী থবায়বু ইপুনা নঙমক্কি খনবিদুনা ঐগী থবায়বু ইপুনা কনবিখিবনি, ইপু ঙসিদি নঙ নিংথৌ ঐনা মায় পাকলেদো ঙসি কোরৌ নোংসিদা ইপুনা পামজবা ইপুনা নীঙজবা বর অমদি হায়বিনিঙবা রাহৈ খুদিংমকপু চিংনবা লৈতনা ( নঙ ) নিংথৌ ঐগী ইফমদা তাকপিরোনে ইপ, । অসুম্না নিংথৌ মচা অসিগী তনৌ তনৌরবা চীনবানথোংদগী থোরকপা নুংশিবগী রাহৈ কয়া কয়া হায়দোক্লকপগা লোয়ননা অন্দ্রো ফানজাওবগী হকচাংদা নানবিরকই ; লোয়ননা নিংথৌ মচা অসিগী মীৎলুদগী লেপ্তনা শিন্তরিবা পিরাংগা লোয়নরকপা রাহৈশিং অদু তাবদা অন্দ্রো ফানজাওবগী থম্মোই পুবা ঙমখিদরে — — — ।

অন্দ্রো ফানজাওবা নুংশিবগী পিরাংলক্তা পিরোয়নরদুনা নিংথৌ মচা অসিবু নুংশিবগা লোয়ননা হন্না হন্না কোন্দুনা কপলকখি, লোয়ননা নিংথৌমচা অসিনা অন্দ্রো ফানজাওবদা বর-মশিং নাইদনা পীবিরমই হায়নসু অরিবা পুয়াগী রারী লাইরিক খরদা পলমই হায়রিবা পুয়াগী লাইরিকশিং অসি হৌজিক অয়াম্বা থিবা ফংখিদ্রে ।

ইপু নঙ নিংথৌ ঐনা ঙসি ঐগী সনা সংগাইদা চৎলমদাইগী মতম অসিদা রাহৈ অমত্তংগা হায়জরমগেকো ইপু ! ঙসি কোরে

সুমিংতম্লী ইপুগীনি হায়না পীগ্রবা অন্দ্রো খুঙ্গং অসি খুঙ্গাও লৈচাওবা অমদি য়াইফ সুঙাইবা ব্রাৎত-পাদবা চাকহোঙ ভাহোঙবা খুঙ্গং অমা ওইহৌরসনুকো ইপু !!

নিংথৌ পুন্সিবনা মাগী সনা সংগাইদা লেঙগ্রবদা অন্দ্রো ফানজাওবা অমদি লমদম অসিগী অকন অথৌশিং কয়া কয়ানা চেকশিন্না য়াইফ সুঙাইনা শাল্লকখি। হায়রিবা প্রমান অসিনা মতিক চানা থাজবা য়াবা অমনা মতম অতুদা অন্দ্রো খুঙ্গং অসি শুপনদগী য়ুমনাক (১০৫) দমক ওইরম্বনি মতম অতুদগী হৌনা অন্দ্রো খুঙ্গং অসিনা ব্রাৎত পাদবা লমদম অমা ওইদুনা ভাস ফাওবদা লাক্লিবসিনি। হায়রিবা মতম অতুদগী হৌরক্লগা হৌজিক ফাওবদা য়ুমনাক মশিং অসি (৩,২৫৫) রোম শুরে অসিদগী ফাওবা খর হেল্লম্বা য়ারি শোক ১৯৯০ গী ভোট থাদনখিবা মতম অতুদা অন্দ্রোগী মীশিঙ অসি (৫,৬৪০) য়ৌগ্রবনি চহি শুদবা অমদি মীরমদা চংথোকখিবা পুল্লবদি অন্দ্রোগী মীশিং অসি পুম্না লিশিঙ (১২,০৫০) রোম ওইগনি হায়না পান্নরি!

মরম অতুনা হায়রিবা অন্দ্রো খুঙ্গং অসি হৌজিক হৌজিক মনিপুরগী মনুংদা খাইদগী হেন্না শীঙথানবা য়ারবা অচৌবা খুঙ্গং অমা ওইরি।

——0——

# অঙাং পোকপা অমস্থুং য়ুরান থাবা

মতমগী খোঙচং মতুং ইন্না মীওইবা ঐখোয়না লমদম অসিদা খুন্দা লৈত্তাতুনা লৈরক্লবা মতমদগী হৌনা লমদম অসিগী ওইনা চাবোক নাউপোক্কী মতাংদা মরুওইবা থৌরম থৌদাং কয়া কয়া মথং মথং লাক্লে।

ঙসি মীওইবা ঐখোয়না তাইবঙপানগী চৎনা-পথাপ অমা ওইনা য়ুম কৈ পান্দুনা লিপা নুপী লোয়ননা লৈনরকপদগী মচা মশু কয়া পোক্কনা নুঙাই য়াইফনা খুল্লিংতুনা মচা মশু ধার কয়ামরুম থম্নরমই, মতমগী খোঙচং মতুং ইন্না নুপীনা য়ুম কৈ পান্দুনা মীরোন্দুনা অঙাং পোকপগী মতম অতু য়োরক্লবদা লমদম অসিগী ওইনা চৎনবী পথাপ অমগী মতুং ইন্না চেকশিন থৌরাং কয়ামরুম লৈরি।

অঙাং পোকপগী অকক্লবা মতম অতু য়োরক্লবদা চাবোকপী হায়না লৈরিবা মাইবী অসি কৌরগা চেকশিল থৌরাং কয়া তৌতুনা মতম চুপ্পদা অনাবা নুপী অসিবু থাদোক্কনা শঙতুনা লৈনৈ।

অঙাং পোকপী মাইবী অসিনা নারিবা মীগী মশা অতু হেক পায়তুনা য়েংবদা অঙাং পোকপা মতম য়োরে য়োত্রি হায়বসি লায়না হায়বা অমস্থুং খঙবা ঙমই, অঙাং উন্নগদৌরিবা অনাবা মহাক অতুনা খঙজবা খঙবা ঙম্বগী খুদম খরস্থু লৈবা মরমনা চেকশিন থৌরাংনচিংবা তৌতুনা মতম খুদিংমক্তা মী থাদোক্লদে, অমস্থুং চাপোক নাওপোক্কী মতাং য়োরক্লবদা চাবোকপী মাইবী হায়না মহাক্না তৌনৈ অতোপ্পা মীওইশিংনা তৌনদে; ডাক্তর চৎনরমদে, অতুবু হৌজিক্তি ডাক্তরনা অঙাং পোকপা

অসিবু হৌজিক্তি য়াওনরে, ডাক্তর কৌতুনা পোক্লরিবা অসিদি লমদম অসিগী চৎনবী পথাপ অসিগী মনুং চন্দে, মহাক্কী খৌরম তোঙানবা মরম্না খেন্নবা লৈ ।

মমাংঙৈ মতমদগী হৌনা হায়বদি ডাক্তর লৈত্রিঙৈ মতমদগী হৌনা হৌজিক ডাক্তর মরাং কায়না লৈরক্লবা মতম অসি ফাওবদা চাবোকপী মাইবীনা অতুমক অয়াম্বা তৌনরি ।

অসুম্না পোক্লিবা অঙাং অতুনা নিপা ওইরবদি পোক্লিবা অঙাং অতুগী নাওফম অতু চীঙগী লমদা হৌবা মীয়াম পুন্নমক্না খঙনরিবা 'খঙলা, হায়না খঙনরিবা 'লা, মখল অসিনা লাগী লারোল মঙা লোল্লগা পোক্লিবা অঙাং অতুগী নাওফম অতু য়াম্না চেকশিননা য়োমশিল্লগা কা অঙাংগী নাওফম অতু মীয়াম পুন্নমক্লা খঙনরিবা লোঙা-ৱা অসিগী পয়ানা মরোল মঙা শুনা লোল্লগা পয়া পরৈ অতুনা অৱাং ওন্দুনা লৈরগা পুনগনি কিশি পুনবা য়াদে লৈশিল্লগা পুনগদবনি ।

পোক্লবা অঙাং অতুনা মুপী ওইরবদি থারিবা লাগী লারোল অতু লারোল তরুক শুনা লোল্লগা নাওফম অতু চেকশিন্না য়োমশিনগনি অসুম্না চেকশিন্না য়োম্লবা নাওফম অতু 'লোঙা-ৱাগী, পয়ানা পয়া মরোল তরুক শুনা লোল্লগা পুনগনি চেকশিন্না মরোল নাইনা য়োম্লবা অঙাংগী নাওফম অতু লৈবাক মসুংদা ফুমজিনগনি ।

ফুম্বগী নিয়ম অতুদি ইমুং অতুদা লৈরিবা য়ুম অতুগী হেক খোঙলিজ ৱাংমা লাম্রিঙৈগী ওইথংবা ইমুংগী নাকন খোঙজিল য়ৌত্রিঙৈগী খোঙয়াদা য়ামদ্রবদা ফিট অনিরোম লুনা তৌরবা কোম অতুদা ফুমগনি । নাওফম ফুম্বা অসিদি নিয়মগী মতুং ইন্না পোকলিবা অঙাং অতুনা নিপা ওইরগনা মেৎ থংবা খোঙজিল ময়া ইমুংগী খোঙজিলময়াদা ফুমগনি ।

পোক্লবা অঙাং অহুগী নাওফম অতে অতোপ্পা বাগী পয়ানা পুনবা য়াদে, লোঙা বাগী পয়ানা পান্নগদবনি, মাসি লমদম অসিগী ওইনা চংনব-পথাপ অমগী ওইনা প্রমান থর লৈ, মতুদি লোঙা বা হায়ম্বিবসি লুবাং শাগৈগী বানি হায়না লৌনৈ, অতোপ্পা লমদম আসিগী অখণ্ড অহৈ খরনসু লুবাং শাগৈনি হায়নসু লৌনরমই লোঙা বা অসিগী মমিং অসি মমাঙৈগী অহলশিং চকপা লোন্দা 'নুংশিং' হায়না কৌই, লোঙা বা অসি চকপা লোন্দা নুংশিং হায়বনি। বা অসি খুাইদগী ঙেন্না অফবা মওং অমদা লৌনরম্বনি, লোঙা বানা অশিবগী হকচাং হাপলিবা কু দা পুক্নমলিবা অসি পাপ কোকই হায়নসু মতম অহুগী অহলশিংনা বারানরমই।

অতোপ্পা বারী অমনা উতং বানা পুনবা য়াদবগী নিয়ম খরসু লৈরি। অখণ্ড অহৈ পণ্ডিত খরনা অসুম্না হায়রমই, হায়রিবা উতং বা অসিদি থব্বায় য়াওদবা অশিবা অমসুং মঙোল লৈতবা বানি হায়নরমই।

অসিনা মরম ওইদুনা অশিবগী হকচাংদা ফাওবা উতং বানা পুন্নরমদবনি হায়নৈ, করিগুম্বদা লাই-তিনগী ওইবা শিজিন্নরকপা মতমদা উতং বানা পুন্নদে, মমাঙৈ চহি কয়াগী মমাঙদদি মীশিংনা অম-ফাও খঙনদ্রিঙৈগী মতমদা উতং বা অসি শিজিন্নরমই, মতম খরগী তুংদদি অমাংবা ফত্তবা মঙ্গল লৈতবা বানি খঙনরকপদগী শিজিনখিদ্রে মরম অহুনা অঙাংগী নাওফম য়োম্বদসু পান্নখিদ্রে অমসুং লাই অফবা থবক্তা লাই তিনগী থবক্তা উতং বা শিজিনদে।

করিগুম্বা মতমদা শা যন পান্নবদা ফাওবা শিজিনদে, উতং বানা পান্নবদি মাহু পান্নিবা শা নত্রগা মী অহু শিগল্লি, ফত্তে অশিবা ফত্তবা ঙাকতা ওই হায়বদগী পুনরমদবনি, শা শন কয়াদা পান্নুনা য়েংবদা

অশিবা ভাকতা ওইরে. হায়বদগী অথগু অহৈ পণ্ডিতশিংনা থিজিল লুমজিনবদগী ফত্তে হায়বসি কুপনা নৈনবদগী থগুলকতুনা পুনহৈদে, তৌহৈদে হায়দুনা শিজিন্নরম্দবনি হায়রি ।

হায়রিবা উতং রা অসিদি ওক য়েনগী মকোন ফাগুবদা শিজি- নরকত্রে, অথগু অহৈশিংগী পাউতাকী মতুং ইন্না লমদম অসিগী মীওইশিংনা উতং রা অসি শিজিনখিত্রে, উতং রা অসিদি গুপ্পদগী শম্বল শাবদগী হেন্না শিজিন্নদ্রে. মরম অদুনা অঙাংগী নাওকম পানরমদবনি, লোয়ননা অঙাং পোকপগী মরুওইবা নিয়ম খর অদু মথক্তা পঙ্খত্রিবা রারম খর আসনা মরু ওইর্বনি ।

অঙাংনা পোক্লবা তুংদা মথং মথং পোক্লিবা অঙাং অদুগী য়ুবান থাবগী থবক থৌরম অমুক লাক্লে য়ুবান থাবগী নুমীৎ আসমু নিপা অমসুং নুপী থেন্নবগী মতুং ইন্না য়ুবান থাবগী নুমীৎ থেন্নগনি ।

পোক্লিবা অঙাং অদুনা নিপা ওইরবদি মঙানি শুবা নুমীৎতা য়ুবান অসি থাগনি, নুপী ওইরগনা তরুকনি শুবা নুমীৎ য়ুবান থাগনি, নিপা, নুপী অনি থেন্নবগী মতুং ইন্না নোংমা থেংগনি, অঙাংনা হেক পোকপা নুমীৎ অদুদগী লৌরগা য়ুবান থাবগী নুমীৎ অসি থোকপনি, য়ুবান নুমীৎ অসি য়ৌদ্রিবৈংগী মমাঙ অঙাংনা পোকপদগী হুমনি চনবা নুমীৎতা চারোকপী ওইবিহিবা মাইবীনা তাইরেল মতোল অহুম হেল্লগা অশেংবা (ঈসায়ফু) থরুনবা ঈশিং হাপনরিবা চফু ঈসাইফুদগী ঈশিং অসি লৌরগা অঙাং পোক্লিবা য়ুম অদুগী ইমুংদা নৈরিবা ইমা নৈমরেল শিদবী অমদি লাইনিংথৌ অনিমক্তা অশেংবা ঈশিং অসি লৌরগা তাইরেল হায়দোকতুনা হুমনি চনবা নুমীৎ অসিদা য়ুম অসি শেংনা শেংদোক্কনি । মসিবু অঙাং পোকপগী হুমনি চনবা য়ুমশেংবা নুমীৎ হায়না কৌই । ইমুং অদুগী লাই তিন শুমক শেংদোকপা লোইরবা মতমদা য়ুম অদুদা নৈরিবা ইমুংগী লাইশিং অদু থুরুমনৈ ।

করিগুম্বা মতমদা পোক্লিবা অঙাং অদুনা পোকপা নুমীৎ হুমনি শুড্রিবা মখৈদি য়ুম মাংই হায়দুনা লৈকাই অমসুং খুনগী অরুবা থবক ওইরবসু থবকশিং অদু ইমুং অদুগী মী খুদিংমক য়ুম মাংবগীদমক্তা অমত্তা য়াওবা য়াদে ।

মরম অদুনা য়ুম শেংবগী অককুবা নুমীৎ হুমনি শুড্রিডৈদি অফবা মীয়ামগী ওইবা থবক অমত্তা শু-নোয়দে করিগুম্বদা হুমনি শুড্রিডৈদা অশি অনাগী থবক থোরক্লবদি চাবোকপী মাইবী কৌরগা খুদক্তা শেংদোকইনবা অসিবু চৎনৈ । অঙাং পোক্লবা মতুং নুমীৎ নিনিত্তা ডাইরিডৈদা শিনা য়াওরক্লবদি মদু য়ুম শেংবগী নুমীৎ শুড্রিবা মরম্না মপা মচা মচিল মনাও ওইরবসু মদুদা চঙদুনা সেবা তৌবা য়াদে, চৎনদে মরম অদুনা লমদম অসিগী ওইনা খাইদগী লূরবা কষ্টম অমনি, য়ুম শেংবগী নিয়মশিং অদুদি মথক্কী অদুম্না চৎনৈ ।

'য়ুম কৈ' শেংদোকপ্রবা মতুংদদি নুমীৎ মঙানি মপুং ফানা শুড্রবসু লৈকাইগী ওইবা থবক খুদিংমক অদুম য়াওবা য়ারে, মরম অদুনা অঙাং পোকপগী নিয়মশিং অসি লমদম অসিগী ডাকতবা য়াদবা থৌরম অমা ওইনা ডাঁসি কাওবা ডাকনা চৎনরি ।

মথং মথং য়ুবান নুমীৎ মঙানি অসি মপুঙ ফানা শুড্রিডৈ হায়বদি মরিনি শুবা নুমীৎকী নুমিদাং য়াচঙবা মতম অদুদগী অঙাংনা লৈরিবা অদুগী লুখুম অদুদা ঘোৎ চফু অমা য়োমদুনা ধুব অমদি থাংমৈনচিংবা থাল্লগা পুজা তৌদুনা থমনৈ । ঘোৎ অমদি পুজা তৌদুনা থম্নরিবা অসিগী মরুওইবা পোৎচং থর অসি য়াওদবা য়াদে, পুজা তৌদুনা থমজিবা ঘোৎ চফু অসিদা পৈশা অচোইবা থর হাপকনি, লোয়ননা ঈশিং থরসু হাপকনি হৈক্কক পানা অমা শেম্নগা ঘোৎ চফু অসিগী মনুংদা হাপকনি ।

ঘোং পুজা লাংতুনা থম্নরিবা অসিগী পোংচঙ তোঙান তোঙানলি পোকলিবা অঙাংনা নিপা ওইরবদি ফুরৌং পুময়াং মচা অমা ; ফৈজোম অমা, কলম অমা, চে থরা লাইরিক অমা, মুকফু অমা, শমজেং অমা, মিংশেন অমা, লোয়ননা শমকক কাতি অমা লুখুম অতুদা রাই তৈথোক্লগা অহিং অমা পুজা তৌতুনা থমনৈ। হায়রিবা পোংচঙশিং অসি থম্বগা লোয়ননা ফি অনানবা অমা থারগা ফি অসিগী মথক্তা, চেঙ মেরুক অমদা চেঙ চোননা হাপ্লগা চেঙ অতুগী মথক্তা য়েরুম অমা খিল্লগা হাপই। চেঙগী মথক্তা হাপলিবা য়েরুম অসিদি অতোপ্পা মীনা চাবা য়াদে অঙাং অতুগী মপা ওইরিবা মহাক অতুনা চাগদবনি। লোয়ননা থমলিবা চেঙ অতুনা অঙাংগী মমানা চানৈ, হায়রিবা নিয়মশিং অসি অমত্তা কায়বা য়াদে।

মরুওইবা অমনা অঙাং অতুগী লুখুমদা থমলিবা চে কলম পুজা তৌরিবসি হয়েং তুংদা অঙাং অতুনা তাইবঙ মীরোল মপুঙ ফানা শুরক্লবা মতমদা অঙাং অতুনা লাইরিক লাইশু মতিক চানা হৈসনু হায়বগী খ্বাইদগী থাজরবা খুদম অমনি হায়নৈ। লোয়ননা ঘোং পুজা তৌতুনা ধুব অমদি থাংমৈনচিংবা থান্দুনা থম্নরমলিবা অসিনা অখণ্ড অহৈ পণ্ডিত শিংনা তাকলম্বা য়াইফ নুঙাইগী পাউতাকনি হায়নরি। নিপা অমসুং নুপী খেন্নবগী মতুং ইন্না অঙাংগী লুখুমদা পোং চৈ থর কংলিবা অসিসু খেন্নৈ, অঙাং অতুনা নুপী ওইরবদি ফুরৌং অমসুং ফনেক ওইনা থমনৈ, খেন্নবা হায়ববু থমলিবা পোংচঙ থর অসিনি।

হুমনি শুতুনা য়ুম-কৈ শেংবা লোইশ্রবা তুংদা মঙানি শুবা সুমীংত্তা য়ুবান সুমীং অসি থোকই। য়ুবান থাবগী থবক থৌরম অসিদি অয়ুক্তা ভাকত্তা তৌনৈ ; নুংথিল তৌনদে, নিপা ওইরগা মঙানি শুবা সুমীংত্তা তৌই, নুপী ওইরগনা তরুকনি শুবা সুমীংত্তা পাঙথোকই।

য়ুবান সুমীংকী চাবা থকপনচিংবা পুম্নমক্কী লাইথা-তিনথা খুদিংমক চাপোকপী মাইবীনা লোইনমক তৌই, থৌরম অসিদি নুপী অঙাংশিংগী ভাক্তা ওইনা তৌই । য়ুবান থাবগী থবক থৌরমদা নিপা য়াওনদে ।

খ্বাইদগী মরু ওইবা মরম অমনা য়ুবান থাবা অসিগী থবক থৌরম অসিদা 'পুকয়ু' অসি য়াওদবা য়াদে, থবক অসিগীদমক্তা পুকয়ু অসিনা মরু ওইনা য়াওনদুনা য়ুবান থাবগী থবক অসি তৌনৈ, লমদম অসিগী অহল লম্মনশিংনা রারীনবা লৈ, মদুদি লমদম অসিনা খুন্দা লৈতাদুনা লৈরক্লবদা 'য়ু' অসিনা মাঙজিল থানা য়াওনরমই । হায়রিবা য়ু অসি থোকপা চীঙ অমা অন্দ্রো খুঙং অসিদা লৈরমই হায়নৈ, মতম অদুগী রারীগী মতুং ইন্না 'চাঙ অদুগী মমিং অদুদি য়ুরাও চীঙ হায়না কৌই । য়ুরাও চীঙ হায়নরিবা চীঙ অসিদি হৌজিক অন্দ্রো খুঙং অসিগী অরাং থংনা লৈরিবা চীঙ মচা অসিনি

হায়রিবা চীঙ মচা অসিদি অন্দ্রো খুলগী প্রজাশিংনা য়ুম তাশিন্দুনা লৈখ্রে, চীঙ অসিগী অকোয়বা চীঙশা পুম্নমক অসি য়ুমনাক য়াখৈমুক তাদুনা লৈরি ।

মতম অমদা হায়রিবা য়ুরাও চীঙ অসিদা য়ু শুংফম লৈরমই মফম অসিদগী য়ু অসি শুংদুনা লৌকরগা অঙাং অদুনা পোকপা মতমদা অঙাং অদুগী য়ুবান সুমীংতা য়ু অসিনা মীয়ামদা য়েন্দুনা থক্লগা হরাও তয়াম্লরমই, মরম অদুনা হায়রিবা য়ু শুংফম চীঙ অসিগী মমিংবু য়ুরাও চীঙ হায়না থোনখিবনি ।

লমদম অসিগী প্রজাশিংনা মফম অসিদগী য়ু অসিনা লৌকরগা য়ুবান অসি থানরমই হায়বগী প্রমান ফংই, হায়রিবা চহি মতম অদু খুঁইনা পোকত্রিঙৈ মমাঙদগীনি হায়না লমদম অসিগী অখক্ক অহৈশিংনা

ৱারীনরমই। মতম অতুদগী চাং নাইনা হৌজিক কাওবদা হেৎংদনা শিজিন্নরিবা য়ু অসি পুকয়ু হায়না খঙনরিবা ৱাইয়ু মখল অসিনি। মতম অতুদা কালে হায়বা য়ু মখল অসিদি মশক খঙনরমদে, পুংবসু হৈরমদে।

য়ুবান থাবা হায়বা ৱাহৈ অসি হৌজিক্কী মতমদদি ৱাহৈ অনি খোকনা হায়নরে, মাসিবু গোসটি শোনবা হায়নসু হায়নৈ।

য়ুবান থাবা মুমীৎ অসিদা অঙাং অসিবু পোকপিখিবা মাইবী অতুগী অৱামল ওইনা করিগুম্বা অচা-অথক্কুচিংবা মরাং কায়না হাপ্পুনা মাইবী অতুগী য়ুমদা থিনবা অসি চৎনৈ, য়ুবান থাবা মুমীৎ অসিদা ফৌ শংবাজি অচোনবা অমা থন্না শেমগনি ফৌ চোন্না হাপ্পা অতুগী মথক্তা ঙা মকু পানবা ফাবৌঙা অকংবা খর পয়ানা পরেং ওইনা লেংলগা ফৌ চোন্না হাপ্পা শঙবাই অতু মথক্তা লৈ পরেং শিবগুম হুক্লগা লৈ পরেং শিবগী মখুঙদা হুক্লগা পুনৈ।

ফৌনা ইচোন চোন্না হাপলিবা শংবাই অতুগী মথক্তা চেঙ মেক্কক অথনবা অমসু হাপ্পী লোয়নননা চেঙ অসিগী মথক্তা য়েক্রুম অমনা য়ুংখৎলগা হাপই।

ফৌ হাপ্লীবা শংবাই অতুগী নাকন য়েংতা থুম কাকোক অমা সনা কাগোক অমা হাপনৈ, (সনা কাগোক) হায়বা অসি সনামক্তি নত্তে মচু মানবা পোৎনা শিনবা য়াই। লোয়নননা অহাও অথুম্নচিংবা মখল মখেল শুনা হাপ্তুনা চাপোকপী মাইবী অসিদা পুদুনা থিন্দবা য়াদে।

অচা-অথক অমদি ফৌনচিংবা শেমদুনা থিনবা অসিবু মাইবীগী ফৌদাং থিনবা হায়না কৌই। চাপোকপী মাইবী অতুদা অতৈ পৈশানা 'দান' তৌনদে, মহাক্কী দান হায়ববু ফৌদাং থিনবা অসিনি।

য়ুবান থাবগী থবক থৌরম অসিবু মাগী মাগী নক্লবা মীওইশিং হায়বদি মরী মতা মচে মচল্লনচিংবা পুম্নমক য়ুবান সুমীৎ অসিদা মানা মানা ওমজবা চেঙ, থুম, মোরোক অমদি য়েগ্নাং নাপী ঙা চাকনচিংবা পুত্নুনা চংনৈ, লোয়ননা অঙাং অদুগীদমক্তা বর নিরদুনা কংচবা অসিনি, অচা অথকশিং অদু মীয়ামদা থোং থাক্লগা পুন্না চাম্মিনবা অসিনি ।

পুরক্লিবা চেঙ, থুম মোরোক্লচিংবা পুম্নমক অদু য়ুম অদুগী য়ুমলাইদা কংলবা মতুংদা থোং থাক্কনি থোংবা থাকপা পুম্নমক লোয়রবা মতম অদুদগী য়ুমলাইদা অমুক কংকনি, অদুগী তুংদা চাবা থকপা পুম্নমক অসি তৌই ।

অঙাং অদুনা সুমীং মঙা তক্কনি শুরদুনা য়ুবান থাদুনা মহাক্কী মথৌ মঙম থর অসি পাঙথোকশ্রবা মতুংদা হায়বদি অঙাং অদুনা থা অহুম শুদনা শিবা তারবদি অঙাং অদুগী সোরাং পুরোই, শিরিবা অঙাং অদুনা থা অহুমদগী সুমীং নোংমা হেনখিবদা শিরিবা অঙাং অদুগী সোরাং পুরগনি ।

চংনবী পথাপ অমগী মতুং ইন্না অঙাংনা থা অহুম শুদনা শিবা তারবদি মহাক অদু 'গসা শোইরেল' হায়না কৌই মহাক অদুদি পোং লোইররোই অপুম্বী শোইরেল ফুম্বা হায়দুনা ফুমগনি ।

মসিবু অপুম্বী শোইরেল গসা পুম্বা হায়না থঙনৈ মসি শোইরেল গসা চিংবা মরম্না অঙাং অসি চনবা চফু অমদা হাপ্লগা ফুমগনি, অহুম্না ফুম্বা অসি অখঙ অহৈ মাইবা, মাইবীনা পুজা তৌরগা পোং লোইফম মোংকমদা পুদুনা ফুম্বনি ।

শিরিবা অঙাং অসিগী মফি মরোল, পুম্নমক শরুক তমদুনা হাপকদবনি লৈবাক্লা শাবা গেকাম অমনা উপশিনগনি, হায়রিবা শোইরেল গসা

অসিসু অতোপ্পা মফমদা ফংস্বা য়াদে, অকক্লবা পোংলোইফম অমদা কংমগদবনি হায়জরে।

য়ুবান থাবগী মরুওইরা অমদি লমদম অসিগী চংনবী থবক থোৱমশিং অহু মথক্তা শুগাইনা পঙ্খিবা অসিনা মরু ওইবা থৌরম অমা ওইরি।

# না-হুৎপা, অমসুং অঙাং মমিং থোনবা

পোক্লবা অঙাং অচুনা য়ুবান থাবা লোইরবা মতুংদা অঙাংনা থা অহুম মপুঙ ফানা শুরবা মতমদা না-হুৎপা হায়বদি নাহুৎ নারেং থাংবগী মতম অমুক য়োৱক্লে অঙাংগী মনা হুৎপা অসিসু অথঙ অহৈ মাইবা মাইবী অমদি পাঞ্জিদা অফবা নুমীৎ থা য়েংলগা অঙাংগী মনা অসি হুংনৈ, তংনবা নুমীৎতি হুৎনদে।

অঙাংনা পোকপদগী থা অহুম হেক শুরকপা মতম অচুদা অঙাং অচুগী না হুংতবা য়াদে, অঙাংনা মনা হুংগ্রবা তুংদা অঙাং অচুসু মীওইবা ঐথোয়গী তাইবঙ খুরক্তা চল্লে হায়চুনা তাইবঙ চৌঙ্খাক চউম্নীবা হোৱে। অচুদগী অঙাং অচুনা শিবা তাৱবসু চংনবীগী মতুং ইন্না সোরাং, কর্ম্মনচিংবা পুমমক পুরে। মসিগী খুদমদি অঙাং অসিসু মীওইবা ঐথোয়না চারিবা চিঙ্খাক অমদি হৌনবী খুদিংমক শরুক য়ারে য়াওরে হায়বদগীনি।

অঙাং অদুগী না-হুৎপিরিবা পণ্ডিত্ত অদুদা চেঙ খর অতেক অনৌ ওইবা ইঙ্গাং নাপী খর, লোয়নদা চুরুট বেড়ি খর শেমদুনা না-হুৎপা পণ্ডিত অদুদা থিনবা অসি চৎনৈ।

হায়রিবা মরুওইবা পোৎচঙ খর অসিদি পীদবা য়াদে লমদম অসিগী 'চৎনব-পথাপ' অমা ওইনা লৈরবনি অতৈ অতৈ দান দথিনা তৌনদে না-হুৎপ্রবদি অঙাং অদুগী নাদা লংনা পুনগনি, পুনখিবা লং অদু মতম থরগী তুংদা 'সনা' শিনবিদুনা য়ানবিগনি না-হুৎপগী নিয়মশিং অদুদি মথক্কী অসুম্না চৎনৈ।

অঙাংনা হেক পোকলকপদগী থা অহুম শুব্রবা অমদি নাহুৎ নারেং থাংবা অঙাং অদুগী মমিং থোনবগী মতম অদু অমুক য়ৌরক্লে, অঙাংনা পোকপদগী থা অহুম মপুং ফানা শুদ্রবদি অঙাং অদুগী মমিং থোনবা য়াদ্দে। অঙাংগী মমিং থোনবা য়াবগী মতম অদুদি অঙাং অদুনা মাগী নাহুৎ-নারেং থাংবা লোয়রবা তুংদা মিং থোনগদবনি।

অঙাং মমিং থোনবগী অকক্লবা মতম লৈরি মরুওইনা অঙাংগী মমিং থোনবগী খ্বাইদগী ফবা মতম অদুদি লমতা অমসুং কালেন থা অনি অসিনা চহি অমগী মনুংদা খ্বাইদগী ফবা থানি হায়না লৌনৈ, অঙাং মমিং থোনবা অসিদি লমদম অসিগী ওইনা অচৌবা (কংসন) হায়বদি অচৌবা থবক থৌরম অমা ওইনা পাঙথোকনৈ। থবক থৌরম অসি চাউনা সোনবা অদুদি কয়োক, শা, মু, নচিংবা য়াওনা চেঙ চেঙকোক মরী মতা কাওবা গুনা লাংদুনা পাংথোকনৈ। অদুগা অঙাং অসিনা চহি হেল্লগা থোকবসু য়াই মিং থোনবগী চাউরবা থবক থৌরম অসি মমা মপা ওইবশিংগী মরুপ মপাং থঙন চান্নবা শাগে নাতৈ মরী মতাশিং পুম্নমক বার্টন

তৌতুনা পাঙথোকনৈ। মিং থোনগদৌরিবা পানজিনা পোকপা সুমীৎ পুঙকম অমসুং থাবানচিংবা শোক তারিক কুপনা য়েংলগা থোংলগা হায়রিবা অঙাংগী মমিং অসি থোনবনি।

মিং থোনবিগদৌরিবা পানজি অতুনা খোংপদা অঙাং অমগী গুইনা মিং অনি নত্রগা অহুম শুনা থোংলি, পানজি অতুনা খোংপগা মতুং ইননা অঙাংগী মিং অনি নত্রগা অহুম শুনা পুথোক্লগা মতুংদা মিং অহুম অতুগী মসুংদগী অপাম্বা অমখক্তং থন্নরগা সুমীৎ অতুদগী কৌনখিবনি।

মিং থোনবগী থবক থৌরম অসিদা মরুওইনা চঙবা পোংচঙ থর অতুদি হৈরক অহুম, পানা অহৎম, তাঙ্গা খোইজুলৈখাম্নচিংবা মরম শুনা হাপ্লগা লোয়ননা ঘোং চক্ষু অমা, ঘোং অশোন বাল্লবুক 'চু-করবোক, লক্লোই, চঙ থোকপা লফাং অহৎম হৈ, লৈ, ধুব, খোইরু থাংমৈনচিংবা য়াওগদবনি, লোয়ননা পুজা থারিবা মক্ষম অতুদা অথেম পোংশিং অতু থমগনি, লোয়ননা মিং থোনবিগদৌরিবা পানজিনা ধুব থাংমৈনচিংবা অতু থারগা অথেনপোং থমলিবা অতুগী নাকন্দা ফিদা অমদা পানজি অতুনা খোংপা অসিনি।

অঙাং মমিং থোনবগী থ্বাইদগী ফবা সুমিংশিং অতুদি মথং শিংনা নিংথৌকাবা, ইন্নাই, অমসুং নোংমাইজিং সুমীৎ হায়রিবা সুমীৎ হৎমনি অসিনা অঙাং মমিং থোনবগী থ্বাইদগী করবা সুমীৎনি, অতৈ অতোপ্পা সুমীৎশিংদদি খোইনা মিং অসি থোন্নদে, মরুওইনা অঙাংগী মিং থোনবা থৌরম অসিদসু 'য়ু' অসিদি য়াওদবা য়াদে মরুওইনা চৎনরিবা য়ুদি পুকয়ু (বাইয়ু) হায়রিবা য়ু মখল অসিনি। মমাঙগৈ লাই শুরুশিংগী হাকতকগী বাইয়ু অসি চৎনরকই হায়না অখঙ অহৈশিংনা মোৎ পীরি।

পাঞ্জি অহুনা মিং থোল্লিবা অঙাং অসিগী তারিক অমসুং থবাননচিংবা চুমনা খোংলগা চুন্নবা মিং অহু লৌরগা কৌনবনি হায়নৈ, মিং থোনবগী থাইদগী হেন্না ফবা মতম অহুদি পণ্ডিত অয়াম্বনা অম্বুন্না মোং পীনরি। মহুদি সুমীৎকী মতুং ইন্না নোংমাইজিং চুমীৎতা অঙাংগী মমিং থোনবা তারবদি থোনগদৌরিবা অঙাং নিপা ওইগদবনি। মরম অহুনা নোংমাইজিং সুমীৎতা নিপাগী নিং থোনবনা থাইদগী হেন্না ফৈ, মসিগী চান্নবা প্রমান অমদি অখণ্ড অহৈশিংনা লীনবা রারী লৈ হায়রিবা সুমীৎ অসিদি নোংমাই নিংথৌগী মপোকনি হায়না লৌবনা নিংথৌগী মিংথৈ অসিবু লৌরগা মিং অসি থোল্লবদি অঙাং অহু থৌনা ফৈ মহৈ মশিং মপুঙ ফানা হৈগল্লি, মরম অহুনা হায়রিবা সুমীৎ অসিদি মপুঙ ফানা নিপাগী থোনবনা ফৈ হায়না লৌনরম্বনি।

অঙাংগী মীংনা নিংথৌকাবা সুমীৎতা থোনবা তারবদি চুপীগী মিং থোনবনা হেন্না ফৈ হায়না লৌনরমই হায়রিবা সুমীৎ অসিদি য়াম্না থোং মেংবা সুমীৎনি মরম অহুনা চুপীগী মিং থোন্নরম্বনি।

ভশেংমমক নিংথৌকাবা সুমীৎ অসিদি সুপীগী মপোকনি হায়না লৌনৈ, মরম অহুনা হায়রিবা সুমীৎ অসিনা নিংথৌকাবা সুমীৎতা থোন্নরম্বনি। অখণ্ড অহৈ পণ্ডিতশিংনসু থাজবা মোং কয়ামরুম পীনরি। লোয়ননা ঙসি ফাওবদা থাজবগী মতুং ইন্না চৎনরমলিবা অসিনি।

ইয়াই সুমীৎতসু অঙাংগী মিং থোনবা অসি ফৈ হায়না লৌনরম্বগী মরম লৈরি লমদম অসিগী ওইনা চৎন-পথাপ অমা ওইনা লৈরমলিবা অসিগী প্রমানদি সুমীৎ অসিদি মায়কৈ খুদিংমক্তা মকম পুন্নমক্তা ইয়াই য়াই, অকবা সুমীৎ অমনি হায়বদগী নিপা সুপী অনিমক্কী ওইনা থোন্নরম্বনি হায়রি।

'ইরাই সুমীৎ' অসিদা অঙাংগী মমিং অসি থোনবা তারবদি সুমীৎনা লৈথরকপা তারমদাইগী মতম হায়বদি পুঙ মরী/৪ দগীনা মঙা সুমীদাংবাইরম য়াচঙবা সনধ্যাগী মতম ফাওবদা থোনবনা খ্বাইদগী হেন্না ফৈ হায়না লৌনরমই ।

নিংথৌকাবা সুমীৎতা থোনবগী পুঙফম ওইরবদি অয়ুক্কী চাক চান্নবা তোকপা মতম নুংথিলগী মতমদা থর ঙনখৎপা মতম হায়বদি পুঙ ২/অনিদগীনা পুঙ ৩/অহুম ফাওবগী মনুংদা মিং অদু থোনবনা খ্বাইদগী ফৈ হায়না পণ্ডিতশিংনা থাজবা মোং পান্নরি । মরম অদুনা অঙাং মমিং থোনবগী নিয়মশিং অসিসু মমাঙৈগী মতমদগী কায়দনা অসুমক চৎনরকলিবনি । মীপুম খুদিংমক্তা হৌজিক ফাওবদা কায়দনা অরিবা নিয়ম নিতিশিং অসি কন্না চৎনরি । মরম অদুনা মিং থোনবগী থবক অসি ঙসি ফাওবদা হরাও কুম্মৈ লিল্লানচিংবা কৌরগা পাঙথোক্লরিবা অসিনি ।

নোংমাইজিং সুমীৎত্তা অঙাংগী মমিং অসি থোনবা তারবদি অঙাং অদুগী চান্নবা পুঙফম অদুদি অয়ুক্কী মতমদা থোনগদবনি হায়না অখঙ অহৈ পণ্ডিতশিংনা থাজবা মোং পীন্নরি ।

হায়রিবা সুমিৎ অসিদা মিং অসি থোনবা তারবদি অয়ুক্কী পুং ৯ মাপল ফাওবগী মনুংদা লৈ মদুদি মাগী মপোক অমদি সুমিৎ অদুগী খাবান চিংবা কুপনা নৈন্নরবদা অফবা থোঙচৎ কান্নদবা পুঙফম ফংই হায়না লৌনরবদগী অয়াম্বনা হায়রিবা সুমীৎ অসিদা থোন্নরম্বা অাই ।

হায়রিবা পুঙফম অদুদি সুমীৎনা নোং ঙাল্লকপগী অতিয়াদা অরুং অরুং থোরকপদা মঙালনা মালেম পৃথি লৈমায়থক্তা মপুঙ ফানা তারকপা মতম অদুদা ওইগনি হায়নসু থাজবা মোত পীন্নৱি ।

মরম অহুনা ঙসি ফাওবা অখঙ অহৈ পণ্ডিত কয়াগী পাউতাকশিং অসিবু লৌরগা কায়দনা চৎন-পথাপ অসিগী মতুং ইন্না ঙসি ফাওবদা হোংদনা খোম্নরম্বনি হায়না লমদম অসিগী অখঙ-অহৈ পণ্ডিতশিংনা থাজবা মোত কয়ামকম পীন্নরি, অমস্থুং চৎনরি ।

# শম কোকপা

অঙাং অহুনা নাহুৎ নারেং থাংবা লোইরক্লবা মতুংদা হায়বদি অঙাংনা মনা হুৎপা সনা য়ানথ্রবা তুংদা অঙাং অহুগী শম কোকপগী মতম অমুক য়োরকলে মিং থোনথ্রবা অমদি সনা য়ানথ্রবা তুংদা শম কোকপগী থবক থৌরম অসি তৌনৈ ।

শম কোকপগী মরুওইবা থবক থৌরম অসিসু পাঞ্জিনা মরুওইনা তৌনৈ শম কোকপা হায়বসি জৈগ্যা তৌহুনা কোক্লরিবনি, কোক-পীগদৌরিবা অঙাং অহুগী মারতুন (মাম্মা) থোকপা অহুনা কোক্লৈ, মতম মতমগী খোঙচৎ অমদি ঈহৌগী মতুং ইন্ন জৈগ্যা অসি তৌরগা কোকপা অসি চৎনরকখিবনি । শম কোকপা অমস্থুং জৈগ্যা তৌনরিবা অসিদি লৈরিবা য়ুম অহুগী শুমাঙ ময়ায়দা হৌরিবা 'তুলসি পত্র' পাম্বীগী মমাঙ ওইনা শঙ মচা অমা খল্লগা শঙ অহুগী মনুংদা অঙাংগী মপা অহুনা পন্নগা অঙাং অহুগী মাম্মা অহুনা শম অহু কক্নি ।

হৌজিক্কী মতম অসিদদি শম কোকপা অমসুং হৈগ্যা তৌবা অসি বাম্মোন্না অম্বাম্বা তৌনরক্লে বাম্মোম্না তৌরিবা অসিদি লমদম অসিগী চংন পুম্বাপকী মমুং চন্দে শম কোকপগী থবক থৌরম অসিমু লমদম অসিগী চংনবী অমা ওইনা অঙাংগী মিং থোনবগুম্না চাউনা পাঙথোক্লে ।

অঙাংগী শম কোকপগী থবক থৌরম অসিমু পুকয়ু হায়রিবা বাইয়ু মখল অসি য়াওদবা য়াদে, ঙসি ফাওন্দা অঙাংগী শম কোকপনচিংবা অসিদা হরাও কুম্মৈনচিংবা কয়ামরুম তৌদুনা শান্নরিবা অসিনি ।

শম কোকপা মুমীৎ অতুগী ওইনা বার্তন ফংদুনা লাক্লিবা অহল লমনশিং পুম্নমক শম কোকপদা কংজরিবা অচা অথকশিং পুম্নমক শম কোকপা লোইরবা মতুংদা অঙাং অদুনা অচা অথকশিং অদু মখুৎনা শোকহল্লি, অঙাং অদুনা অচা অথকশিং অদু শোকহন্দ্রবদি অতোপ্পা মী অমত্তনা চাবা য়াদে হায়নৈ ।

হায়রিবা থবক অসিদি মানা মানা ওমজবা মতুং ইন্না য়াম্না তৌদ্রবসু অদুমক য়াই, শম কোকপগী নিয়ম অমদি মরুওইবা থৌরমশিং অদু মথক্তা পনখ্রিবা অসিনা মরু ওইবনি । মথক্তা পনখ্রিবা অসিগী মতুং ইন্না লমদম অসিগী মমাঙঙৈগী মতমদগী 'চকপা মৈতৈ অখ্রিবা' ওইনা লৈরকই ; শম কোকপদা পাংথোকলিবা মরুওইবা নিয়ম খর অসি লমদম অসিগী চকপা মৈতৈ অখ্রিবগী থৌরম ঙাক্তনি হায়না য়ারিনৈ । হৌজিক্কী মতমদা নিয়ম খর চাউথোকচখিবগী বাদনি ।

# লুহোঙবা

মথং মথং চাপোক নাওপোক্কী মতম লোইরক্লবদা লুহোঙ খোঙ-দোংবগী মতাং অমুক লাক্লে লুহোঙ খোঙদোংবগী নিয়মশিং অতুদি মথল অহুম খোক্লা খায়দোকই মরুওইবা নিয়ম থর অতুদি :—

১। অহানবদা হৈজপোং পুবা

২। অনিশুবদা বারোইপোং পুবা

৩। অরোইবদা হৈজিং পুবা নত্রগা লুহোঙবা অসিনি ।

ইহান হানবা ওইনা হৈজপোং পুবা হায়না পুন্নরিবা অসিদ্রি নিপা অতুনা হুপী অতুবু হায়জরগা থম্বগী শাখিনি ।

নিপা অতুনা হুপী অতুবু ইহান হানবদা হায়জবগী মতম চহি অতুদা ইমুং মনুং অনিমক্কী য়াম্নবা নিয়ম অমগী ওইনা হৈজপোং অসি পুতুনা থম্নবনি । মরুওইনা হায়রিবা মতম অতুদা হৈজপোং হায়না কৌনরম্লিবা লোল অসিমকন্ত 'হায়জপোং' হায়গঙবনি৷ মতম অতদা তাঙনরবা লোলগা হৌজিক হৌজিক তাঙনরিবা লোল অসিগা খেন্নরকপদগী হায়জপোং হায়বনি শমজিন্দুনা হৈজপোং হৈজপোং হায়না অতুর খঙনরে ।

ইহান হান্না হুপী অতুবু হায়জবা চহি অতুমক্তা হৈজপোং পুবগী থবক খোম্নম অসি পাঙথোকই । হৈজপোং পুবগী মরুওইবা পোৎচঙ থর অতুদি কবোক, কাংগুবী, লফোই, চু, কা, হৈ, চূরুট খেরী অসিনচিংবা অসিনি ।

হৈজপোৎ পুবগী বার্তান অদুদি অহল লমনশিং অমদি মরূপ মপাংশিংদা লাইপোৎ ওইনা শেমদুনা পীনবা অসিনি। য়ামদ্রবদা অপিকপা হৈজপোৎ অমদা লাইপোৎ মশিং ৫০/য়াঙ্খৈদগী তাদনা শেমনৈ লোয়ননা মী য়াম্বা 'মরী মতা' থুংকনবা য়ুমনাক শাগে য়াম্বগী মতুং ইন্না লাইপোৎ মশিং অসি ১০০/২০০ ফাওবা শুনা শেম্বা য়াওই।

'লাইপোৎ' থুংবা হায়বা অসিদি মরু ওইনা হায়রবদা ফানজোবম শাগেনা নিপা ওইদুনা হৈজপোৎ পুরবদি হায়বদি হোঙানবা শাগে অমদা প্রমান ওইনা হায়রবদা সলাম শাগেদা পুরে হায়না থল্লসি, অদু ওইরবদি সলাম শাগে খুদিংমক্কী অয়োবা ইমুং খুদিংমক শুনা লাইপোৎ থুংদুনা অমদি লাইপোৎ চারিবা ইমুংগী মীওইশিংনা অমদি অহল লমনশিংনা লুহোঙবা মতম য়োৌরক্লবদা মমল য়াম্বা 'কোল-লিক' কোফুনচিংবা লুহোঙবগী অউনপোৎ ওইনা উন্দুনা পীবা অসি চৎনৈ, ইহান হানবা ওইনা হৈজপোৎ অসি পুদুনা অচা অথক্লচিংবা য়াওদুনা য়েন্দুনা চা থকথ্রবস্থ রা পুমলোই লোইথোক্লনা থম্বদি নত্তে, হায়রিবা মতম অসি ফাওবদা লুহোঙবগী রা অসিদি লোয়নদ্রি, মসি চৎনবী অমা ওইনা হায়জরগা থম্বগী রাফমথক্তনি।

হৈজপোৎ অসি পুখিবা তুংদা মুপী অদুনা অতোপ্পা নিপা অমদা অমুক চেনখিবা অমস্তুং ময়ুম পানখিবা য়াবগী হক লৈ, অস্তুম তৌনা মুপী অদুনা কনাগুম্বা নিপা অমদা চেন্দুনা ময়ুম পানখিবদা য়ুম্বৎ অদুগী অহল-লমনশিং অমদি অতোপ্পা লৈকাইগী মীনা থিংবা ঙমদে।

মহাক্না হায়নরিবা নিপা অদুদা রারোইবগী থবক থোরমনচিংবা শুনা পাঙথোকত্রিঙ্কেদা অতোপ্পা নিপা অমদা হায়রিবা মুপী অসি চেনখিবা য়াইঃ মতৌ অস্তুম তৌনা মহাক্না হায়নবা নিপা অসিদা ওইরবদি রারোইপোৎ পুদ্রবস্ত অদুমক চেনবা য়াই; অদু ওইরবদি

মহাক অদু লুহোঙলরোই কৈন্যদান কৎপা হায়দুনা লৌখৎপগী থৌরম থরদমক পাঙথোক্লগা অদুমক তৌক্লে ।

করি করিগুম্বদা নিপা অদুনা হায়জবা নুপী অদুনা হৈজপোৎ পুথ্রবা মতুংদা চেনখিবা অসিদি নিপা ময়ুম অদুনা নুপী ময়ুম অদুদগী হৈজপোৎ পুখিবদা চঙখিবা পোৎ, চৈ থরগী মমল ওইনা মরল হনবা হায়দুনা নিপা ময়ুমনা য়াদ্রবদি নুপী ময়ুম অদুনা হৈজপোৎ অদুদা ফঙখিবা অদুগী মমল ওইনা পৈশা হন্নৈ, মসিবু নিপাগী মরল হনবা হায়না খঙনৈ ।

**ৱারোইপোৎ পুবা ঃ**

হৈজপোৎ পুথ্রবা তুংদা ৱারোইপোৎ পুবা হায়বগী থবক থৌরম অমা অমুক চাউনা থোক্লে ৱারোইবা হায়বা থবক থৌরম অসিনা হৈজপোৎ পুবদগী নিয়ম খরদি তোঙাল্লি, অসুম তৌনা নুপী অদু হায়জদুনা থম্বা মতম অদুদগী চহি অমা লৈরগা ৱারোইপোৎ অসি পুনৈ ।

ৱারোইপোৎ পুবগী পোৎচঙ অসিসু তোঙাল্লি, ৱারোইবা মতমদা চঙবা পোৎচঙদি 'য়ু' অমসুং 'শা' অসিনা মরু ওইবনি ।

য়ামদ্রবদা ৱারোইপোৎ অমদা 'ওক' মঙাদগী তরা ফাওবা চঙই । য়ুনা ৱাইয়ু খরুং তরাদগী কুন ফাওবা চঙই, হায়ব্রিবা ৱারোইবগী পোৎচঙ অসিদি হৌজিক্কী মতমগী ওইনা পৈশা ওইনা পাক্নরবদি লুপা লিশিং ১৫/২০ লোম ওইগনি, ৱারোইবগী থবক থৌরম অসিনা লমদম অসিগী মুম কৈ পানবগী থবক্তা খ্বাইদগী পৈশা চঙবা থবক থৌরম অমা ওইরি । থবক থৌরম অসিবু মপুঙ ফানা পাঙথোকপগী দমক্তা মাগী মাগী 'লৈকাই শারিবা' শীঙলুপ অদুগী মীওইশিংনা মরু ওইনা শিনবি লাওবিগনি ।

থবক থৌরম অসি পাঙথোক্লবগীদমক্তা 'শা' শেম্বা, য়ু থাবা' য়েনবা পুন্নমক অসি মাগী মাগী মথৌ তোঙান তোঙান্না খায়দোকই, মদুদি য়ু য়েল্লিবা অমস্তুং পান্নরিবা মহাক অদুবুনা য়ুচংলোই হায়না কৌই।

লোয়নননা 'শা' য়েল্লিবা অমস্তুং শা পান্নরিবা মহাক অদুবুনা 'শৌগ্রাকপা' হায়না কৌই। অবাৎপা খুদিংমক মহাক্না তানগনি, অতোপ্পা কনাগুম্বা অমনা মদু খুৎ থিংজিনবা য়াদে মাগী মাগী তৌফম থোকপা মথৌনি হায়না লৌনৈ।

মরুওইনা হৈজপোৎ পুবগী নিয়ম অসিগা বারোইবগী নিয়ম অসিগা হায়কেৎ মানৈ, মসিস্তু লাইপোৎ শেম্বগী নিয়ম লৈ লাইপোৎ শেম্বগী নিয়মদি বারোইবগীস্তু চপ মানৈ।

লাইপোৎ শেম্বগী খেন্নবা হায়ববু নহা অহল খায়রকপা অসিনি। শা অদু হাপ্পা মতমদা শাকোক য়ুকোক হায়দুনা নহা অহল খায়দুনা শেম্বনি। লাইপোৎ অমদা চৎনবী চাংচৎ অমা ওইনা অহল ওইবশিংদা 'শা' কে: জি: ২/অনি রোমগী চাংদা হাপনৈ; য়ুগী চাংনা য়ুথুম মচা অমগী চাংদা হাপনৈ মমাঙউৈদগী হৌনা চৎরম্বা য়ু অসি (পুকয়ু) হায়রিবা য়ু মখল অসিনি মসি বাইয়ু হায়নস্তু হায়নৈ।

মতৌ অস্তুম্না তুপী ময়ুমদা শা, য়ু, অসি পুদুনা চৎপা মতমদা লৈকাই অদুগী খাইদগী অহল ওইবী তুপী অমনা মাং থারগা 'পোৎ চৈ' অমত্তা পুদনা মাঙ চিংদুনা চৎনৈ, লোয়নননা পরেং মাইনা চৎকনি। পরেং কায়না চৎপা য়াদে পুম্নিবা শা অদু তুপী ময়ুম অদুদা পুদুনা চৎপা মতমদা 'শা' অদু মী অমমমনা পুবা ভম্বগী চাংদা শেমদুনা খুদেং, নম্রগা থুম্মোক, অদুদা লা অদুগী মখক্তা ফিদা অঙাঙবা অথাবা অসিনা কুপথরগা পুগনি।

শা কুপ্পরিবা অঙাঙবা ফিদা অসি অতৈ থবক্তা শিজিন্নদে বারোইপোৎকীদমক্তা ফিদা ওইননবা তোঙাম্না থম্নবা ফিনি হায়রিবা ফিদা অসিবু বারোইবগী থবক্তা শিজিন্নৈ হায়তুনা 'বারোই ফিদা' হায়না খঙনৈ ।

নুপী ময়ুমদা পুরিবা 'শা' অদু নুপী ময়ুম য়োরগা শা, য়ুশিং অদু য়ুম্ম অতুদা লৈবা য়ুমলাই অতুদা কৎকনি । অতুগী তুংদা শা; য়ুশিং অদু য়েননবগীদমক্তা লৈকাই ওইরিবা মীওইশিংদগী নহা খর ওইবা মীওইশিং কৌশিল্লা বারোইবগী থৌরম অসিদা লাকলিবা অহল লম্মন, নুপী অঙাংশিং খুদিংমক্তা য়ু খর, শা মতুম অমম্নমগা থুংনা য়েনগনি । পুরকলিবা শাশিং অতুগী মনুংদা অহল লম্মনশিংগী লাইপোৎ অতুদি য়ুমদগী হাম্না শেমতুনা থমগ্রবনি । শেমগ্রবা লাইপোৎশিং অতুদি অশেম্বা পোলাংদা হাপ্তুনা নহা অহল অমদি মমিং মথানচিংবা ইরগা শেম শাতুনা মথং মনাও নাইনা কৌরগা মশা মশাদা অতুমক পীথোক্লৈ, লাইপোৎ পীথোকপা অমম্নুং য়েন্থোকপগী নিয়ম অসুম্না চৎনৈ ।

তোপনা লাইপোৎ থুংলিবা মহাক অতুসু মীয়ামদা য়েল্লিবা শা, য়ু খুদিংমক চপ মান্নবা অতুমক থুংগনি । বারোইবগী থবক থৌরমদা লাক্লিবা মমাগা লোয়নবা অঙাং ফাওবদা শরুক অতুমক থুংনৈ ।

বারোইবা মতমদা পাখং লৈশাবী বার্তন তৌনদে ।

বারোইপোৎ পুবগী মতম অতুদি নুংখিল পুঙ ১/২ ফাওবগী মনুংদা পুনৈ বারোইপোৎ অসি পুগ্রবা মতুংদগীদি নুমীৎ থা ক্ষরবদি ইকুই কুইদনা লুহোঙবসু য়ারে । হায়বগী চৎনবী লৈ, চহি অমা মপুঙ ফানা লৈত্রবসু য়াম্নবা মরম অমগী মতুং ইম্না অতুমক লুহোঙই তশেংবদি হৈজপোৎ পুবদগীনা লুহোঙবা ফাওবগী মতম অসি চহি অহুমনি ।

হৈজপোৎ পুবগী মতম অসিদু নুংথিল ওইনা পুনৈ, অদুবু থবক অসিদি অয়ুক্কী মতমদসু অদুমক পুন্নবা য়াওই মসি মতম মতমগী মতুং ইন্না তৌনিঙবা পাঙথোকনীঙবা মতমদা অদুমক পাঙথোকপা য়াই, হৈজপোৎ অমসুং বারোইপোৎ পুদুনা মথৌ মঙম খর অসিবু পাঙথোকপা লোইশ্রবদি পাঞ্জি অদুনা লুহোঙবগী অকক্রবা মতম, নুমীৎ অদু লেপথোকই, নুমীৎ লেপ্লবা মতুং অদুদদি খুল অসিগী ওইনা অশিল অরাঙগী থবক অদু পাঙথোক্লবগীদমক্তা অরাঙবা হায়না থমলিবা থুৎপু অদুনা ঙম্লনবা হোনবা অসিনি। লুহোঙবা নুমীৎ অদুদি অরাঙবগী মথৌ য়ামনা চিল্লি। অরাঙবা অসিদু লুহোঙবগী অমা সোরাৎ কর্ম্মগী অমা অনি থোকনা থায়দোকই।

লুহোঙবগীদমক্তা ওইনা খনগ্রবা অরাংবা অদুদনা তৌগদবনি। থবক থৌরম তোঙানবগীদমক্তা অরাংফম অসিদু তোঙাম্না থায়দোকই, সোরাৎ কম্মনচিংবা পুনবা য়াদে, মরম অদুনা মাগী মাগী থবক থৌরমগী মতুং ইন্না তোঙান তোঙান থায়দোক্লনা থল্লরিবা মরম অসিদগীনি।

মমদম অসিগী ওইনা ঙসি ফাওবদা চৎনরকলিবা লুহোঙবগী থবক থৌরম অসি ঙসি ফাওবদা থোইদোকনা অহোংবা লৈত্রি, অদুবু মতমগী মতুং ইন্না খরদি অদুম হোংনরকখি।

মমাঙদৈগী মতমদদি লুহোঙবা অসিদু অয়ুক্তা ঙাক্তা হোঙনরমই, নুংথিল 'লুহোঙবা' চৎনরমদে মরুওইনা লুহোঙবদা শেৎনরম্বা ফিজোল অদুদি হান্নদগী হৌনা চৎনরকপা নিপাগী ফিজোলদি, ফৈজোম অঙৌবা শেৎপা চৎনরকই ফুরীৎ পুময়াৎ, কোয়েৎ অসিনচিংবা অদুমক চৎনরকই, লোয়ননা নিপা নুপী অনিমক চঙোন খিনগনি নুপীগী ফিজোলনা

অরোন ফনেক শেৎপা চৎনরমই। ফনেক অসি 'চোংগা ফনেক' শেৎপা হায়দুনা 'মথক চিংখৎলগা শেৎনরমই' মতম অদুগী 'চৎনবী পথাব' অমা ওইনা শমসু 'শাই ককপা' হায়দুনা লুমাঙগী শম অদু ইকোয় কোয়না ককখৎপা অসি চৎনরমই।

অখঙ অহৈ পণ্ডিতশিংনা লুহোঙবগী মতম অসি অয়ুক্কী পুঙফমদা হোঙবনা কৈ হায়না লৌনরম্বদগী অয়ুক্তা হোঙনরম্বনি হায়নৈ।

মতম অদুগী লুহোঙবা অসিসু মরুপ মপাং য়াম্না চৎনরমদে, খ্বাইদগী লুনা তিম্নবা নকনা লৈমিনবা মরুপ-মপাং খরদমক চৎলগা হোঙনরমই, মতম অদুদগী চৎনরকপা লুহোঙবদা ফমননবা হায়দুনা উনা শাবা মখোঙ মরী পানবা ফিট অমরোমদমক বাংনা শাবা ফাল অমদা ফমলগা হোঙই। মসিবু 'লুহোঙফাল' হায়না কৌই, চাউরাক্লা ওসিদগী চহি চহুমকোমগী মমাঙদদি লুহোঙবদা লাইরিক শকপা অমসুং হায়বা অসিবু মরুওইনা চৎনরমই হায়নৈ। অদুবু মদু পংকুই কুইনা চৎনখিদে হায়নৈ।

মতম খর লৈরগা অমুক লাইরিক শকপগী নিয়ম অসি ভোক-থোকখিদুনা, 'বাঁশী পেনা' খোঙদুনা হোঙবা অসি কন্না অমুক চৎন-রকখিবনি, অসুম্না বাঁশী পেনা থোংদুনা চৎনরকপা অসিনা লমদম অসিগী ওইনা মতম শাংনা অমদি কুইনা 'চৎনবী পথাব' অমা ওইনা চৎনরকখিবনি।

অতোপ্পা মরুওইবা চৎনরম্বা অমনা খোংজোম তাবা অসিবু চৎনরমই হায়রিবা নিয়মশিং অসি মমৈথঙদা থরদি হোংলকখি লুহোঙবা মতমদা হোঙলিবা মুপী কৈন্মা অসিবু চিংবা পাঞ্জি অদুনা লৈ অদু পীর পীরগা

পাঞ্জিনা লম্বী চিংতুনা চংলগা হোঙবনি, মাঙোপ অদু অহুমলক কোয়রগা হোঙবা অমত্তুং লৈ চাইবা অসিদি মমাংউে মতমদগী হোংদনা অতুমক চংনরকই ।

মথক্তা পঞ্জুখিদবা অমনা বৈন্যা ওইরিবী নুপী অদুগী ফিজোন্দা ইন্নরিবা ইন্নফি অদুদি 'চরৈ লমথাং' হায়না কৌই, মসি মচু ঙৌবা অপাবা ফি মখল অমনি. লুহোঙবা মতমদা ফি অসিনা কোক কুপ্লগা ইনবা অসি চংনরমই ।

নুপী ময়ুমদা লুহোঙবা লাকপা মরপ মপাং অহুল খুদিংমক নুপী ময়ুমদা চাক ঈশিং চারগা চংনৈ, মসিদি নিপা ময়ুমদসু অতুমক চানৈ, লোয়ননা য়ু অসিবু অতুমক য়াওনৈ । লুহোঙবা লোইরবা মতুংদা 'বর কৈন্যা' অনিমক পুন্না চংমিন্নদে, লোয়ননা লুহোঙবা হেক লোইবগা থিনবা অসি থিন্নদে; লুহোঙবা লোইরগা বর অদু মতোমদা অতুম চংখিবনি; লুহোঙবা নুমীৎ অদুগী সুমীদাংবাইরমদা মৌ লৌবা হায়তুনা কৈন্যা অসি অমুক লৌবা চংনৈ ।

লুহোঙবা সুমীৎ অসিদা মৌ অসি থিনবা য়াদ্রবদি পাঞ্জিনা অনৌবা নুমীৎ অমা অমুক য়েংলগা থিন্নৈ । লুহোঙবা লোইরবসু থিনববু য়াদ্রবদি, নুমীৎ তরানি' কুননি, অমসু থা হেল্লবা ফাওবদা থিদ্রবসু নিপা অদু নুপী ময়ুমদা চংন থোকনা লৈন্নবা অসি চংনরমই । মৌ অসি থিল্লবসু থিদ্রবসু নিপা ময়ুমদা নুমীৎ অদুগী সুমীদাংদা পেনা তাবা অসিসু চংনরমই । লোয়ননা খোঙজোমসু তান্নরমই ।

বাঁশী পেনা খোঙবা খোংজোম তাবা অসিনচিংবা পুন্নমক অসি তোকপ্রবা মতুংদা 'বাশোক শকপা' হায়থসি অমুক কন্না চংনরকখি ।

বাঁশী পেনা অসি হৌজিক্কী চহি ( ৩০০ ) চহুম লোমদগীনা ( ২৫০ ) ফাওবনা চৎনরমই, অদুদগী শোক ১৯৬৫ দগী বাঁশী পেনা খোংবা অসি থংথা থাদোকখিবগুম অমতা তৌখিদ্রে ।

শোক ১৯৬৫ হায়রিবা মতম অসিদগী হৌরগা চংনরকখিবা অদুদি 'বাশোক শকপা' বাশোক কৌদুনা শক্করকখিবদগী হৌজিক ফাওবগী মনুংদা অদুমক চৎনরি, অমসুং শক্করি । লোয়ননা বাশোক্কা নত্তনা শুনাঙ লিলানচিংবা কৌদুনা শান্নবা অসি লমদম অসিগী ওইনা কন্না চৎনরি ।

হৌজিক্কী মতম অসিদদি লৈহারাওবগী নিয়ম অসি হান্নদগী নিয়ম য়াম্না হোংদোকখ্রে হায়বা য়াই । মতম অদুদদি 'পালা' শক্করমদে বেল খোংবা পুন্নমক তৌনরমদে, মাইয়েকসু য়াওনরমদে, মতমগী খোঙচৎ মতুং ইন্না মথং মথং হোংনরকখিবনি, অদুবু হান্নগী অরিবা নিয়মশিং অসি অয়াম্বনা চৎনখিদ্রে, অদুবু হৌজিক্কী অনৌবা কয়া মরুম লাকতুনা শিজিন্নরীবা তৌনরিবা অসিদি লমদম অসিগী 'চৎনবী পথাপকী' ( কষ্টমগী ) মনুং চন্দে, মতমগী চাউখংলকপগী মতুং ইন্না ঈথক ইপোম কয়া লাকপদগী হরাও কুম্মৈশিং অসি তৌনরম্বগী য়াদনি ।

অরিবা মতম অদুগী চৎনবী ফিক্কেৎ চাকচা চিঙাক হোংদনা শিজিন্নরিবা অসিনা অরিবা নিয়মগী 'চৎন পথাপ' অসিনা লমদম অসিগী চৎনবী মপুঙ ফাবা অমা ওইরি ।

লৈহারাওবা নুমীত্তা কৈন্যা অদুনা বরগী য়ুমদা থিল্লকপা মতম অদুদা বরগী য়ুমদা 'য়ু শিংজু' য়েন্দুনা চান্নরমই । অদুবু য়ু শিংজু য়েন্দুনা চাবা অসিবু থাদোকখ্রে, অদুবু মতম অদুদগী ওসি হৌজিক ফাওবদা হোংদনা চৎনরিবা নিয়ম কয়ামরুম লৈরি, লোইননা লৈহারাওবা নুমীৎতগী অমুক মপাম চাকৎয়া হায়দুনা মঙানি শুবা নুমীৎতা কায়দনা তৌরি ।

হায়রিবা নিয়ম অসিদি মমাঙৈগী মতমদগী চৎনরকপগা লোয়ননা হৌজিক ফাওবদা চৎনরিবা অসিনি, মঙানি চাকৎস্না ময়ীৎতা বরগী মমান্নবা অহুম মরীদগী হেন্নদি চৎনদে, মুপীগীসু অহুম মরীরোমদমক চৎনৈ ।

লৎহোঙবগী মঙানি মপাম চাকৎস্না হায়না তৌনরম্বগী চাউরবা প্রমান কয়ামকমসু লৈ, মদুদি লৎহোঙলীবী কৈন্যা অদুগী ওইনা পোকপা শিবা অমদি তুংগী ওইরক্কদৌরিবা পুন্সি অদুগী মতুং ইন্না মহাক মশাগী মুপীগী য়ুবান নুমীৎ তককনি, নিপাগী য়ুবান মুমীৎ মঙানি, অনি অসিগী অপুনবা মুমীৎ অসি লৌরগা মঙানি শুবা মুমীৎতা অপুনবা ওইনা চাকৎস্বগী থৌরম অসি তৌনরম্বনি হায়রী ।

চাকৎস্না নুমীৎতা মচে মচলশিংনা শুমীৎ অসিদা মহাক্কীদমক্তা নৌনা ফংজরিবা মপুরোইবা অসিগী য়াইফ মুঙাইগী খর নীনবগীদমক্তনিসু হায়নৈ, মরুওইনা নিপা মুপী অনিমক্কী পোকপা য়ুবান নুমীৎকী পুংফমশিং অদু লৌরগা তৌনরম্বগী প্রমান ফংই ।

লোইননা লৎহোঙবা হায়বগী বাহৈ অসি অমরোমদা 'হৈজিং পুবা' হায়নসু অদুমক খঙনৈ, লৎহোঙবা হায়বসি অহাও অথুম অমদি অথেন-পোৎনচিংবা কয়ামকুম্না থেন্দুনা হরাও তয়ামনা পুহুনা হোঙই, হায়দুনা লৎহোঙবা হায়দুনা কৌনখিবনি, হায়না ঙসি লমদম অসিগী অখঙ-অহৈ অমদি অহল লম্মনশিংনা ঙসি ফাওবা বারীনরি ।

অউনপোৎ উনবা ঃ

মতম অদুদগী চৎনরকপা লৎহোঙবদা উনদবা য়াদবা খর অদুদি অস্নুম্না চৎনরকই মদুদি কাংখোল অমা, মোস্পাক অমা, কাংখল অমা, উপু অমা, তেক অমা, পুখম, তেঙোৎ ফি-রোল খন্না, উনবা অসিদগী হেন্না চৎনরমদে ।

লমদম অসিগী ওইনা চংনবী পথাপ অমা ওইনা লায়রবা অমসুং ইনাকখুনব খায়দা ছায়রিবা পোং, চৈ, খয় অসিদি ঙসি ফাওবদা অহোংবা থোইনা লৈরে। মতম অতুদগী চংনরকপা অউনপোংশিং অতুদি অদম্না চংনরকপনি।

**হৌজিক মতমগী অউনপোং :**

হৌজিক মতমগী ওইনা চংনরীবা অউনপোং উবগী চংনরিবা মিয়াম্নশিং অতুদি অদুম্না চংনৈ, লোয়ননা ২০/ কুনশুবা শতাব্দি অসিদদি অউনপোং উনবগী অহোংবা কয়ামরুম লাকখি।

হৌজিক্কী মতম অসিদা উন্নরিবা অউনপোংশিং অতুদি কার, টি.ভি, রেডিয়ো, সনা, লুপা, স্কুটর, গ্যাস কুক্কর, ৱাট ফিলটর, লৌ. ইংখোল ফংলবা উনবা অসি হৌজিক্কী মতমদা কন্না চংনরকলি। মতমা অদুদা চংনরম্না অদুগা হৌজিক্কী মগ অসিদা চংনরিবা অসিগা চাংদমনবদা আকাম পায়না খেন্নবশুংনি, লমদম অসিদসু হৌজিক্কি অনৌ অনৌবা মওঙগী অউনপোং উনবা ঙসি কন্না চংনরকখি মরম অদুনা মতমগী খোংচং মতুংইনা থিংবা ঙমদনা ঙসি ফাওবদা মমাংইগী 'চংনবী পথাপশিং অসি থাদোক্লরক্লনা অহেনবা তাম্নবা অমা ওইনা চংনরলিবা অনিনি।

---

# পানা শঙদা হিরু-কাবা

মথ. মথং যুদ্ধ—কি পান্দনা লুহোঙ খোংদোংবা লোইরবা মতুংদা পানা শঙদা হিরু কাবগী থবক থোরম অসি অমুক পাঙথোক্কবা য়াদে, লুহোংবা মতুং থা তরুক হেক শুবা মতমদগী হৌনা চুপী অমসুং

নিপা অনি অদু খুল অসিগী অচৌবা য়ুম পুবগী থবক অশি-অনাগী অমদি কুম্বৈ হরাওনচিংবা খুদিংমক্তা অহল লম্মন শিংগী য়াথং মতুং ইন্না থবক থৌরম খুদিংমক য়াওনবগীদমক্তা থৌ চনবা হায়দুনা লৌশিল্লি ।

য়ুম কৈ পান্দুনা লৈরক্লবা থা তরুক হেক শুরকপদগীদি নিপা অদুনা 'থৌমী' হায়না খঙনরে৹ অসুম তৌনা থৌ অসি হেক চনখ্রবগী তুংদগী খুনগী পানা শঙ হায়না লৈরিবা 'ইবুঙো পনম নিংথৌগী' খুভমদা মপুঙ কানা সেবা তৌবগী হক্ অদু লৈরে । খনগৎলবা পানা হায়বদি থৌ চনখ্রবা মথোয়শিং অসিবু খুলগী পানা মচা হায়না কৌই । খনগৎলবা পানাশিং অসি মাগী মাগী শাইগগী মতুং ইন্না 'অহল্ল-প পানা' অমসুং 'নহালুপ পানা' অনি থোকনা খায়দোকই৹ খায়দোক্লবা পানা অনি অসিনা মাগী মাগী পানা লোয়শঙদা হিরু কাবগী থবক থৌরম অসি তঙাই কদনা পাঙথোকই ।

হিরু কারিবা মহাক্না 'ইবুঙো পনম নিংথৌগী' হরাও – ভয়ামহগী ফল মতেং ওইননবা হায়দুনা হিরু কারিবা পানা অদুনা লুপা ১০০/১০০ 'ঈশ্বর' অসিগী দান ওইনা পুখৎহনবা অসিনি ।

ঈশ্বর অসিগী ফল ওইননবনি হায়দুনা পুথৎনরিবা পৈশাশিং অদু পানা লোয়শঙ অসিগী ওইনা মাগী মাগী শঙগী হায়বদি নহাল্ল-প, পানা অহল্ল-প পানা অনিগী ওইনা হিসাব তৌদুনা থম্ননবগীদমক্তা পানা শঙ অমমমগী কেরানী অমমম হাপ্তনা থমলি । লোয়ননা চহি চহিগী ওইনা ঈশ্বর অসিগী কারকলিবা পৈশাশিং অদুগী হিসাবশিং অদু রেজিষ্টারদা ইশিন্দুনা থমই । হায়রিবা ঈশ্বর অসিগী ওইনা লৈরিবা পৈশাশিং অসিনা পুন্না লুপা লিশিঙ ১০/২০ শুরক্লবা মতমদা খুলগী অহল লম্মনশিং তিন্নদুনা পৈশাশিং অসি শেন্দোই থাদোকই ।

কনাগুম্বা পৈশা চিনবা দরকার লৈবশিংনা হায়রিবা পৈশাশিং অসি লৌনৈ, অসুম্না লৌন্নরিবা পৈশাশিং অসিদি চহি চহিগী ওইনা সেন্দোই শেল্লেপ পুন্না কাদবা য়াদে ।

চহি চহিগী ওইনা থাদোকখ্রিবা পৈশাশিং অছু সেন্দোই শেল্লেপ শুনা কাগনি । মরুওইনা থাদোকখ্রিবা পৈশাশিং অসি খোম্নগৎপগী অকক্লনবা মতমদি 'পোয়ন্নু' থাদা হায়রিবা পৈশাশিং অসি জনা জমা তৌশিল্লি । হায়রিবা পৈশাশিং অসি 'ঈশ্বর' 'ইবুঙো' পনম নিংথৌ' অসিগী হন্নাওবা মতমদা লাইগী অরাৎপা পোৎ – চৈ লৈবগী মতেং ওইনা শিজিন্নৈ ।

হৌজিক হৌজিকমক্তা পানা লোয়শঙ অসিদা হীক কারকপশিং অসিগী ওইনা লৈরিবা পৈশাগী মশিঙ অসি লুপা লিশিঙ, কুন্থ্রায়োম হেন্না লৈরি, ফো ওইনা লৈবনা ফোপোৎ চাম্বা ১০০ গী মথক্তা হায়রিবা হিসাবশিং অসি ফল্ ওইনা লৈরি ঈশ্বর' অসিগী মিংদা লৈরিবা মাল, চাং, অমসুং পৈশাশিং অসি লোয়শঙ শান্নিবা লাইকম অসিদা ফোকোৎ শাত্নুনা থমলি থমলিবা ফোশিং অসি ঈশ্বর অসিবু মুমীৎ খুদিংগী পান্নরিবা নম্বোরশিংনা 'চূঙ, শো, পায়তুনা ডাক শেল্লুনা অতুমক থমলি ।

মথক্তা হিক্ক কাবগী মতাংদা পঞ্জখিবা থবক খোরম অসিদা মকওইনা চঙদবা য়াদবা পোৎচঙ থর লৈ, মতুদি ওক অমা, মু পানা থকং অমা, য়েরুম অহিংবা মরী, চুশাং মরী, লফোই লফাং অহুম, শিংজু মথেল অমা, চুরুট বিড়ী থর, অসি য়াওগনি ।

মুমীৎ অতুগী ওইনা হীক কারিবা পানা মহাক্তি মুমীৎ অতুগী ওইনা থবক শুবা নোম্বা য়াগুরোই, ঐ ঙসি হীক কাজরে হায়তুনা লৈন্নিবা অহল লমন অমদি ফমদো নিংথৌশিংদা ভক্তি তৌতুনা

খুরুমজবা অসিনি। হায়রিবা থবক থৌরম অসিগী মরুওইবা মথৌ অতুদি অহুম্বা তৌনৈ, অয়ুক পুং ৬ তগী পুং ৯ মাপল ফাওবগী মনু'দা পাংথোকই। হায়রিবা থৌরম অসিদি ওক্না তৌই।

মসিগীদমক্তা শা শেম্বা, শা পান্নবা, য়ু থাব, 'য়ু' পান্নবা পুম্নমক্ মাগী মাগী মথৌ ওইনা তোঙান তোঙান থায়দোকই। শা পান্নরিবা মহাক অতুনা শা শেম্বা, থোংবগী থবক তৌই। লোয়ননা য়ু পান্নরিবা মহাক্ অতুনা য়ু থিৎপা থাবা পুম্নমক্ অতু য়ু পান্নারিবা য়ুচঙলোই হায়রিবা মহাক অতুনা ওন্নবা মথৌ অমা ওইনা হোৎনৈ হায়রিবা শা য়ুশিং অসি হিরু কারিবা নুমিৎ অতুদা শরুক য়ারিবা মীপুম খুদিংমক থংননবা য়েল্লি।

হায়রিবা থবক অসি পাঙথোক্লবগীদমক্তা ফম অতুম অসি মথং মনাও নাইনা হাপ্পনা থমই।

মতুদি:—

য়ু য়েন্নবা — য়ুচঙলেই

শা শেম্বা — শৌগ্রাকপা

পুম্নমক য়েংশিনবা মীংয়েং হায়বা অসিনি॥

য়ুচঙলোয় হায়না খঙনরিবা মহাক অতুবুনা 'য়ু' পান্নরিবা মহাকপু খঙনৈ। শৌগ্রাকপা হায়রিবা ফম অসিনা 'শা' পান্নরিবা অমসুং য়েনল্লিবা মহাকপু শৌগ্রাকপা হায়না কৌই। লোয়ননা মীংয়েং হায়না কৌরিবা মহাক অতুদি য়েল্লিবা শা য়ুশিং অতুবু অরাং-অপা কুপনা য়েংশিল্লিবা মহাক্না মীংয়েং হায়না কৌই।

হীরু কাবদা লাকলিবা অহল লম্মন ফমদো নিংথৌশিং পুম্নমক্কী মাগী মাগী মকোক মথং নাইনা তৌদবা য়াদে, হায়রিবা অহলশিংগী ফমফম অসিসু মাগী মাগী ফমগী মতুং ইন্না ফম্নরিবা ডাকনি হায়রিবা

নিয়মশিং অসিবু ঙসি ফাওবদা ঙাক্ক্না চৎনরিবা অসিদি ঙসিগী পৃথিবী অসিদা খ্বাইদগী অতাঙবা চৎন পথাব অমনি হায়বা য়াই ।

লমদম অসিদা মরু ওইনা চৎনরিবা লমচৎ ব্যাবহার অমদি খাঙাং শাঙাং খুদিংমক অসিদি তম্‌জনীঙাইগী মশক্নি । শাং য়ু পুম্নমক্ অত্থু শেম শাবা লোইরবা মতম অত্থুদা 'য়ুপুঙ' হৌবা হায়ত্থুনা লাইদা য়ু অসি কৎলগা লোয়ননা পানা শঙদা লৈরিবা পুঙজাও অসিবু য়ৈগনি, পুঙ অসি হেক য়ৈবা হৌরকপা মতমদা 'য়ুপুঙ' হৌরে 'লাইদা শাং য়ু, কৎলে হায়বা খঙনৈ ।

'য়ুপুঙ' হৌবা মতমদা য়ৈরিবা পুঙলোন পুঙ অসিস্থু অতেদপা মী অমনা হেক্তা য়ৈবা য়াদে । মসিগীদমক্তা ইতোপ – ভোগ্গা য়ৈন্নবা মী থমলিবনি ।

পুঙ অসি য়ৈবদা পুঙগী পুঙলোন্ অত্থুম্না য়ৈগনি মত্থুদি তঙ, ... তঙ, ... তঙ, হায়না অত্থুমক্ হঞ্জিন্দুনা য়ৈম্নে । হায়রিবা পুঙলোন অসিনা তোবপদি হৌজিক 'লাই তিন' – থাবা লোইরে চাবা থক্‌পা য়ারে হায়বগী – পুঙলোননি । অত্থুম্না পুঙলোন অসি চাবা থকপা লোইরকপা মতমদস্থু মথক্তা য়ৈখ্রিবা অসিগা চপ মান্ননা তঙ, ...... তঙ, ...... তঙ, হায়না হঞ্জিন্দুনা – য়ৈরব্‌পা মতমদা চাবা থকপা লোইরে চৎপা য়ারে হায়বা খঙনৈ । হীরু কাবগী মরুওইবা থবক থৌরম অমদি মরুওইবা নিয়মশিং পুম্নমক মথক্তা পঞ্জ্রিবা অসিনা খ্বাইদগী মরু ওইবনি ।



# ফম্ন কাবা

মতৌ অহুম্ তৌনা পানা শংদা হীরু কাথ্রবা পানা মচাশিং অদু মথাগী ফম্শিং অসি কাদবা য়াদে ।

১ । য়ুচঙ্লোয়
২ । শৌগ্রাকপা
৩ । ম্নিংয়েং অসিনি ।

হায়রিবা ফমশিং অসি মথং মথং কারকপগা লোয়ননা নৌনা কারকলিবা মখোয়শিং অসিনা থবক পুন্নবা হায়চুনা মখোয়গী মমাংদা লৈরম্বা অহল ওইবশিং অদুনা থবক থোরমশিং পুন্নমক অদু মখোয়দা নৌনা শিন্নরবা তুংদা তৌই মখোয়গী মথক্তা লৈরম্বা থবক অসিবু পুরিবা মখোয়মা চহি অহুম শুত্রবদি তোরুদে হায়রিবা ফমশিং অসি য়ুচঙলোয়দা মী অহুম লৈগনি, লোয়ন্না শৌগ্রাকপা, অমস্রুং মীংয়েংদসু মী অহুম অহুম শুনা লৈগনি ।

পানা শঙদা – ইনৌ নৌনা হীরু কারক্পা পানা মচাশিংনা ইহান হানবা ওইনা য়ুচঙলোয় হায়রিবা ফম অসিনা হাননা কানৈ, মথংদা অমুক শৌগ্রাকপা হায়রিবা ফম অসি অমুক কাগনি । হীক কাবগী থবক থোরম অসি য়ু অমস্রুং শানা মক ওইবনি হীরু কারিবা মহাক্না 'য়ু থরুং অমা, ওক – অমা অসিনি, হীরু কারবা তুংদা কারকপা অমস্রুং ওইরকপা ফমশিংদি মথক্তা পনথ্রিবা অসিনা অরোইবনি ।

**ফমচাক পিজবা ঃ**

হীরু অসি কারবা তুংদা হায়বদি ফমশিং অদু কাবা লোইরবা পায়থ্রবা তুংদা ফমচাক পীজবা হায়তুনা ফমশিং অদুনা থবক ওইনা পায়দুনা পাঙথোকথ্রবা হায়বদি তোকথ্রবগীদমক্তা ফমচাক পিজবা হায়বা থবক থৌরম অসি অমুক তৌনৈ।

ফমচাক তৌম্নরম্বগী মরুওইবা মরম লৈ, মাদুদি 'ঐ, ঙসিদগী ফম অসি তোকচরে (তাজরে) হায়বগীদমক্তা খঙবা চাক মখল অমনি, ফমচাক পিজবদা চঙবা পোৎচঙ খর অদুদি।

ওক, অমা, খু খরা, শিংজু মথেল অমা যেরুম মরী, চঙ, থোকপা লফোই লকাং মরী, চুরুট বেরী খর চঙই। হায়রিবা পোৎচঙ খর অসিদি য়াওদবা য়াদে, পোৎচঙ খর অসিগা লোয়ননা লৈকাইগী অহল লম্মন খর, পোৎ চৈ-পুবা-মী খরগা চৎনৈ, মশীঙ য়াম্বা য়ামদবাগী অকরুবা লৈতে।

ফমচাক পিজরিবা অসিসু ফমচাক তৌরিবা মহাক্তা ঈশ্বর অসিগী 'ফল, ওইনা লুপা ৫০/৫০ পুখৎলি, লোয়ননা ফমচাক অসি পিজবা লোয়রবা তুংদা কোনয়াই হুনবা হায়দুনা অমুকসু তৌরি। কোনয়াই হুনবা হায়রিবা থৌরম অসিদি হৈ মতোল অমা, লৈ মতোল অমগা তৌরগা ইশম শমনা লোইশিল্লি।

ফমচাক পীজবগী মতমদি অমুক্তা তৌনৈ, অমুক পুঙ তরুকদগী পুঙ ১০ ফাওবগী মনুংদা পাঙথোকই ফমচাক পীজবগী পোৎচঙ খুদিংমক অদুদি মথক্তা পঞ্জিথ্রিবা পোৎচঙ অদুনা মরু ওইবনি।

থৌরম অসিগী ওইনা হৈ, লৈ কৎপগী মতাংদা রারী খর লৈ, মদুদি হায়রিবা থবক থৌরম অসিদা মরুওইনা কৎন্নরিবা লৈ মখল

অতুদি 'নোংপোক লৈ, হায়না খঙনরিবা লৈ মখল অসিনি। নোংপোক লৈ অসি ফংদ্রেগা 'লাংথৈ, লৈ, হায়না খঙনরিবা লৈ মখল অসিনস্থ শিনবা য়াই। অতোপ্পা লৈশু-খরনা মাগী মতুং ইন্দুমা হাপনৈ, লৈগী মখলদা অখন্নবা অমা ওইনা মর-ওইনা য়াওনরম্বগী মরম অসিনি।

নোংপোক লৈ, অমস্তুং লাংথৈ, লৈ, লৈ মখল অনি অসিদি নোংপোক নিংথৌ' হায়বদি শিব মহাদেবগী থৌগন ফংজবা লৈ মখল অমনি হায়না লমদম অসিগী পণ্ডিতশিংনা বারীনৈ।

নোংপোক লৈ হায়না খঙনরিবা লৈ মখল অসিদি অতৈ অতোপ্পা থবক ইনথাংদা হাপ্লদে, মরমদি শিব মহাদেবগী তেংবাংজবা অখন্নবা লৈনি হায়না লৌই অমসুং খোঙনা খুৎনা শোকহৈদে হায়না লুনা তৌনৈ হায়রিবা লৈ মখল অসি অতোপ্পা হৱাও কুম্মদা শিজিন্নবা য়াদে হায়না অখঙ অহৈ পণ্ডিতশিংনা লৈ মখল অনি অসিবু য়াম্না লুনা শীঙথান্নরি।

**থাসি লুবাক :**

থাসি লপাক হায়ফুনা লোয়শঙ শঙলন্দা পাক চাউনা পাঙথো-কুরিবা থবক থৌরম অসিদা হিক কারবপদগী মথং মথং ফমচাক্লচিংবা পিক্লরবা তুংদা-লাকই, থাসি লুবাক হায়না পাঙথোকলমলিবা থবক থৌরম অসি খুাইদগী মক ওইবা থৌরম অমনি, হির কারবা পানাদগীনা লাই ঈশৈ শকপগী থৌরম ফাওবদা লৈবশিংনা মথং মথং মীথা পালি নাইনা পাংথোকই।

থাসি লুবাক হায়ফুনা থাসি খুদিংগী পাঙথোকলিবা থবক থৌরম অসিগী ওইনা মী-নিপান নিপাননা শাবা কাংলুপ অমমম শেমফুনা চহিগী ওইনা চৎলিবা থাসি নুমীৎ খুদিংগী লেপ্পুনা পাঙথোকলিবা থৌরম অমনি।

লোয়শঙ শঙলেন অসিদা থাসি মুমিং খুদিংগী থাসি লুবাক অসি তৌন্নরম্বগী চাউরবা মরম কয়ামরুম লমদম অসিগী ওইনা লৈরি, মসি চংনবী পথাব অমা ওইনা ঈশ্বর অসিগী ওইনা থা অসিগী থাসি খুদিংগী ওইনা লাই সোরাং শোনবগী থবক থৌরম অমনি । ঙসি ঐখোয়না লৈরিবা মালেম পৃথি লৈমায়থক্ অসিদা থোকলিবা 'মুমীৎ থা', অসি অসিনা ঐখোয়বু অমনন অঙান খায়তুনা শেম্বীরিবা 'মুমীৎ থা, অসিবু পজা তৌতুনা - হৈ লৈ কন্তুনা খুরুম্নরম্বনি লোয়নননা মুমীৎ থা অসিগু অশিবা অচঙ্বা শ, হায়তুনা থাসি মুমীৎ অসি শিবা নাই হায়তুনা লৌবদগী থাসি মুমীৎকী সোরাং শোনবনি হায়না লৌই ।

থবক থৌরম অসিগী মরু ওইনা প্রমান অমনা অস্তুয়স্তু লীনরি । থৌরম অসি মরুওইনা তৌন্নরম্বগী মরম অমনা 'ইবুঙো পনম নিংথৌগী শায়োন ওইনা মহাক্লা পাইবা অমস্তুং চংপা মতমদা মৈগী শক্তি অসি শিজিনৈ, মরম অদুনা ইবুঙো মহাক্লা পাইরকপা মতমদা মৈবুল অমগী মতৌগুম্না মুমীৎকা মঙালনা মালেম পৃথি লৈমায়থক্‌দা লেঙদনা ঙানবগী মশেক মমিগুম মালেম পৃথি লৈমায়থক অসিদা মুৎতুনা লৈহৌরিবা মঙাল অসিগা মুমীৎকী নীঙথিজরবা মঙাল অসিগা ঙানবা চপ, মান্নৈ হায়না পণ্ডিতশিংনা লৌই ।

মরম অদুনা অসিগুম্না ঈশ্বরগী শক্তি অসিবু থা তরানিথোই চুপনা চংলিবা চহি চহিগী থা তরানিথোইগী থাসি মুমীৎ অসি কায়দনা পুজা তৌতুনা পাংথোকলিবা অচৌবা থৌরমনি ।

অখঙ - অহৈ লাই গুরুশিংনা প্রমান কয়া - মরুম তৌনৈ । মতুদি থাসি লুবাক তৌবা হায়না থাসি মুমীৎ খুদিংগী পাংথোকলিবা

অসিদি থাসি খুদিংদা লাইয়ামশিংনা লুপতিন ওইনা পূল্লগা তিন্নবা অহু থাসি নুমীৎ খুদিংগী লাইয়ামশিংনা খুনতিন্নে ৎরাও তয়ামনা লৈ হায়না পণ্ডিতশিংনা লৌনরমই অসুনা লাইগী শোনবা সোরাৎ অসিদা লাইয়ামশিংনা লাকহুনা চা থকই হায়নসু ৰারীন্নরমই। অসুম তৌনা থাসি লুবাক তৌবগী প্রমান কয়ামুক্তা ৰারীন্নরি।

থাসি লুবাক্কী থবক থৌরম অসি পাঙথোকপদা চঙবা পোৎচঙ খর অহুদি ওক অমা, য়ু কম্বে, অমা য়েরুম নিপান, চুরুট বেরী খর, কা হৈ খর অসি চঙই।

হায়রিবা পোৎচঙশিং অসিগী মনুংদা য়েরুম মরী অমনা ফুৎগনি মরী অমনা তল্ ওইনা হৌরগা পুহুনা ঈশ্বর অসিগী খুভমদা কৎপনি।

ঈশ্বর অসিগীদমক্তা পুরিবা অচা অথকশিং পু:ক লাই কৎল্লবা তুংদা কমনাইবশিংদা মকোক মথং মাইনা নিয়ম কায়দনা থারগা চা - থকই, থাসি লুবাকী থবক থৌরম অসিদা শরুক্ য়ারিবা পানাশিং অসিনা নুমীৎ অসিদা চৎল্লনা ঈশ্বরগী মফমদা য়াইফ-মুঙাইগী বর থৌনিজবনি হায়না পণ্ডিতশিংনা তাকপিরী।

থবক থৌরম অসি অয়ুক্তা পাঙথোকই থাসি লুবাক তৌবগী নিয়মশিং অসি হৌজিক য়াম্না থাজবা অচৌবা থবক থৌরম অমা ওইনা লৌরগা চৎথরী।

থবক থৌরম অসি পাঙথোকপদা মী নিপান নিপাননা শারম্বগী মরমদি থবক অহু খর কোমনবগীদমক্তনি হায়না পুন্না তৌরম্বনি

হায়ৰি। থবক থোৌরম অসি মমাঙৈগী মতম পারি পুরীদগী চহি চা - কয়াগী মমাঙদগী চৎনরকই।

মরম অতুনা চহি চহিগী থাসি নুমীৎ খুদিংগী চৎনরিবা থাসি লুবাক 'লাই সোরাৎ শোনবা' হায়বা অসি মৈবু পুজা তৌতুনা থমলিবা ঈশ্বরগী খুভম অসিদা লৈরিবা লেঙদনা পুজা তৌরিবা লাই মনাই অমদি নম্বোরনা লুচিংতুনা তৌই।

হায়রিবা থবক থোৌরম অসি খুঙ্গং অসিগী লেঙদ্রবা অমত্তা ঙায়রবা হোংবা য়াদ্রবা চৎনপথাব অমনি হায়না লৌরি।

পণ্ডিতশিংনা পীনবা প্রমান অমদা অতুম্মত্ত হায়নৈ, ঐখোয়না নুমীৎ - থা অসিবু শিবা অমত্তুং চংবা নাই, মরম অতুনা মীওইবা ঐখোয়গা চৎলিবা নুমীৎ থা অসিগা চপ, মান্নে হায়না লৌই। থাসি নুমীত্তা থাগী মশক উবা ফংদে মসি তাইবঙ মীওইবা ঐখোয়না শিবগা চপ, মান্নে অমত্তুং শিবগুম্বনি হায়না লৌন্নে। মরম অসিদগী ঐখোয়না নুমীৎ অসিগী অশেংবা শকতম অতুবু লৌরগা মাগীদমক্তা 'সোরাৎ অসি শোনবা শকপনি হায়না লৌরি, মসি খাইদগী থাজবা য়াবা প্রমান অমনি, মখোয়গী মপান্দগী ঐখোয়না হিংলিবনি থাসি নুমীত্তা মশক উদবা অসি তশেংনমক শিবনি হায়না লৌরি, পুন্নক অসিবু পুনশিন্দুনা থাসি নুমীৎ খুদিংগী লাইগী ওইনা সোরাৎ অসি শোন্নরম্বনি হায়না লমদম অসিগী পণ্ডিতশিংনা লেপ্পনা হারিনরী অমত্তুং লেপ্পনা পাংথোক্লরি॥



# ফমনাইবা তরেৎ

মতম কুইনা চৎন পথাব অমা ওইনা লৈরক্লবদা পানা শঙ্গী অমদি খুঙ্গং অসিগী ওইনা পাংথোকপা থবক থৌরম খুদিংমক্তা চ'নরকলিবা মকোক মরু ওইরিবা ফমনাইবা তরেৎকী মফিং অমদি ফমনাইবশিংগী তোঙান্ তোঙানবা মথৌশিং অদু মখাদা ইরগা পীজরি ।

অহানবদা : ১) খুল্লাক্পা ২) লুক্‌ল্লাকপা ৩) খুঞ্জাহনবা ৪) খুভমলাকপা ৫) য়ুবানবা ৬) পাখঙলাক্পা অমসুং ৭) নহারাকপা অসিনি ॥

মথক্তা পঞ্জরিবা 'ফম, থর অসিদি মকোক্ অমদি মথং মনাও নাইনা কায়দনা লৈগদবনি ।

হায়রিবা খুঙ্গং লমদম অসিনা ইহান হাননা খুন্দা লৈতাহুনা লৈরক্পদগী হৌনা লৈরক্পা ফম ঙাক্লনি । মাগী মাগী থবক থৌরমগী মতুং ইননা মাগী মাগী থৌদাং চাউনা লৈরি । করিগুম্বা মতমদা নহা ওইনা খুল্লাক্পা ওইবসু অহুংক্ য়াওই । খুল অমগী ওইনা মকোক মরু ওইহুনা খুল্লাকপা ওইরকপা হায়বসি তরাই তরাইবা থবক অমদি নত্তে ॥

লমদম অসিদা খৎন - চৈন্নবা থোরকপা পুন্নমক্কী দায়িত্বা অমদি হুরান চিংহিগী দায়িত্বা পুন্নমক অসি লমদম অসিগী খুল্লাকপা অসিনা লৌই ।

অমরোমদা খুল্লাকপা মহাক্কী মখা তাবা ফমনাইবশিংনা পাঙথোকপা ঙমদ্রবা মতমদা খুল্লাকপনা তৌরিবনি। ঋৎন চৈনবগী ক্রম, তুগী পুন্নমক খুল্লাকপগী য়াথং মতুং ইন্না লৈ।

খুঙং অসিগী চাউখং থোরাংগী মরম খুদিংমক্তসু খুল্লাকপগী হকনা খ্বাইদগী চাউই, লোয়ননা হায়রিবা ফম তরেং অসিনা তান্নরগা হিরম খুদিংমক পাঙথোকই।

হায়রিবা ফমনাইবা তরেং অসিনা খন্নানৈনন্দা লেপথ্রবা ব্রারেপশিং অদু মাচম অমতনা ককপা ঙমদে, মরম অদুনা খুল অসিগী মকোক থোংনা লৈরিবা খুল্লাকপগী দায়নি।

লমদম অসিগী ওইনা য়ানবা অনগী মতুং ইননা খনগৎতুনা খমথ্রবা খল্লবা খুল্লাকপা অমাদি পাক লৌথোকপা য়াদে, হাপথ্রবদি লৌথোকপা য়ামনা লুই। মহাক্কী পাঙ্গল্ অমসুং হক, য়াম্না লৈ। মরম অদুনা লমদম অসিগী ওইনা খনগৎতুনা থম্নবা ফমনাইবা তরেং অসিগী চাউরবা থোদাং পুন্নমক খুল্লাকপা ওইরিবা মকোক অসিগা লোয়নদুনা অমতা ওইনা লোয়নরগা থবক পুন্নমক পাঙথোকমিনৈ।

**খুল্লাকপগী মথৌ ঃ**

খুল্লাকপা অমা ওইবগী অকক্নবা মতম অমসুং চহি লৈতে, মশা মশানা পোথাজরগে তোকচরগে হায়বা মতমদা মীয়ামদা হায়বগা তোকপা অদুমক, য়াই কনাগুম্বা লমদম অসিগী থরায় য়াওজবা মীশক অমনা চোংথোরক্নবসু অদুমক ওইবা য়াই খুল্লাকপা ওইবগী মীশিং অদুনা অনি নত্রগা অহুম শুরবদি মখোয় অদু ভোট তৌরগা খল্লি।

খুল্লাকপা অমা ওইবগী রাইদ অসিবু মন্ত্রি মণ্ডোন লোয়শঙ অমগী অচৌবা সরকার অমদা লৈবা হক, অদুগা চপ্ মান্ননা লৈরিবনি ।

খৎন চৈনবগী রাণোক লাম্নোকতা নত্তুনা মরুওইবা লম তুগী অচৌবা থৌদাং অদুসু মহাক্না লোই, লমদম অসিগী ওইনা মীয়ামগী 'অয়াবা' পীবা নত্রগা লৈবা তংবনসু খুল্লাকপগী য়াথং মতুং ইন্না তৌগদবনি ।

করিগুম্বা চাংখৎ থোরাংনী অনৌ অনৌবা হৈরম কয়া লাক্লবদা খুল্লাকপা খঙহন্না তান্নদবা য়াদে খুল্লাকপা ওইরিবা মহাক অদুগী রাখল লৌশিং কয়া কয়াসু পুথোকতুনা লৈরিবা মীয়াম প্রজাগী মফমদা নুংশি চান্ননা লৈমিন্নবা হায়বসিসু খুল অসিগী ওইনা লৈরিবা খুল্লাকপগী মথা পোন্না লৈ । মরম অদুনা খুল অসিগী ওইনা লৈরিবা খুল্লাকপগী খ্বাইদগী চাওনা লৈবা থৌদাং অমনি, খুল্লাকপা ওইবগী মরুওইবা চাওরবা থৌদাং কয়া অসিনা খুল্লাকপগী মরু ওইবা থৌদাং ওইরি ।

লুকল্লাক্পা ঃ

খুল্লাকপগী হেক ওমথংদা 'লুক্ল্লাকপা' হায়না লৈরিবা ফম অসিগী মরুওইবা মথৌদি করিগুম্বদা খুল্লাকপা মহাক্না খুদোং চাদবা হায়বদি অশি - অনা থোরক্তুনা চিনখিবা নথৌ লৈখিবা ওইরবদি মহাক্কী চাউরবা থৌদাং অসি খুল্লাকপগী মথৌ অদু লুকল্লাক্পা ওইরিবা মহাক্না দায়িত্বা পুন্নমক লৌগদবনি ।

খুলগী খুল্লাকপনা পুরিবা মথৌ অসিবু লুকল্লাকনা শিনবা য়াবগী হক, লৈবা মরম্না মহাক অসিবু ( Vice-President ) অমগুম্বনি, মরম অদুনা খুল্লাকপগী মহুৎ শিনবা ওইনা অখন্নবা,

ফম্নিবা অমস্তুং খ্বাইদগী থোদাং চাওবা লৌরিবা ফম অমনি ফম অসিস্তু খ্বাইদগী থবক পৌচিনবা ‘ফম’ অমনি হায়না লৌনৈ।

**খুঞ্জাহনবা ঃ**

খুঞ্জাহনবা হায়না খঙনরিবা ফম অসি খুঞ্জাম্বা হায়নস্থ খঙনৈ লমদম অসিগী ওইনা লাকপা মরুওইবা থবক থৌরম খুদিংমক্তা শিনদোক শিনজিনবা ঙম্বা ফম অমনি, হায়রিবা ফম অসিদি খর অতল ওইবা মীন ওইনৈ, ‘খুনজা-হনবা’ খঙনরিবা অসি খুল্লাকপগী মখাদা লৈজরবস্তু মীপুম খুদিংমক্তা ইকাই খুমনৈ মরমদি মহাক্না থবক খুদিংমক্তা শিন্দোক শিনজিন ঙম্বগীদমক্তনি হায়নৈ।

**খভমলাকপা ঃ**

খভম-লাকপা হায়না মীয়াম্না খঙনরিবা ফম অসিস্তু পানা শংদা খ্বাইদগী মরুওইবা ফম অমা ওইরি।

মতুদি পানা শঙগী মনুংদা ‘খৎনচৈনবা’ মীয়াম মরক্তা খুদক্তা থোরকপা খুদোংথিবা হুরম খরদা লায়না তাইশিন্নহনবা ঙম্বা থোবুবা ‘ফম’ অমনি।

পানা শঙদা লৈরিবা নথাক্রুপ পানা অহল্লুপ পানাগী ওইনা খভম’ লাইফম’ থায়দোক্লুনা লৈরিবা ফমশিং অসি মহাক্না কুপনা য়েংশিল্লি। মরুওইনা মতুগীদমক্তা খনগৎলুনা থম্বগী মওঙনি পানা শঙগী খভম’ লাইফম্লচিংবা পুন্নমক অসিবু লাকশিল্লি হায়দুনা খভমল্লা-কপা হায়নস্থ কৌরি। খভম-লাকপা অমগী মরু ওইবা মথৌ অসিনি।

**য়ুবানবা ঃ**

য়ুবানবগী মথৌস্থ লমদম অসিগী ওইনা চাওনা লৈরি। য়ুবানবগী মথৌদি লোয়শঙ শঙলেন অসিগী ওইনা লাইগী তিনগী ওইনা লাইথা তিনথা লাকপা খুদিংমক য়ুবানবা তৌগনি। মরুওইনা লমদম অসিগী ওইনা লৈরিবা মুরাক নাফলাইবা হায়না খঙনরিবা থবক থৌরম অসি মহান্দী মথৌ ওইনা লৈ, মরম অদুনা হায়রিবা ফম অসি তরাই তরাইবা ফম অমদি নত্তে, হায়রিবা 'ফম, অসি মী অমনা হেক্তা ওইবা য়াদে, থবক থৌরম খুদিংমক মহাক্না 'ভননা, মাঙজিল থানা লাকপা তাই, মরম অদুনা য়ুবানবা হায়রিবা ফম অসিবু মীয়াম্না য়াম্না লুনা লৌনরিবনি।

**পাখঙলাকপা ঃ**

পাখঙলাকপা হায়না খঙনরিবা ফম অসি খঙমলাকপগী হায়ফেৎ মান্নৈ, মমাঙভৈদগী হৌনা লৈজরকুবা পাখঙলাকপগী ফম অসিদি লমদম অসিদা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক অসিবু অমতা ওইনা খৎনচৈন্নদনা থম্নবা থবক চিনবা থৌবুবা ফম মখো ওইরি।

পানা শঙগী ওইনা লৈরিবা থবক থৌরম কয়াদা শরুক য়াদুনা পাঙথোকপা অমগা অমগা তাথোক তাশিন তৌবদা মকোক থোংবা ওইনা লৈরিবা থৌবুবা ফম অমনি।

**নহারাকপা ঃ**

নহারাকপা ফম ময়াম অসিগী ইরোই লোইবা ফম অমনি, ফম তরেৎ অসিগী ওইনা ঈ-পাউ পীথোক পিশিন তৌবা ওইনা চেনবা, পানা শঙগী ওইনা লৈরিবা লৌমীরাকপা লৌমীহিদংনচিংবদা মহাক্না মথৌ পিশিন্দুনা তেঙবাংবা ঙমহনবা ফম অমনি।

হায়রিবা মথক্তা পঙ্করিবা ফম খর অসিদি তোকপা তারবস্থু খুল্লাকপগী য়াথং য়াওদনা তোকপা য়াদে, লোয়ননা খুলগী প্রজাশিংগী মমঙদস্থ খঙহন্দুনা তোকুদবনি, করিগুম্বদা মতম চাদনা তোকখিবা তারবদি খুল্লাকপা অমস্থং ফম তরেংনা খন্নরগা অতোপ্পা মীওই অমা হাপ্পা য়াই, মরুওইনা মথক্তা পনখিবা খর অসিনা 'ফম, তরেং অসিনা মরুওইবা মথৌনি ।

—0—

# খুলগী পাউথাঙ চেনবা

খুঙং অসিগী ঈ-পাউ অমদি শাপাউ-লানবাও অমদি হুরান চিঙ্খিগী ওইবা পাউ অসিদি অথুবা মতমদা থন্নবগীদমক্তা য়ুমথাঙ, য়ৈহুনা 'চেনবা, পাউথাঙ, অসিনা লমদম অসিগী মরুওইবা পাউ চংনবা অমদি 'ঈ-পাউ, খঙননবগী পাম্বে অমা ওইনরি ।

পাউথাঙ থাবগী মরুওইবা নিয়ম খরদি অহুম্না চংনৈ মতুদি খুল অসিগী মরুওইনা লৈরিবা খুল্লাকপা অমস্থং মহারাকপা ফমনাইবা তরেং অসিনা কুপনা খন্ন-নৈন্নরবা মতুংদা খুলগী ওইনা খল্লবা মখোয় অহুমনা মাগী মাগী লৈকাইগী মকোক মথং ওইনা পাউ অহু য়ুমু অহুদা হান্না পীরগা মথং মথং অমুক থংনবা য়ুম অমদা অমুক কৌরগা পাউ অসি পীন্নবনি ।

য়াম্না থুবা মরুওইবা ঈ-পাউ ওইরবদি ফমনাইবাগুনা খন্নবগী মতম ফংজবদি খুল্লাকপগী য়াথংদমক্ লৌরগ। পাউ অদু পীবা অমমুং চেনবা য়াই, অদুম তৌনা য়ুমথাঙ্ যৈনা চেন্‌বা পাউ অসিবু ‘ঐথোয়না ‘পাউথাঙ, থাবা হায়না খঙনৈ। কনাগুম্বা য়ুম অমদা মী অমনা পীবা পাউ অদু পন্দুনা হায়বদি থাখিদনা নৈবা য়াওরবদি মহু খুলগী চৎনবী পথাব, অমগী নিয়ম মতু' ইননা মহাক অদু মতিক চাবা-দন্দি তৌই। মরম অদুনা লমদম অসিগী ‘চৎনবী পথাব, অমা ওইনা পাউথাঙ থাবা অসি পনবা অমমুং লেপ্পা য়াদে।

পাউথাঙ থাবগী নিয়ম অসি হৌদোরক্লুন-চৎ-রকখিবা মতম অদুদি চাউরাক্লা ওসিদগী চহি ১,৪০০ অদুৱাইদগী হৌনা চৎনরব্লে হায়না অখঙ-অহৈ শগিতশিংনা থাজবা নোং কন্না পীন্নরি।

পাউথাঙ থাবা অমমুং চেনবা নিয়ম অসি চৎনদ্রিবৈগী মমাঙদদি খুল অসিগী ওইনা পাউথাঙ অমদি পাউ পীবা নিপা অমা খুল্লগা হান্নরিবা নিপা অসিনা লম্বী, শোরোক নৈরক খুমক্চিংবা মফমশিংদা শিল থুংনা কোয়না চকলনা খুল অসিগী মীশিং অদু তান্ননবা কন্না লাউদুনা চৎলগা পাউ অসি পীন্নরমই হায়নৈ, মতমগী খোংচৎ মতুং ইন্না অসুম অসুম হোংদোক্করকখিবনি। মমৈথংদদি মসিবু য়ুমথাঙ যৈনা চেনবা পাউথাঙ হায়না চৎনরকই, মতম অদুদগী চৎনরকপা অমদি হৌজিক ফাওবগী ওইনা অথুবা মীয়ামদা থুনা খঙহল্লিবা-পাউ চে, অমা ওইরি হায়বা য়াই।

অতোপ্পা খুঙং অমদা থোকপা রাথোক লাম্থোক ঈ-পাউ পুন্নমক অদু য়ুমথোঙ খুদিংগী যৈনা চেনবা পাউ অসিনা মরুওইনা চৎনরকপনা মরম ওইদুনা হায়ন্নিবা নিয়ম অসিদি খুল অসিগী অহন

লম্মনশিং খুদিংমকস্তু লাইনা খঙবা ঙম্মি। মরুওইনা পাউথাও ওইনা থারগা পীবা ঈ-পাউগী মওঙ অদু অসুম্না চৎনৈ।

মদুদি ঐখোয়না অতোপ্পা প্রমান অমদা হৃয়েং লোয়শঙদা খুল তিন্নগনি য়ুমখোঙ অমগী নিপা অমা লাকতবা য়াদে, অসুম্না থংনবা য়ুম অমদা কৌরগা হায়রিবা পাউ অসি মথং মথং পীরবনি।

পাউ অসি পীবা মতমদা মরুওইনা থন্নগদৌরিবা থবক খোরম অদুদি শাংনা পন্দে, মদুগী মারম অদু তিন্নগদৌরিবা মফম অদুদা চৎলগা খঙনবা ঙাক্কনি। অসুম্না খুল পাউথাও চেল্লগা তিন্নরিবা অসিদি অয়াম্না (Present) ওইনৈ লমদম অসিগী পাউথাও চেনবগী নিয়ম অসিনি।

হায়রিবা পাউথাও অসি থান্নবগীদমক্তা খুল অসিগী ওইনা লৈরিবা নম্বোরনা চেনগনি, খুনগী ওইনা নম্বোর অদুম খন্দুনা থমলিবা অসিগীদমক্তনি, মখোয়গী পাগী ডং্পে, ওইনা পীদে, চহি চহিগী ওইনা লৌ শিঙ নে ··পা মতমদা য়ুমখোঙ খুদিংগী ওইনা ফৌ লাইতং অমমম পীনৈ মসিসু খুলগী খুল্লাকপা অমসুং ফমনাইবা তরেৎনা খন্নরগা পীবনি। মখোয়না ফংজগদৌরিবা 'ফৌ চেঙশিং পুন্নমক অদুসু মখোয় মশা মশানা থুম্মোক অসি পুদুনা চৎলগা খায়দুনা লৌজবনি, মখোয়না খায়রিবা ফৌশিং অদু মখোয় অহুমনা শিয়ার য়েন্নজবনি, নম্বোরগী তলপ পীবগী তনিয়ম অসুম্না চৎনৈ।



# খঙজেল মচা অমসুং নিঙোল মচা

মথং মথং খুন্দা লৈতারক্লনা মতম শাংনা পান্দুনা লৈরক্লবা মতমদগী হৌন খুঙ্গং অসিগী ওইনা হরাও তয়াম্বগী থবক থৌরম অমুক মথং মথং লাকলে।

খুল অসিগী ওইনা লাই হরাওবগী থৌরম করাদা খঙজেল মচা অমসুং নিঙোল মচা হায়না খায়দোক্লনা থমই। মখোয় অদুদি ময়ুম মকৈ পান্দ্রিবা নৌরিবা নহা - হায়বদি 'পাখঙ লৈশাবী' গুনি। অতোপ্পা রাইহে অমদা অস্নুম্না প্রমান তৌনৈ মখোয়গী মকুওইবা মরমশিং অদুদি অখঙ অহৈশিংনা অস্নুম্না লৌন্নরমই, লাই হরাওবা 'ইবুঙো' পনম নিংথৌ, হরাওবা অসি লাই নুরা তরেং, 'লাই পাখঙ তরেং, অসিগী রারিশিং অসি লৌরগা ইবুঙো পনম নিংথৌ ইরাওবগী থৌরম অসি অস্নুনা চংনরমই। পাখঙ লৈশাবীগী মওঙ মতৌ অদু য়েংবদা খ্রীষ্টদগী মুঙাইনা লাইয়ামশিংনা লৌনরমই হায়নৈ, মরম অদুনা লাইয়ামশিংগী মুঙাইবা মতৌ তম্নগা খঙজেল মচা নিঙোল মচা হায়না লৌথংল্লনা হরাওবগী শরুক য়াহনবনি হায়না রারীনৈ।

লমদম অসিগী ওইনা য়ামদ্রবদা নিঙোল মচাগী মশিং অসি ৩০০ খঙজেল মচাগী মশিঙনা ৪০০ রোমগী মথক্তা - খুল অসিগী ওইনা লৌথংল্লনা থমলি।

মমিং মথা ইশিন্দুনা থমগ্রবা খঙজেল মচা অমসুং নিঙোল মচাশিং অদু লাই 'ঈশ্বর' অসিগী হরাওবা য়াওদবা য়াদে"।

লাই হৌরাওবা মতমদা নিঙোল, মচা অমদি খংজেল মচা অনিমক্তী থৌদাং চাওনা লৈরি। ঈশ্বর অসিগী হৌরাওবা মতম অহু য়ৌরক্লবা মতমদা হৌরাওগনি হৌরাওরোই হায়বা ফাওবা শুমই। মক ওইনা খুল অসিগী ওইনা লৈরিবা ইবুঙো পনম নিংথৌ হৌরাওবা মতমদা খ্বাইদগী শক্ক চাওনা থৌদাং লৌরিবদি খংজেল মচা অমসুং নিঙোল মচা অনি অসিনি।

নিঙোল মচা অমসুং খংজেল মচা অনিমক রাওদবা য়াদবা মরম্মা ইবুঙো পনম নিংথৌ অসিনা পামজবা মরুওইবা কুম্মৈ অহুদি লাই সুরা তরেৎ, অমসুং লাই পাখং তরেৎ, তরেৎ অনি তরামরী অসিনা জগোই শাগ্নুনা ঈশৈ শকন্না ইবুঙো অসিগী মাঙদা হৌরাও তয়ামনা তৌবা কুম্মৈ অসিবু মহাক্না থোইদোক্না পামজৈ।

মরম অহুনা লাইগী হৌরাও তয়াম্বা অহুগী মতৌ তমহুনা হৌরাওনরম্বনি হায়না অখণ্ড-অহৈ কয়াগী লাইরিক্তা ইরমই হায়না ঙসি ফাওবা বারীনরি। নিঙোল মচা অসিসু খংজেল মচাসু মাগী মথৌ পানাগী মতুং ইন্না তোঙান তোঙান খায়দোকই।

মাগী মাগী শাগৈ তোঙানবগী মতুং ইন্না পানা শঙ অসিসু নহালুপ পানা অহল্লুপ পানা হায়না অনি থোক্না খায়রিবা অসিনি। অহল্লুপ পনাদা লৈরিবা শাগৈ খর পনবা য়াই মহুদি, হিজম: সলাম: পুথেম: অমসুং চিংঙাথমনচিংবা মখোয় অসিনা অহল্লুপ পানা ওইরি। ফাজবোমা শরুংরম: শরুংকম্মচিংবা অসিনা নহাল্লুপ ওইরি, লোয়ননা য়ুমখাইবম: লৈশুংবম অসিসু নহালুপনি, মাসি খুদম ওইনা খরদং পঞ্জবনি পনবদা য়াওদবা শাগৈ খরসু লৈরি।

নহালুপ, অমদি অহল্লুপ খায়বা মরমা নহালুপ খংজেল অহল্লুপ খংজেল হায়না তোঙান তোঙান খায়রি। মাগী মাগী পানা শঙগী ওইনা খংজেল মচাশিং অসিনা মকোক মথং মনাও নাইনা লৈরি। খঙজেলগী

পুৱো থুাইদগী অহল ওইনা লৈরিবা মহাক অদুবুনা থংজেলশিংগী মকোক থংজেল্লাকপা হায়না কৌই।

নহাক্না-প পানাগীসু থংজেল্লাকপা হায়না লৈরি, অহল্লুপ পনাদসু থংজেল্লাকপা থম্নুনা থম্মি মাগী মাগী পানা শংগী ওইনা থংজেল্লাকপা অমমম থম্মি। নিংথোল মচাশিংগীসু নিংথোল মকোক হায়দুনা জগোই মকোক ওইনা থম্মি। মথোয়গীসু থংজেলগী মকোক মথং খায়বগুম্না খায়দুনা লৈরিবশিনি।

# থংজেল্লাকপগী মথৌ

থংজেল্লাকপগী মরুওইবা মথৌদি পানা শংদা থংজেলশিংনা তৌগদৌরিবা থবক থৌরম খুদিংমক অদু লমজিংদুনা মকোক ওইনা চোংথোক্না লুচিংলগা থবক থৌরম অদুদা শরুক য়াদুনা পাংথোকপা অসিনি। লাই হরাওবা য়েৌমকপা মতমদা থংজেল্লাকপা ওইরিবা মহাক অদু ময়ুমদা হনবা য়াদে হরাওবা লোইরবা তুংদা য়ুমদা হনগদবনি। মরম অদুনা থংজেল্লাকপা মহাকসু খুল অসিগী ফমনাইবশিংগী মসুংদা অমা ওইরিবনি, ঈশ্বর অসিদা হরাও-তয়াম্বা মতমদা থংজেল্লাকপগী মথৌ হায়নিংবাই লৈতনা চিল্লি, হরাওবগী লুচিংবা অসি মহাক্না ওইরিবনি। লোয়ননা ফমনাইবা পনানচিংবা খুদিংমকসু থংজেল্লাকপবু ইকাই খুমৈ অমসুং ব্যাবহার তৌনৈ।

ফমনাইবা খুদিংমকসু থংজেল্লাকপা মহাকপুদি থোইদোক্না ইকাই খুমৈ। হরাও তয়াম্বগী থৌরম খুদিংমক্না চাউনা শরুক য়ারিবা থংজে-

লাকপনি। নহা অহল খুদিংমক্কুম্ব বহাকপু ব্যাবহার তৌনা চৎনৈ মহাক্কী মখা তাবশিংনা খংজেললাকপী মফমদা হায়নিঙবা বাকম কয়া লৈরবস্ব ব্যাবহার তৌনা নোল্লক্কা হায়জবা অসিনি, মখা তাবা মীওই মনাওশিংনা বাকৎপা খুদিংমক অহু খংজেললাকপনা য়াম্রবদি অহুমক তোকই। খংজেললাকপনা হায়খিবা খুদিংমক অতোপ্পা মী অমতনা ককপা ওমদে, নিঙোল মচা অমদি খংজেল খুদিংমক্কী তাম্নফম অহু খংজে-ললাকপা অসিনি, মহাক্কী য়াথং মতুং ইন্না খবক খুদিংমক পাংথোকই।

ঈশ্বর তসিবু হরাওবা মতমদা মাগী মাগী ফুরুপ খায়দোক্ত-না লৈ, খংজেলশিংনা হরাওবা মতমদা লৈরিবা শঙ অসিগী মমিংনা কোশো শঙ হায়না কৌই, মাসি নিঙোল মচাশিংনা কা তোঙাম্না খায়দোক্ত-না লৈম্রিবনি।

অসুম্না শারিবা কোশো শঙ অসি নহাল্লুপ পানাগী খংজেলগী কোশো অহুপা অহল্লুপ পানাগী কোশো শঙ হায়না মাগী মাগী পানাগী শঙ মমিং তোঙাম্না থোন্দুনা শারি। লাই হরাওবা মক্লুং অহুদা কোশো শঙ অসিদা নিঙোল মচা অমসুং খঙজেল মচা অনিমক লৈগনি।

পানাগী মীওইশিংনা মাগী মাগী পানাগী শঙদা (শঙলেন্দা) মকোক মথং নাইনা অহুমক লৈগনি।

**নিঙোল মকোক ঃ**

নিঙোলশিংগী খ্বাইদগী মকোক ওইরিবী মহাক অহুনা নিঙোলগী জগোই মকোক হায়না কৌই। ঈশ্বর অসি হরাওবগীদমক্তা ঈশৈ জগোয়নচিংবা পুম্নমক নিঙোল মকোক্কী মমদা তম্নে হুপীগীনা জগোই তমই, নিপাগীনা থাঙ উতোং চোংবা হুমাইনচিংবা চোংবা তমই, হরাও-ত্রিঙৈ থাখায় অমা বাংলিঙৈগী মমাংদা জগোইনচিংবা পুম্নমক তমই, জগোই ঈশৈ অসি হৈতবা য়াদে, ঈশৈশিং অসি পানা শঙগী অখঙ অহৈশিংনা তম্বীবনি।

**নিঙোল্লাকপা ঃ**

নিঙোল্লাকপা হায়বসি কম অমগী মমিংনি, মসি নিঙোল মচাশিং অতুগী লমজিংবা পুরেল মকোক অমনি।

নিঙোল্লাকপা হায়বা পুরেল মকোক অসি থুল অসিগী ফমনাইবা তরেৎ লৈরিবা মখোয়না খনবনি মহাক অসিনা নিঙোল মচাশিং অসিগী খ্বাইদগী মকোক ওইনা থৌপুবা শক্লাইবা মীশক অমনি। লৈরিবা নিঙোল মচাশিং অসিনা মহাক্কা তান্নরগা ফুওইবা থবক থৌরম খুদিংমক অহু মপুং ফানা পাংথোকই নিঙোল মচাশিংদা মহাক্কা পাউতাক কয়ামকম পীবিহুনা নিয়ম কয়ামকম অসিগী মখাদা থবক খুদিংমক পাংথোকই নিঙোল মচাশিংগী মরক্তা কনাগুম্বা খংন-চৈনবা কয়া য়াওরবস্থ নিঙোল্লাকপা পুরেল অসিদা রাকৎকদবনি, অমসুং মহাক্কা হায়বা তাকপা য়াথং খুদিংমক নিঙোল মচাশিংনা য়াগদবনি।

নিঙোল্লাকপা মহাকস্থ নিঙোল মচাশিংনা হায়বদা য়াম্রবদি নিঙো-ল্লাকপা তোকহনবা য়াবগী হক্ চাউনা লৈ লৌথোকপা ফাওবা ঙমই। নিঙোলশিংগী লুচিংবা নিঙোল্লাকপা হায়বসি খ্বাইদগী চাউরবা কম অমা ওইনা নিঙোলশিংগীদমক্তা ওইনা খুন্দানা হাপ্লিবনি।



# ইবুঙো পনম নিংথৌ
# লাংপা হৌরকপা

'ইবুঙো পনম নিংথৌ' অসিবু লাংপা হৌরকপা মতম অদুদি খুম্হোকলোন্দগীনি হায়না খুঙ্গং অসিগী প্রজাশিংনা বাৱীনৈ। মতম অদুদগী হৌনা মৈহৌরোল অসি হৌদোক্লনা মৈ অসিবু পুজা তৌদুনা হৌরকখিবনি হায়রি। মতমগী মতুং ইন্না চহি লিশিং বয়াগী মমাংদগী লমদম অসিগী প্রজাশিংনা মৈ অসিবু খ্বাইদগী হেন্না লুবা ঈশ্বর অমনি হায়না কন্না পুজা তৌনরকখিবনি হায়নৈ।

অন্দ্রো খুঙ্গং অসিনা ইহান হান্না খুন্দারম্বা মফম অন্দ্রো খুমন হায়না খঙনরিবা মফম অসিদা খুন্দাদুনা লৈরকপদগী হৌনা 'মৈ' পুজা তৌরগা ইবুঙো পনম নিংথৌ অসিবু লাংপা হৌরকখি। অন্দ্রো খুমন হায়রিবা লমদম অসিদা ইবুঙো পনন নিংথৌগী খুভম লোয়শঙ শঙলেন শারগা মীথা পালি নাইদুনা চাং নাইনা 'মৈ' অসিবু পুজা তৌরকখি। মতম অদুদা 'মৈ' অসিবু পুজা তৌদুনা লাংপা হৌরম্বা মীগী মশিঙ অদুদি ইয়াম য়ামলমদে, মখোয়শিং অদুদি অখং-অহৈ পণ্ডিত খরদনা লাৎলমই, মতম অদুদা অন্দ্রোগী লোয়শঙ শঙলেন অসি খুমন অসিদা লৈরমই। মীগী মশিংনা লেপ্পনা য়ামখৎলকপদগী লৈফম চম্নরক্কবদগী মফম চাবা খুন্দাফম য়েংদুনা হৌদ্ভিক লৈরিবা খুল্লাও অসিদা হোংথরকখিবনি হায়নৈ। অন্দ্রো খুঙ্গং অসিনা ইহান হান্না খুন্দাখিবা মফম অসিদি হৌজিক হৌজিক অন্দ্রো খুমন হায়নরিবা মফম অসিনা অশেংবা অমহুং অচুম্বা খুম্ফম্নি।

মথক্তসু পঞ্জক্রে! মতুদি মতম অদুদা লৈরম্বা পণ্ডিত অখং-অহৈশিংনা মরিক চুম্না ইশিনবিরমদবনা তুংদা লাকপা মীরোল বয়ানা থিজিন হুমজিনবগী থবক্তা অবাবা অমা ওইরি।

"অন্দ্রো খুমন" অসিদা মতম কুইনা পানা শঙ শারগা লাই হৱাওরমই হায়বগী প্রমান ফংই। অতুবু মফম অতুদগী শোক কয়াদা করম্না চহিদা অন্দ্রো খুঙ্গাও অসিদা হোংথরকখিবগে হায়বা অতুদি শেংনা হায়বা ঙমখিদ্রে। মতম অতুগী প্রজা অয়াম্বনা অন্দ্রোদা মৈহৌবিরোল লৈ হায়বসি থংনরমদে, লোয়ননা লমদম অসিগী মীওই-শিংনা মফম অসিদা লৈরিবা 'ঈশ্বর' অসিগী (নিংথৈ) মমিং ফাওবা তোইনা পন্নরমদে। পনইদে ফাওবা হায়নৈ, অতুকী মতিক কিনা চৎনরমই অমস্তুং চৎনরকখি।

হায়রিবা মতম অতুদগী ঙসি ফাওবদা অহোংবা লৈতনা চৎনরক-পদগী ঙসি মনিপুরদা লৈবা মীপুম খুদিংমক্তুসু তপ্না তপ্না খঙনরকপা হৌরকখি। মতম কুইনা মফম অসিদা খুন্দাতুনা লৈরকপদগী মৈবু পুজা তৌতুনা ইবুঙো পনম-নিংথৌ অসি লাংপা হৌরকখিবনি হায়না পণ্ডিতশিংনা লীনরি।

ঙসি ফাওবদা হায়রিবা লমদম অসিদা লৈরিবা চান-থক্রবা, মহৈ মরোং, অমদি মীয়াম্না ঙসি ফাওবদা শিজিন্নরিবা পোৎ-চৈ হিংনবগী মচাক পুম্নমক ফংলিবা অসি ঈশ্বর অসিগী ওইনা লৈরিবা মরিক মচূম ঙাক্তনি হায়না ৱারৌনরকপগা লোয়ন্না মতম অতুগী পুয়াগী লাইরিক্তসু পল্লমই হায়না লীনৈ।

ঙসি ফাওবদা লমদম অসিগী ওইনা কৈজরক্লিবা মৈহৌবিরোল হায়না ভারতা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক্না খঙনরম্লিবা মফম অসি 'অন্দ্রো' মৈহৌবিরোল খুভম অসিবুনি।

তশেংনা হায়রবদা লমদম অসিদা শিজিন্নরিবা পোৎ-চৈ চান-থক্রবা খুদিংমক অসি হুরান চিন্থি তৌবা য়াদে, থম্মোয় শেংদবা, অমদি নমজা নমথেকপা য়াদে মথোয় অতুগুম্বা মীওইশিং অতুদি ঈশ্বর

অসিগী পাপ চাউনা ফংই হায়বগী থাজবা লৈ, মরম অতুনা লমদম অসিদা লৈরিবা মীশুম খুদিংমক্না ছুরান চিহ্নি খুদিংমকপু ঙাক্লহুনা চংনরিবা অসিনি হৌজিক্কী 'যুগ' জগৎ অসিদা হুরান চিহ্নি ঙাক্লহুনা চংপা হায়বসি হৌজিক্কী সংসার অসিদা খ্বাইদগী অতাঙবনি হায়না লৌবা য়াই।

**ইবুঙো পনম নিংথৌ হরাওবা হৌরকপা ঃ**

হায়রিবা খুঙ্গং অসিনা মফম অনিদা খণ্দা লৈতারক্লনা মতম শাংনা পাল্লকপদগী লাই হরাওবগী নুঙাইরবা কুম্মৈ কয়া অসি লেপ্তনা তৌবা হৌরবখি হরাও কুম্মৈ অমদি জগোইনচিংবা তৌবা হৌরকখিবা মতম অতুদি চকপা শবাংচা, চকপরেল অনিনা য়ারো শঙাই শজি শাবু তানবা চংপদা নুঙাইরবা ঈশৈগী নুংশিবা খোঞ্জেল অমা তারমই। তারিবা নুংশিরবা খোঞ্জেল অতুদি 'মালেম পৃথি' লৈমায়থক অসিদা ওইরমত্রে, মতুদি সর্গগী নিংথৌ সোরারেন্না সর্গদা নুঙাইনা নিংথৌ ওইহুনা সর্গগী লাইরেম্বী লাই চনুরা তরেংকা, লোয়ননা লাই পাখং তরেং, তরেং অনি তরামরীনা পুন্না জগোই শাহুনা হরাও কুম্মৈ তৌহুনা নুঙাইনা লৈরিবা অতু চকপা শবাংচা, চকপরেল অনিনা উরমই।

অমুক্না মচিল মনাও অনিনা সর্গদা সোরারেন্না নিংথৌ ওইহুনা মকোক তাঙবন্দা লেংশিন্দুনা নুঙাইনা শারিবা জগোই, অমদি শক্লিবা ঈশৈ অতুবু য়েংহুনা নুঙাইনা লৈরে, চকপা শবাংচা, চকপরেল অনিনা কুম্মৈ অতুবু য়েংবদা নুঙাইমনগ্রহুনা য়ারো শঙাই শাতানববু থাদোক্লগা সর্গদা শামরিবা হরাও কুম্মৈ অতুবু নুঙাইনা য়েংহুনা লৈরে।

লাই নুরা তরেংনা শমগী শমলাংনা শমু হকচাংগী নাক য়েত্তা ইচোই চোইনা থাদরহুনা চোইজাইননা তারিবা শমলাং লক্তা থেক নৌনা শারিবা জগোই অতুবু উকবদগী হৌনা চকপা শবাংচা, চকপরেল অনিগী

থম্মোয়মুংদা পাইমা পুক্নিং তিল্লাং খোয়দানা য়েংলুহুনদা থম্মোয় মকা লামখরে । লোয়ননা লাই পাখঙ তরেংনা হোইবু লাইনা তাঙ্গা চানা জগোইবু শাগংখরে. সনা মীংয়েং তাখরে. পুক্নিং চঙনা য়েংখরে, কোরৌ মুমীংকী মঙাল্লা শামলক্লবদা হরাওনা জগোই শারম্বা ঈংনা তপ্পা লোই-খরে. মোংবা মরান য়াইদা হল্লক্লে চকপা শবাংচা, চকপরেল অনিমক ।

মচিন মনাও অনিনা মোংবা মরানয়াইদা হল্লক্লবা মতমদা চকপা. চকপরেল অনিমক সোরারেলগী হরাও কুম্মে অদুবু উক্লবদগী সর্গগী সোরা-রেন্না হরাও তরামখিবা অদুগী মতৌ তমদুনা মালেম পৃথি লৈমায়থক অসিদসু হরাও তয়ামসি হায়না চকপা, চকপরেল অনিমক পাইমা পুক্নিং লেপখরে । চকপা. চকপরেল অনিনা লাইয়ামশিংবু পৃথি লৈমায়থক্তা পুথদুনা অহিং নুংথিল খাক্তনা জগোই শাদুনা হরাওহনখি, মখোয়না সোরারেন্দগী উরকপা ফজ-ফজরবা ফিজোল ফিজেৎ লৈতেংনা মপুং ফানা থামহন্দুনা 'ঈশ্বর' অসিবু হরাওহনখি ।

মখোয়না মখোয়গী নুংশিরবা খোঞ্জেল অং দি নিংথিনা ফজরবা 'ঈমা লৈমরেল' শিদবীগী ফিজেৎ ফিজোলনা লৈতেংলগা 'ঈশ্বর' অসিবু হরাওহনগনি ।

মরুওইনা ইমা লৈমরেল শিদবীগী ফিজেৎ ফিজোল অদুদি কানাট. নাহোং. কজেংলৈ. অমসুং কোক্তা সনাগী লুহুপ উপই হায়না পণ্ডিত-শিংনা ঙারীনরমই ।

ঙসি ঐখোয়না লৈরিবা অপ্রো হায়রিবা লমদম অসিদা 'ইবুঙো পনম নিংথৌ' হরাওবগী থবক থৌরম চাউনা পাংথোক্লিবা অসি সর্গগী লাই সোরারেলগী মতৌ অসিবু তমদুনা হরাওখিবনি, মতৌ অসুম তৌনা চকপা চকপরেল অনিনা সর্গদগী মালেম পৃথি লৈমায়থক অসিদা পুথ-রক্লনা হরাওনখিবদগী মথং মথং মৈবু পুজা তৌদুনা 'ইবুঙো পনম

নিংথৌ' গী মূর্তি শাত্নুা মহাক্কী অককুবা খুত্তম থমত্নুা কল্লা হরাও-নরকখিবনি। ঈশ্বর অসিগী হরাও তয়াবগী অকরুবা মতম, অমুসুং পুংফম লৈ, ইবুঙো পনম নিংথৌ অসিদি 'লমদা' থাদা অরাবা হরাওনৈ, অতৈ মতমদদি 'ঈশ্বর' অসি হরাওবা য়াদে, থা অসিগী অকবা থাবান য়েংলগা হরাওত্নিবনি চকপা শবাংচা, চকপরেল অনিগী মতম অত্নুদদি লাইগী শক্তিনা হেন্না লৈবা ওইরমই, মথং মথং মীনা থুম্নকলবদা মালেম পৃথি অসিদা লোল কয়া কয়া লোন্দুনা চৎনরকখিবনি, লোয়ননা 'চকপা লোল' অসি শিজিন্নরকখি হায়নৈ, ইবুঙো পনম নিংথৌ অসি চকপা লোল অসি লোল্লগা হরাওনরমই হায়নৈ।

লমদা থাদা ওইরবসু তংনবা সুমীৎতদি হরাওবা য়াদে মরম অত্নুা অখঙ-অহৈ পণ্ডিত কয়ানা সুমীৎ থা কুপ্না য়েংলবা তুংদা ঈশ্বর অসিবু হরাওনৈ। খুনগী ওইনা লৈরিবা পাজিনা কুপ্না খোৎলবা তুংদা অফবা সুমীৎ অসি লেপ্লগা হরাওনরিবনি।

হরাওবগী অকরুবা মতম অত্নুদি য়ামত্রবদা সুমীৎ ৯/ মাপননিদগী ১৩/তরাছুমদোইনি কাওবা হরাওনৈ ইবুঙো পনম নিংথৌ হরাওবা মতমদা মীতোপ মীরান অমতা চঙবা য়াদে হায়না লমদম অসিগী অখঙ-অহৈ-শিংনা হারীনরি। খৃষ্টগী মমাংদগী হৌনা অদ্রো মৈহৌবিরোলনা মৈ পুজা তৌত্নুা লাৎপা হৌরকপদগী লমদম অসিগী প্রজাশিংনা ঙাংনরিবা লোল অসিসু 'চকপা মৈতৈ অরিবা লোন, হায়রিবা লোল অসি 'চকপা লোন্দা ঙাংনরমই' ইরিবা ময়েক্কা মৈতৈ ময়েক্কনি। হায়রিবা ময়েক অসি অজি থারগা ময়েক ৩৬/কুন্থ্রাতরুক্কি হায়রিবা ময়েক কুন্থ্রাতরুক অসিনা পুনশিন্দুনা ইরগা শিজিন্নবনি হায়না অরিবা পুয়াগী লাইরিকশিংদা পল্লমই হায়না লীনরি।

লমদম অসিগী ওইনা লৈরিবা ঈশ্বর ইবুঙো পনম নিংথৌ হরাওবা মতমদা ময়েক অসিদগী থোরকপা বাহৈ লৈতেংদনা শিজিন্নত্নুা ইবুঙো পনম নিংথৌ অসি হরাওরকখিবনি হায়রি।

লমদম অসিগী মৈহৌরোলদগী ওইনা লৈরিবা লোল অসিগী ময়েক অসি অঙ্গি থারগা ময়েক ৩৬/অঙ্গি থাদনা ময়েক ৩৫/অসিনি৹ মতম অমদা হায়রিবা ময়েক ৩৫ অসি মৈতৈ লৈবাক ফাওনা শিজ্জিন্নরকখিগনি হায়না পুনলি মৈহৌরোন্দগী হৌনা ভাংন:শক্করকপা অপুনবা ময়েক ৩৫ অতুদি মখাদা ইরগা পঞ্জরিবা ময়েক অসিনি ।

মৈহৌরোলগী ময়েক ৩৫/অসি মৈতৈ ময়েক্কা ইরগা ঙাওনবা লোলনা 'চকপা লোন্দা' ঙাংনরম্বনি, হায়রিবা ময়েক অসিদা চৈতপ্পচিংবা হাপ্তুনা মপুং ফাহল্লগা লৈশি লৈথোন্দনা ঙাংনরমই হায়নৈ ।

'ইবুঙো পনম নিংথৌ' হৌরাওবা হৌগদৌরিবা নুমীৎ অদুদা ফম তরেং পুরিবা পণ্ডিত ফমনাইবা অমনা 'চুঙ-তা, পায়দুনা শঙ অসি অহুমলক কোয়দুনা চংলগা হোঙবগী মওঙ অসি তৌই, পণ্ডিত অসিনা শঙ অসি কোয়দুনা চংবগা লোয়ননা শঙলেন অহুম হায়বদি নহাল্লুপ পানা 'শঙ'; অহল্লুপ পানা 'শঙ' ঈশ্বর অসিনা লৈরিবা খুভম ওইরিবা শঙলেন অহুম অসি কোয়দুনা হৌরাওবা অসি হৌননবগীদমক্তা চংনবী অমা ওইনা চকপা লোল অসি লোল্লগা চংনৈ, মদুদি অসুম্না লোনগনি ।

'হা ! মাঙশোক ---
তেক্ তেক্, কমশিয়ো --- ।
মানথক, তেক তেক কমশিয়ো --- ।
পুন্সি লারেন লাহোম,
পোকথোক লারেন লাহো '।

চক্পা লোন অসিগী অর্থদি অসিনি, মরূপ নঙগী য়ুম অহনবা অসি ওন্থোক্লা ফজখ্রেদা মাঙ্গোল য়েংই মফজে ; শুযাং য়েংই মফজে ; নঙগী য়ুমশি য়েংউবা খুদিংদা ফজবগী ফজবা ঙাক্তা, মরূপ ঐ অমুক্তা চঙজরক্কে, চঙবা য়াগত্রা অসুম্না চকপা লোল অসিদা লোল্লগা ঙাওনবনি ।

য়ুম্থু অহুনা চক্পা লোন্দা অমুক অসুম্না থুম্নকনি ।

মদুদি :

ওহ : সাংদে ... সাংদে --- ।

ওহ ! ঐ নঙবু মশক থংদে চংবা য়াদে হায়বনি । পণ্ডিত অসিনা হায়রিবা চকপা লোলগী মরোল অসি অহুমল্লক লোল্লগা শঙ অহুম অসি অহুমলক কোয়রগা চংকনি অসুম্না অহুমলক শুনা কোয়রকপদদি পণ্ডিত

অসিনা য়াম্না শাউবা উৎতুনা খোঙ লৈবাক্তা থিল্লগা অমুক্তদি, চংজরক্কে চংহনবীন্নু হায়রকপা মতমদা য়ুম্বু অতুনা তপনা, তপনা, চকপা লোন্দা চংলকউ চংলকউ হায়না অমুক লোনগনি । মসিবু হয়াওবা হৌবগী শঙ হোঙবা লৌই ।

মহুদি :

'ওহ — ! মাংসাক এ;
তাখোং ওং !
ইংথিং সাদা মায়া — — ।
ঙমগায়া আহ ! !
সাদা মা — ঙা, করো ?
ওহ ! ! সাংতো সাংতো
য়া — মরক এ ।
ছুশা, মুকু — । কক,এ ? ।

'চকপা লোল' অসিগী আর্থ মখাদা পীজরি ।

'ইয়াম্বা নিংথৌ' নঙগী য়ুম অসি ঐ য়াম্না চঙনৌঙই, ঐ অফবা মীনি, কৌকোং, শাঙকোংনা থননা লৈবা মীনি, ফোচাবা লোইবা ওমদতুনা কৌচুম্না চাই — হায়রবনিনা চঙবিরক্লো মকম চানা কম্বীয়ো হৌজিক্তি 'য়ু' থকলো 'য়ু' থক্লসে হয়াও তয়ামনা ফয়সে ; য়ুবু শায়বা অতুনা য়ু অতু পন্ডিত অসিদা পীগনি, য়ু অতু লানতুনা থকমিন্নগনি, হয়াও তয়াম্না য়াম্নরে ; লোয়ননা মথং মথং খোং শুবগা লোয়ননা শঙলেনগী পুঙজাও অসি য়ৈবা হৌরকনি, পুঙ অসি য়ৈবা হৌখিবদগী ইবুঙো পনম নিংথৌ,গী মপুঙ কানা হয়াওবা হৌরে ইহান হানবা ওইনা ইবুঙো পনম নিংথৌ হয়াওবা অসি অসুম্না হৌরকই ।

হায়রিবা ইবুঙো পনম নিংথৌ অমদি মৈ অসিবু পুজা তৌরগা লৈরকপা অসিদি খৃষ্টনা পোক্তিনৈ চহি লিশিং কয়াগী মমাংদগীনি হায়না পণ্ডিত শিংনা মীনৈ অতুবু চপ চাবা শোক তারিকদি হায়বা ওমদ্রে ; মরুওইবা পুয়াশিংদা শোক তারিক অয়াম্বা ইবা থেংনদে ।

# ইবুঙো পনম নিংথৌ হরাওবা

ইবুঙো পনম নিংথৌ হরাও তয়াম্বা মতমদা মরু ওইনা থবক অসিগীদমক্তা থৌবুবা অশিল অরাং শরু লৈরি। মখোয়শিং অহুদি লৌমীরাকপা, লৌমীহিতং থুডমলাকপা, থাডম হিতং হায়না লৈরিবা মখোয়শিং অসিনা 'ইবুঙো পনম নিংথৌ' হরাওবগী থবক থুদিংমক চাওনা দায় পুগনি।

মথক্তা পনখ্রিবা লাই হরাওবা হৌরকপদা লাই লম থোকখ্রবা অমদি শঙ অসি কোয়হুনা হোঙলবা মতুংদদি, খঙজেল মচা; নিঙোল মচা; থুদিংমক্তা মাগী মাগী কোশো শংদা ঈশ্বর অসিবু মহাক্কী থুডম ময়ুম ওইনা লেংশিন্নুনা লৈরিবা লাই মনাই অসিগী মুমদা ফল্লিবা ইবুঙো পনম নিংথৌ অসি মমৌং অসিগী অহিং মীচিক মীরাওথোল তাদ্রবা মতমদা মহাক্কী হরাওকম চাওনা শাহুনা থল্লিবা লোয়শং শংলেন হায়বদি পুঙজাও লৈরিবা থুডম অসিদা লেংশিন্নগনি।

হৌজিক লোয়শংদা শাগ্রিবা শংলেন অসিদা মহাক্কা হরাওবা মতমদা লেংশিনবনি, হৌজিক শংলেন অসিদা কুইনা লৈতে। হরাওবগী মতম অহু দমক মফম অসিদা লৈবনি, হরাওবা লোইরবা তুংদা অমুক হায়দগী ময়ুম ওইনা লাই মনাইগী মনাক্তা শাগ্রিবা অশেংবা শঙ্গাইদা অমুক লেংখৎকনি। লোয়শং শংলেন অসিদি মহাক্কী হরাও তয়াম্বা মতম অহুদদা থুডম অসিদা লেঙশিনবনি।

অহুম্না মতিক মগুন চাওরবা 'ঈশ্বর' অসিনা মহাক্কী লোয়শং শংলেন অচৌবা থুডম অসিদা লেংথরকপা মতমদা 'পুঙ য়েবা, 'খোং জগবা,

মথং মথং লেপ্পনা শুগনি, লেপ্পনা পুং য়ৈগনি। পুংগী পুংখোল তাবদা 'ঈশ্বর' ইবুঙো পনম নিংথৌনা মহাক্কী শংলেন খুত্তমদা লৈংথরক্লে হায়বা থংনৈ, মহাক্কা লেংথরকপা মতমদা লমদম অসিগী মীপুম খুদিংমক্কা থুক্রমজে। 'ইবুঙো পনম নিংথৌনা' মাগী (তাংখম্বা) খুত্তমদা লেং-শিল্লবা মতম অহুদা ঈশৈ হন্দুনো খোং অসি শুবগা লোয়ননা লেপ্পনা পুং অসি য়ৈগনি, লোয়ননা ঈশৈ অসিগী মরোল্দি অহুন্না হল্লগা য়ৈগনি।

'হোমিয়ো; এ — হৈহে; — এ ॥
লায়নীঙথৌ পুংবো য়ৈবদে
লৈবাক মন্না তান্নবা — —
নোংখোল মন্না চেৎনবা
লায়নীঙথৌ খোংবো শুবদে;
নোংখোল মন্না চেৎনবা শুবনে
হোমিয়ো হৈহে — এ; ॥।

মথক্তা থরদং পঙ্গুরিবা ঈশৈ অসি অহুমলক হল্লগা পুংগী পুংলোন চানা য়ৈগনি। পুং য়ৈরগা য়ৈরগা খোং শুবনা খোং লেপ্পবা শুগনি।

ঈশ্বর অসিগী হয়াওবা মতমদা মরুওইনা কমনাইবশিং অতুদি মুমীৎ খুদিংগী লাই চনশিনবা লোয়রবা তুংদা মুম মুমদা অহুমক হনখিগনি। মুমদা হনবা য়াদবা মখোয় অতুদি লাই পান্নশিবা লাই মনাই লোয়ননা থঙজেল্লাকপা অসিনি। অতুগা থঙজেল নিঙোল মচাশিং পুন্নমক মুমদা হনগনি, লাই মনাই অতুগা থঙজেল্লাকপা মখোয় অনিদি লাইকম অসিদা চাক চাহনা লেংদনা হয়াওবা লোয়রিবা কাওবা অহুমক হন্দনা লৈগনি। 'খোং শুবা' পুং য়ৈকপী থবক অসিদি থুনীরী ওইদা লৈরিবা শানাশিন্না তৌই মখোয়না মীথা পান্দি নাইরগা

লেপ্পনা খোং গুপনি, অমসুং পুঙ য়ৈগনি, করিগুম্বা মতমদা খঙজেল মচাশিংনা ঈশ্বর অসিগী থৌগল তৌবা ওইনা 'খোং গুবা' অমসুং 'পুঙ য়ৈবা' অহুমক য়াই।

মরুওইনা হায়রবদা ঈশ্বর অসি হরাও তয়াম্বা অমদি থৌগল তৌবা মতমদা খঙজেল অমসুং নিঙোল মচাশিংগী চেকশিন থৌরাং কয়ামরুম লৈ, খঙজেল নিঙোল মচাশিং খুদিংমক অয়োংপা শাজং লীচৎ চৎপা য়াদে, মরুওইনা নিঙোল মচাশিং করিগুম্বদা 'চাখুম খোকপা' য়াওরবদি য়াম্না থুনা মীয়ামদগী কায়নহুনা হরাওবা অহু শরুক য়াবা য়াওরোইদবনি। হায়রিবা নিয়মশিং অসিদি মীপুম খুদিংমক্তানি তৌহৈদবা ওয়-তৈনবা থবক অমত্তা তৌবা য়াদে, ঈশ্বরগী দণ্ড অহুমক কংজবনি।

'ঈশ্বর' অসিগী হরাও-তয়াম্বা মতমদা থাইদগী চাউরিবা মহাক অহুদি খঙজেল্লাকপনি হায়বা য়াই। মহাকী য়াথং মতুং ইন্না ঈশ্বর অসি হরাওরিবনি খঙজেল্লাকপনা মহাকী কমরুম লাংদা কমহুনা ভাক্লগা লৈবা মতমদা কনাগুম্বা অমংতনা মহাকী মথাং খৎতুনা চৎনদে, অতুকী মভিক ইকাই খুমনা চৎনৈ। খঙজেল্লাকপনা হরাওবা লোইরিবা কাওকা মুম হন্দবগী মরমদি 'ঈশ্বর' অসিগী লমজিং থৌগল তৌরিবা অসি মহাক্কি হায়না লৌই, লোয়নদা মহাকী থবক মথৌ অতুকী মভিক চিনবা মরমনি।

ঈশ্বর অসিগী হরাও তয়াম্বা মতমদা চংবা মুশিং অতুদি মুমথোং খুদিংগী ওইবা হরাওবা লোইরিবা কাওবা থায়বনি, মুমী কুকম অসিদি মুচুংলোয় হায়না য়ৈরিবা মহাক্কা মু অসি থিংলা, থাবা খুদিংমক তৌই।

হরাওবা অসি লোইজিংঙৈ মুমীং খুদিংগী ওইনা 'ঈশ্বর' অসিদা 'য়ু' থর থর কংপা অসি চংনৈ। লাইগী য়ু হৈহুনা কংপা অসিদি মতম কুইনা চংনরক্লবা মরুওইবা 'চংনপথাপ' অমা ওইরি।

ঈশ্বর অসিগী হরাও তয়াম্বা মতমদা পাঙথোকপা থৌরম থর অহুদি ঃ

★ খঙজেলনা থাঙউতোং চোংবা
★ নিঙোল মচাশিংগী জগোই
★ পণ্ডিতশিংনা থোংবা বাঁশি পেনা
★ 'পুঙ য়ৈবা' থোং শুবগী থৌরম;
★ লাই ঈশৈ শকপা শঙ কোয়রগা লোইশিনবা

অসিনি। হায়রিবা ঈশ্বর অসিগী জগোই ইশৈ অসি নত্তনা অতৈ থৌরমদি থোইদোক্লা লৈতে পঞ্জরিবা থর অসিনা মরু ওইবনি।

অহুম্না হরাও তয়াম্বগী ওইনা শিজিন্নবা ফিজোলদি নুপীনা ফীমূ কনেক শেংকনি, ফুরীৎনা অঙৌবা লিংকনি নাহোং অরাংবা লাইগী ওইনা নাহোং অসি থৌরোল লোল্লগা য়ানগনি। নিপাগীসু ফুরীৎ অঙৌবা পুময়াং, কোয়েৎ অঙৌবা অমসুং থৌরোল লোনগনি। হরাওবা হুমনি চনবা মুমীংত্তা শাইরেল কংপা হায়রহুনা 'ওক' অঙৌবা অমনা শাইরেল কংকনি, হরাওবদা শকক য়ারিবা মীপুম খুদিংমক্লা শাইরেল শা অসি থর থর য়েনকনি, হরাওবগী নিয়মশিং অহু মসিনা মরু ওইবনি।

**মীতোপ চঙবা য়াদবগী নিয়ম ঃ**

মরুওইবা মরম অমনা ইবুঙো পনম নিংথৌ হরাওবা মতমদা মীতোপ মীরান অমত্তা চংবা অমদি য়েংবা য়ারবদবগী নিয়ম কয়ামরুম লৈরি। মীপুম খুদিংমক্লা চিংনবা থনবা য়াই, মহুদি ঈশ্বর অসিগী

হৱাও তয়াম্বা মতমদা করিগীদমক্তা অতোপ্পা মীতোপ মীরান চংবা য়ারমন্ত্রিবনো হায়না মরম কয়ামকমদা হংবা মারবা চাওরবা কোইশন ( Question ) অমনি ।

মতাং অসিদা ময়াম পুন্নমক্তা পঞ্জনীংবা মাফম থর অত্নুদি অসিনি। ইহান হান্না মমাংঙৈ চহি কয়াগী মমাংদগী হৌনা ঈশ্বর অসিনা লাৎপদগী হরাওবা হৌবা মতম অত্নুদা লমদম অসিদা অতোপ্পা মক্কম থরদগী লৈত-লায়রা থিবা লাকপা মীওই থর থুঙ্গং অসিদা লৈরমই। হায়রিবা মীতোপ মীরান থরসু লৈরিঙৈ মতম অসিদা 'ঈশ্বর' অসি হরাওগনি, হায়বা অসিদা মখোয় অসিসু লমদম অসিগী ঈশ্বর পানবা নিংথৌ হরাওবা অসি য়েংখিগনি হায়তুনা লৈনরমই মতৌ অমুম্না হায়রিবা মীতোপ মীরান থর অসিনা হরাওবা অসিবু য়েংলুরগা ময়ুমদা হল্লকপা মতমদা অহিং অত্নুমক্তা মীতোপপিং অত্নু মথং মথং শিন্নরকখি হায়রি, হরাওবা অসি হৌগ্রবা মতুংদা চৎখিবা মীতোপ অত্নুসু ময়ুমদা শিখিবনি হায়নৈ, মত্নু তাবদগী থুঙ্গং অসিদা লৈরম্বা মীতোপশিং অত্নু কিত্নুনা মাগী মাগী ময়ুমদা চেনখিরমই হায়নৈ ।

মরম অত্নুনা 'ইবুঙো পনম নিংথৌ' অসি হেক হরাওবা হৌরকপদগী লমদম অসিদা লৈরম্বা মী থুদিংমক মাগী মাগী ময়ুমদা হন্নখিবা ঙাক্তনি ।

হায়রিবা মতম অত্নুদগী হৌনা ঈশ্বর অসিগী হরাওবা মতমদা মীতোপ মীরান অমতা চংবা য়াদবগী অথিংবা অমা ওইনা 'চৎনৰ-পথাপ' অসি লাকখি। লুরবা নিয়ম নিতিশিং অসিবু কনাগুম্বনা থৌশাদনা লম হেন্দুনা লৈন্নরকপসু য়াওরকই । ঈশ্বর অসিগী মফমদা লম হেন্দুনা থৌশাদনা লৈবা হায়বসি ঈশ্বরগী মফমদা মশানা চাউরবা 'পাপ' অমা লংজরবনি হায়না লমদম অসিগী প্রজাশিংনা লেপ্পনা লৌনরি । লম হেন্দুনা লৈবা মখোয়শিং অত্নুদি থুদোংথিবা হায়বদি অশি অনা কয়া কয়া নংখিবা ঙাক্তনি ।

মরম অদুনা কনাগুম্বা মীওইশিংনা লম হেনবদগী চংবা য়াদে হায়বসি খংনা খংনা। লৈশিল্লবা তারবসু মহাক অদুবু লমদম অসিগী প্রজাশিংনা কা হেন্না ফু চৈদুনা ( Action ) দণ্ডি খরা পীরগা অদুম তোক্লে, লম হেন্দনা চংজরকপা মহাক অদুদি মশানা ঈশ্বর অসিগী চৈনা অদুম ফংজবনি, চংলক্লিবা লম হেনবা মহাক অদু মহাক্কী ময়ুমদা হলগ্রগা অদুমক শিজবা অদুনি ।

হায়রিবা নিয়ম খর অসিদি 'এক লো' ( Act and law ) গী খোইদোক্লা দরকার ওইদে। লমদম অসিগী ওইনা লৈজরিবা ঈশ্বর অসিগী ইতোপ তোপ্পা মগুন অমনি হায়না ঙসি ফাওবদা কিনা অমসুং ইকাই খুম্না চংনরিবনি। মরম অদুনা 'ইবুঙো' পনম নিংথৌগী হরাও তয়াম্বা মতমদা মীতোপ মীরান অমতা চংবা য়ারমদ্রিবনি হায়রি।

—x—

# 'লাংতৈ-পুঙ'

'ইবুঙো পনম নিংথৌ' অমসুং ইবুঙো পুরৈরোম্বা হায়না মিংথোন্দুনা লৈরিবা লমদম অসিগী ওইনা লৈরবা মতিক মগুন চাউরবা ঈশ্বর অনি অসিগী হরাও-তয়াম্বা মতমদা মাইবী জগোই মতমদা পানানা য়ৈরিবা পুঙ অসিগী মমিংনা 'লাংতৈ পুঙ' হায়না কৌই।

পুঙ অসিগী পুঙলোন অসি মীওইবা ঐখোয়গী হকচাং পোলাং অসিগী কায়াৎ-ইন্দ্রি অসি কয়াৎ-ইন্দ্রি মঙানা পুল্লগা মিহুনফম ওইহ্নিবনি ওইরিবা মীওইবা ঐখোয়গী হকচাংগী খোয়দোদা পুন্দনা মিহুন্দ অসিনা লেপতনা হুল্লি। থবায় (প্রান) মঙা মকম অসিদা

পুঁনসিন্দ্রনা মিহুন অসি হুন্দ্রনা হিংলিবনি মীওইবা ঐখোয়গী হকচাংদা হুনলিবা থবায়গী মিহুন অসি অসুম্না তিং-তিংহা হায়না হুল্লি, তিং, তিং, তিংহা --- --- হায়না মীওইবা ঐখোয়গী থবায়গী মিহুন অসিনা হুল্লকপদগী তিং, তিং, তিংহা --- । অসিদগী তোংত্রিং তোংহা --- হায়না পুঙগী মরোল অসি অসুম্না য়ৈরকখিবনি ।

থবায়গী মিহুলনা লেপতনা হুল্লিবা মীওইবগী হকচাং পোলাংদা ঈগী ঈচেল চেল্লি । মীওইবগী হকচাংদা হুল্লিবা মিহুল অসিগী মরোলবু লৌরগা 'ঈশ্বর' অসিগী হরাও-তয়াম্বদা য়ৈবনি লমদম অসিগী ইপা-ইপুং নাং অমদি লাইগী হাকথকগী ঙসি ফাওবা পুঙলোন অসি কায়দনা য়ৈরিং হায়রিবা পুঙলোন অসিদি খ্বাইদগী নুরবা পুঙলোননি 'ঈশ্বর' অসিগী হরাওবা মতমদা য়ৈবা নত্তনা অতোপ্পা মতমদা য়ৈবা য়াদে । খুম্থোকলোন্দগী হৌনা চৎনরক্লবা ফিজেৎ চাকচা পুন্নমক ঈশ্বর অসিগী হরাওবা মতমদা কায়দনা শেৎনরিবা ফিজোল বাঙাং-শঙাং, চাকচা মুথক ঙসি ফাওবদা হোংত্রিবা অসিনি, কনাগুম্বা মীওইনা অন্দ্রো জাতি অসিবু হন্থবা জাতিনি হায়না খল্লবস্ত লমদম অসিবু (অন্দ্রো) লমদম অসিগী ইতিহাস (হিষ্টরী) নৈনরগা জাতি অসিগী চপ চানা শক থংবা ঙমগনি ।

অন্দ্রো জাতি মৈতৈ ফুরুপ জাতিগী মনুংদা শিংথানবা য়াবা থাক মাংনা লৈবা মৈতৈ জাতিশিংগী মনুংদা অমনি, অন্দ্রো সনা পোকপা চক্পা মৈতৈ অরিবা জাতিনি ।

**পুঙগী অশম্বা বারী থরা ঃ**

অরিবা পুয়াগী 'বারী লাইরিক' অমদা অসুম্না ইরমই মহুদি ইহান হাননা খুদং অসিনা পানা শঙ লিংহুনা মপুঙ ফানা ঈশ্বর অসিবু হরাওখিবা পণ্ডিতশিং অহুদি চেকশা খুল্লাকপগী মতমদগীনি

হায়নরি । মহাক্কী মতম অতুদি নিংথৌ পুন্সিবগী হাকথকুনি হায়নৈ, মতম অতুদা লৈরম্বা পণ্ডিত চেকশা খুল্লাকপগী ঙমথংদা বাইখা লমবুবা হায়না খঙনবা মকোক মকশিং অসিনা লুচিংতুনা লাই হরাওবা অসি মপুঙ ক্বানা পাংথোরকখি, লোয়ননা মতম অতুদগী কমনাইবা তরেং অসি খন্দনা মাগী মাগী মথৌ তৌহন্দনা হরাওবগী থবক অসি চথরকখিবনি হায়নরি ।

ইবুঙো পনম নিংথৌনা লেঙশিন্দনা লৈরিবা (খুভম) মফম লোয়শঙ শংলেন অসিগী লুখুমদা মৈজাও থারগা হৌতুনা লৈরিবা খুভম অসিনি ।

মৈ হৌরিবা কা অসিগী লুখুম ওইনা য়েংশংবদা থম্লিবা চাউরবা 'পুঙজাও' অসিদি ঈশ্বর অসিনা হরাও-তয়াম্বা মতমদা য়ৈবা নত্তনা অতৈ মতমদা পুঙ অসি য়ৈবা য়াদে; হায়রিবা পুঙ অসি য়ৈরকপা মতমদা মনিপুরগী মফম অয়াম্বদা তাই হায়না বারীনৈ মতম অতুদা লীন্নরম্বা বারীগী মতুং ইন্না থাজবা য়াবা প্রনান কয়ামরুম কংই ।

পুঙ অসিগী মরমদা থাজবা য়ারবা বারীদা অস্থুম্না লীনরমই, মাতুদি চাউরাক্লা ঙসিদগী চহি ৭০০/চাতরেং লোমগী মতম অতুদা ওইগনি হায়না লিরি, অকক্লবা শোক তারিকতি ইরমদে । মতম অতুদা অঙ্গ্রো খুঙ্গং অসিগী অৱাংদা হুন্দং হায়না কৌবা খুঙ্গং অমা লৈরমই হায়নৈ ।

মতম অতুগী হুন্দংগী প্রজাশিংনা পুঙ অসি য়ৈরকপা পুঙখোল অতু তারমই হায়নৈ, মখোয়না অঙ্গ্রোদগী য়ৈরকপা পুঙ মখোল অসিবু তারকপদগী হুন্দংগী প্রজাশিংনা পুঙ অসি কদায়দগী য়ৈরকপনো কদায়দা লৈবগে হায়না থিরকখি । মমৈথঙদা মখোয়না পুঙ অসি

অন্দ্রো খুঙ্গং অসিদা লৈরে হায়বা খঙলকখি । পুঙ অসিবু কংননবা কন্না খিনরকপদগী অন্দ্রো খুঙ্গং অসিগী 'ইবুঙো পনম নিংথৌ' হৌরাওবদা য়ৈরকপা পুঙনি হায়বসি খঙনরকখি ।

অন্দ্রো খুঙ্গং অসিদা পুঙ অসি তশেংনা লৈরে খংলবদা হুন্দুংগী প্রজাশিংনা হুন্দুং খুল্লাকপগী মফমদা পাউ অসি তমখি ।

'হুন্দুং খুল্লাকপুনা পাউ অদু তাবদা পুঙ অদু য়াম্না পামখি হায়রি । লোয়ননা হায়রিবা পুঙ অসিবু লৌরুনবা হুন্দুংগী প্রজাশিংদা য়াথং পীরে । হুন্দুংগী প্রজাশিংনা পুঙ অসিবু লৌরুনবগীদমক্তা অহিং নুংথিল থাক্তনা কন্না শেন্নরম্লগা নোংমা কোরৌ নুমীৎ অমগী চিক্লবা 'অহিং চবুক' ওইরকপা মতমদা হায়বদি অহিং নোংয়াই চংলকপা মতমমক্তা পুঙ অসি থম্লিবা 'খুভম' ইবুঙো পনম নিংথৌগী শাইকোন্দগী লৌথরগা থুনা য়াংনা পুরে । নুমীৎ অদুগী ওইনা ঈশ্বরগী সেবা চংলিবা মহাক অদুনা য়ুমদা ঙাইহাক্তং চৎপ্রবগী মতুংদা পুঙ অসি পুখিবনি ।

হায়রিবা মতম অদুদা খুঙ্গং অসিনা মীশিং য়ামদবা মরম ওইবনা খুদক্তা তাম্নরুবগী খুদোংচাবা অদু ফংখিদ্রে সেবা চংলিবা মহাক্না লাকপা মতমদা হায়রিবা পুঙ অসি লৈরমদ্রে, পুঙজাও অসি লৈরমদ্রে হায়না পাউথাং চেন্দুনা থুনা পাউ অসি খংহল্লকপদমী থুনা য়াঙনা থিবা হুরগী থবক চথখি হায়রি, অদুবু পুখিবা মফম খংহৌদবদগী তাম্নবা অমসুং থিবা ফংখিদে, থিবা য়াবা মখৈ থিরুরে অদুবু পুন্নমক অরেম্না তাখি ।

থিবা য়াবা মখৈ থিরুরে, অদুবু ফংলকত্রবদা লমদম অসিগী প্রজা পুন্নমক নীংবা কায়রহুনা তুমি-তুমিন হুমরকখি, লোয়ননা নুঙাইতবনা

মরম ওইরদুনা অহাংবা 'খুভম' অসিবু উরগা পেন্দবা বাহৈ কয়ানা তেংথারদুনা কপ্পরকখি, তেংথাবা নত্তনা উপাই লৈখিদে ।

মতম অতুগী ওইনা লৈরম্বা মমিং চংপা খুল্লাকপা ওইরম্বা জেকশা খুল্লাকপা অমম্নুং মমিং চংপা অদ্রো ফানজাওবনচিংবা অঙম অথৌ পুন্নমক্না অহাংবা 'খুভম' অসিবু থাদোকখিদে । অমম্নুং চেকশিন্না ঙাক শেন্দুনা লৈখি, মুমীৎ নিনি, হুমনি তুমীন্না খাঙদুনা লেমরম্বদগী অঙম অথৌশিং অসিনা কুপনা খন্ন-নৈনরবা মতুংদা হায়রিবা পুঙ অসিবু থিন্নবগীদমক্তা মায়কৈ মরীমক্তা মী থান্নবা থৌরাং কয়া কয়া তৌখি হায়রি । অদুবু মতম অদুদা 'খুঙ্গং' অমদগী খুঙ্গং' য়ৌনা চংপা হায়বসি শা-কৈনা থমনা লৈবনা মরম ওইদুনা চংপা ঙম্নখিদে; মরম অদুনা পুঙ অদু থিবা চংপা ঙমখিদবনি হায়রিবা পুঙ অসি থিক্নম খংদনা লৈখিবনি হায়রি ।

হুন্দ্রগী প্রজাশিংনা অদ্রোগী চাওরবা হৌরবা পুঙজাও অসিবু হুন্দ্রঙ খুল্লাকপগী য়ুমদা পুরক্ত্রনা শানৈ য়ুনৈদুনা হরাও তয়ামনা থিন্দ্রনা শান্নখি হায়রি । হায়রিবা পুঙ অসিবু থিন্দুনা অমদি য়ৈদুনা শান্নক্লবদগী হুন্দুংগী প্রজাশিং নোংম-নোংমগী মীশি মীনা তোইনা থোরকপদগী অকিবা অমম্নুং মীপাইবা পোক্লরকখি । পুঙ অসিবু শোক্ল্রবা মী খুদিংমক খুদক্তা পংথরগা শিন্নরকপদগী পুঙ অসি অচম্বা পুঙ নত্তে হায়দুনা থুনা য়াংনা অদ্রো খুঙ্গংদা থিল্লুনবগীদমক্তা হুন্দুংগী খুল্লাকপনা মহাক্কী প্রজাশিংদা য়াথং পীরমই । অদুম তৌনা হুন্দুংগী প্রজাশিংনা অদ্রোগী পুঙ অসি মুমীৎ হুমনি, মন্নীনিরোম চুপনা য়ৈরক্লগা, অদ্রো খ্রঙ্গং য়ৌনা থিনবা অমুক লাকখি ।

পুঙ অসি মখোয়না হান্নগী ( খুভম ) মফম ইবুঙো পনম নিংথৌগী খুভম য়ৌবা ঙমদনা খুল অসিগী মতাই থোকনা লৈবা 'পাং-মচা' অমদা পুঙ অসি থাদরম্লগা চেনখি হায়রি ।

মরম অতুনা হায়রিবা লাইগী ওইবা পোৎ 'পুঙ' অসি লুপখিবা 'পাৎ মচা' অসিগী মমিং মতম অতুগী অখং অহৈশিংনা 'লাইপাৎ' হায়না খোনখি। মতম অতুদগী হৌনা ঙসি ফাওবদা 'লাইপাৎ' হায়না লৌনরিবা পাৎ মচা অসিনি। মতম অমগী ওইনা লিনরম্বা অমদি অরিবা লাইরিক থরদা অসুম্নসু পল্লমই। মতুদি মহৌশাদগী ঈশ্বর অসিগী খুভমদা লেংদনা লৈরম্লিবা পুঙ অসি য়ৈরকপা মতমদা মনিপুরগী মফম অয়াম্বদা ভাই হায়না ৱারীনরম্লিবা পুঙ অসি হুন্দ্রংগী প্রজাশিংনা হুগ্রবা মতুংদা অতোপ্পা অনৌবা 'পুঙ' অমা শারগা ঈরাৎ পুজা তৌহুনা মহৌশাগী লেফম খুভমদা অমুক থম্লগা ঈশ্বর অসিবু অমুক হন্না হন্নাওখিবনি।

মতম অতুদগী হৌনা লৈজরক্লবা ঐখোয়না ফাওবদা শোকপা কিনরবা, তুজুংবা পোক্লরবা পুঙ অসিবু অতোপ্পা প্রজাশিংনা শোকহৈদবা তৌহৈদে হায়নরিবা পোৎ অসিবু শোক্লবদগী 'পুঙ' অতুদা লৈরম্বা শিথ মগুন (Quality) পুম্নমক মাংখিবদগী পুঙ অতুগী শক্তি অতু মাংখ্রিবনি, লোয়নবা হনজিনবা য়াদবদগী মফম অতুদা হায়বদি পাৎ অসিদা লুপ্পনা লৈখিবনি হায়রি।

নুমীৎ মঙানিরোম লৈরবা (মতুংদা) পাৎ অসিগী পাৎয়াদা লৈবা মীশিংনা পুঙ অসি উরকখিবনি, লোয়নবা মীয়াম চংহুনা লৌখৎকে হায়না শোক্লবদা পুঙ অতু মশা মতোমতা অতুমক লুপথখিবনি হায়রি। অসুম্না লুপখ্রিবা পুঙ অসি মতম অমদা শোয়দনা ফাওরকখিগনি হায়রি। মতম অতুগী ওইনা মহাক্কী চহি 'যুগ' লাঙোম্না য়ৌরক্লবা মতম অতুদা পুঙ অতুনা লুপথখিবা মফম অতুমক্তদা তাউথৎলকপা মতমদা — মশা মউ শেংবা অচুম্বা চৎপা পুকচেল শেংবা মীওই অমনা লুপথখিবা পুঙ অসি শোয়দনা লৌখৎলগনি হায়না লৌনরি।

হায়রিবা থৌদোক অসিগী য়ারী অসি য়াম্না থাজনীঙাই ওইবা য়ারীনি, হৌজিক হৌজিক লোয়শং শংলেন্দা লেংশিন্দ্রবা লৈরিবা 'পঙজাও' অসি ঁয়েরকপা মতমদা মনিপুরগী মৈতৈ লৈবাক অসি শিন্নবা তাবনে। মসুং অতুনা মতম অতুগী শক্তি লৈরবা অরিবা পুঙ অদু ছুখিবদগী পুঙ অসিগী শক্তি মাংথ্রিবনি হায়না পণ্ডিতশিং অসিনা কোংদোক্লি। হন্দকগী প্রজাশিংগী পুঙ অসিবু হন্দকগী প্রজাশিংনা মখোয়গী খুজং অদু অংখ্যায় কাওবা ফানা শিখি হায়না তশেংনা লীনৈ। তশেংনা তৌহৈদে হায়বা খংলবদা হন্দকগী প্রজাশিংনা অমুক হন্না অপ্রোদা হায়জন্থনা চংজরকখি হায়নন্থ লিনরমই।

অরিবা পুঙগী য়ারী লাইরিক্তা পল্লমলিবা অমদি লমদম অসিগী প্রজাশিংনা লিনরিবা য়ারীশিং অসি থোকখিবা থৌদোক ঙাক্তনি হায়না হৌজিকী পণ্ডিতশিংনা থাজবা পোৎ কয়ামরুম পীনরি। অরিবা য়ারী লাইরিক কয়াদগী ফংলকপা য়ারীনা লমদম অসিগী মুক্তম ওইবা য়ারীনি। হায়রিবা পুঙ অসি হওরানলমগ্রবদি অপ্রো লমদম খরা মখৈদি হোংখিরবা য়ারম্বনি হায়নরি। তশেংবনি মকম অসিদা অরানবা থবক তৌবা য়াদে হায়বসি লৌরিবা য়ারী অসিনা শাখিনি।

—x—

# পুয়া থরগী ৱারী
# 'মালেম নোংখোঙ কোয়বা'

ঙসিদগী চহি চা কয়া চারোল শুরোল কয়া কয়া হৌখ্রবা মমাংদগী হৌনা লমদম অসিদা মমিং চৎপা শিংথানবা য়ারবা অরিবা পুয়াগী লাইরিক কয়ামরুম লৈরমই । মখোয়গী মনুংদা শীংথানবা য়াবা লাই-রিকশিং অহুদি * চিংথৈ ঙম্বা, * পাৎয়া তময়া, * মালেম লৈশেম্বা লৈথক লৈথারোল, * অমাবুধি * মুমীৎ কাপ্পা, * পুন্সিরোল, লোয়ননা * মালেম নোংখোঙ -কোয়বা, হায়ৱিবা পুয়াগী লাইরিকশিং অসিনি হায়না হৌজিক্কী পণ্ডিতশিংনা লীনরি ।

মখক্তা পনজরিবা পুয়াগী অরিবা লাইরিকশিংগী মনুংদা 'মালেম নোংখোঙ কোয়বা, হায়রিবা লাইরিক অসিসু অমনি । পুয়াগী অরিবা লাইরিকশিং অসিদা অসুম্বা ইরমই হায়না ৱারীনৈ, মহুদি ঐখোয় তাইবঙ মীওইবনা মালেম থক অসিদা হায়বদি ঐখোয়না লৈরিবা 'জগৎ' পৃথিবী অসিদা হিংহুনা সমাজ অমা ওইনা পুন্সিন্দুনা লৈরকপদগী হৌনা 'যুগ' মরী অসি শেমহুনা লৈরমই হায়না ইরমই ।

মখোয় অহুদি : ★ সৈত্যা যুগ, ★ এেতা যুগ,
★ তুৱাপুর যুগ, ★ কলি যুগ,

হায়রিবা মখল 'যুগ' মরী অসিনি হায়রি ।

'মালেম নোংখোঙ কোয়বা' কোয়না থিরগা ইরম্বা পুয়া অসিদা অসুম্বা ইরমই হায়নৈ, মীওইবা ঐখোয়না হিংবদা লাঙোন ওইনা চৎলিবা অসিদি 'যুগ' মরী অসিনা মথং মথং ওন্দুনা চৎপনি হায়রি । হায়রিবা যুগ লাঙোন অসি লাঙোন যুগ মঙা তরা থোকনা খায়দোকপা লৈতে, যুগ মরী অসিদমক লৈরমই হায়না ইরম্বনি ।

মতম মতমগী ওইনা লাকপা অওনবা শায়োন কয়া লাকখিবগা লোয়ননা 'যুগ' মরী অসিগী ইরোই লোইবা 'যুগ' অহুদি 'কলি যুগ' অসিনি হায়না পনলি, যুগ মরী অসিগী অরোইবা যুগ কলি অসি য়ৌরক্লবা মতম অহুদদি মালেম পৃথি লৈমায়থক অসিদা ঐখোয় মীওই-বনা পুন্না অমতা ওইনা হিংহুনা লৈরীবা মালেম পৃথি লৈমাই অসি মাঙথ্রগনি, লোয়ননা অনৌবা যুগ শায়োন অমা অমুক লাক্ক্‌না মালেম পৃথি লৈমায়থক অসিদা নৌনা অমুক লৈশেম নোংশেমহুনা পাল্লকখিগনি হায়নম্ব ইরমই হায়নরি। হায়রিবা মতম 'যুগ' অসিদি হৌজিক হৌজিক্কী মতম অসিনি, হৌজিক মতম অসি কলি যুগময়াই চনশিনলে হায়রী।

কলি যুগ অসিনা লোইশিল্লকপা মতমদা নৌনা লাক্কদৌরিবা 'যুগ' অসিদি 'অকি অখঙ' কয়া কয়া থোক্লকপগা লোয়ননা মালেম থক অসিদা ইখঙ খঙহৌদনা বারী শানা, শানা লম্বী চৎন-চৎন তুরগা শিগনি, মপা, মচা, মচিল মনাও, অমতা মশক খঙনরোই, লোয়ননা হায়রিবা মতম অসি য়ৌরক্লবদা মালেম পৃথি লৈমায়থক অসিস্থ নিক্ক্‌না খাঙলনি মালেম লৈমায়থক অসি তুম্না মুৎপা য়াবা 'খঙপ্রালোই' হায়বা লাঞ্জাও অসি শোইদনা লাক্কদৌরিবনি।

হায়রিবা মতম যুগ অসি য়ৌরক্লবদা মরুপ মপাং মপা, মচা, অমতা লোয়নরোই — মহুদি বারী অসিনা মথা তানা পল্লমই, য়ুম অমদা লৈমিন্নবা মী অসি 'ঈনিঙখোঙদা কৌরগা, 'ঈমাঙখোঙদা তারোই, ঈমাঙখোদা কৌবনা ঈনিঙখোঙদা খুমলোই' হায়না লৌরমই। মতম 'যুগ' অসি য়ৌরবদা নোংপোক থোঙ হাংগনি, নোংচুপ থোঙ অমুক লোনগনি নোংচুপ থোঙ লোনগদৌরিবা মতাক অহুদি হাঙরৈ নোং-পোক পাংবদগী ফিঙাং শেৎলগা লাকপা নিংথৌমচা অমনা লোনগ-দৌরিবনি হায়রি।

চেংলৌ শক্লা হেল্লবা মতিক মগুন চেনবা নিংথৌ মচা অসিনা মশক লোৎপা খোঙলোয় খুৎপু অমগা লোয়ননা শায়োল্লগা লাক্লনি ।

'পুলৈ লোক্তা' তাবা শামু য়াইশা লাবা অঙৌবা অমা তোংলগা হাওরৈ নোংচুপ পাংনা লাক্লদৌরি । নিংথৌমচা অসিনা তোংলকপা শামু য়াইশা অসি অতোপ্পা জীব অমত্তনা শোকপা ঙম্মোই ।

মহাক্লা লাকপা মতমদা শক খঙবা ঙমদবা মশক লোৎপা ঙম্বা শায়োন লিশিঙ, লিশিঙ ওনবা ঙম্বা হিংচাবীগী শক্তম ওইবা জীব লিশিঙ অমনা নিংথৌমচা অসিবু থৌগন তৌরগা লাক্লনি হায়না ইরমই হায়রি । লোয়ননা কনাগুম্বা অচম্বা মীওই অমত্তনা নিংথৌ মচা অসিবু মায়থিবা পীবা ঙম্মোই হায়নস্থ তাকপীরমই । নিংথৌমচা অসিনা লাক্লদৌরিবা মতম থা অহু ফাওবা পল্লমই মহুদি 'ফাইরেল থাদা' শোয়দনা লাক্লনি । চহিদি পনলমদে নিংথৌমচা অসিনা লাকপা মতমদা তোংলকপা হায়বদি মহাক্কী শাতোং ওইরক্লিবা শামু য়াইশা অঙৌবা অসিদি 'ক্যাম্মা' ইংখোল কৌবা 'চহুইপোকপীদা হৌরিবা পায়ু পামেল 'কোনা পাম্বী' মখোঙদা পুল্লম্নগা থমলমগনি, মহুদি মহাক্লা লোয়নরকপা থৌগলশিংগা লোয়ননা নোংচুপ পাংনা সনা খোঙলেঙলক্লনি ।

'শামু য়াইশা' অসিবু পুন্দুনা থমলম্লবা মতুংদা নিংথৌমচা অসিনা মহাক্কী থৌগনশিংগা লোয়ননা মথং মথং হাওরৈ নোংচুপ পাংনা লাক্লগা 'অন্দ্রো' খুঙ্গং অসি য়ৌরক্লনি, লোয়ননা নিংথৌমচা অসিনা অন্দ্রো খুঙ্গং অসি য়োরক্লবদা অন্দ্রো খুলগী ওইনা লৈরিবা 'ইবুঙো পনম নিংথৌগী 'খুভম' ওইনা লৈরিবা মৈহৌফম খুভম অসিদা চঙল্লনা ইবুঙো পনম নিংথৌগী থৌগন তৌরগনি ।

লোয়ননা অন্দ্রোগী লোয়শঙ শঙলেন্দা লৈরিবা মৈহৌফমদা লৈরিবা, শঙলেন্দগী পুঙজাও অসি য়ৈরগা লাল হৌগনি, নিংথৌমচা অসিনা মীৎনা য়েংবদা মালেম পৃথি লৈমায়থক অসিদা লৈরিবা জীব পুম্নমক উৎ ওইনা তুমত্তুনা মাঙগনি, লোয়ননা নিংথৌ-মচা অসিনা মায়কৈ চিথেক মরীমক্তা কোয়না চৎতুনা লন্দারুরবা মতুংদা অমুক হন্না অন্দ্রোগী মৈ হৌফম লোয়শঙ শঙলেন ইবুঙো পনম নিংথৌগী 'খুভম' অসিদা হঞ্জল্লক্ত্না লাল অসি লোয়শিল্লগনি হায়না মথা তানা লীনরমই।

হায়রিবা নিংথৌমচা অসিনা মায়কৈ চিথেক মরীমক্তা কোয়না চৎতুনা লন্দারুরবা মতুংদা মহাক্কী 'সনা সঙ্গাইদা' লেঙলকপা মতমদা মথং মথং খুঙ্গং কয়া কয়া লান্দনা ফাওরক্লগা লাকপা মতমদা সনজিঙ চীঙজাও অসি ফাওরগা লাক্কনি।

নিংথৌনা হায়রিবা চীঙ অসি ফাওত্তুনা (লাকপা) সনা খোঙ-লেংলকপা মতমদা চীঙ অসিদা হৌরিবা 'মনি' ওইনা ঙান্দুনা লৈরিবা' 'শিদ হিদাক' পাম্বীগী মখোংদা পোত্থারক্কনি লোয়ননা হায়রিবা 'শিদ হিদাক' পাম্বী অসি নিংথৌমচা অসিনা যুক্লগা মহাক্কী সনা কোন্নংদা পুথিগনি। মহাক্কী শক্লোন কয়া কয়া পুবা ঙম্বা হিংচাবশিং অত্তুনা 'শিবা' মতমদা 'শিদ হিদাক" অসি থাত্নুনা হিংগৎহনগনি হায়না ৱারীনৈ।

সনজীঙ হায়না কৌনরিবা চীঙজাও অসি হৌজিক 'অন্দ্রো খুঙ্গং' অসিগী নোংচুপ থংনা লৈরিবা নোংমাইজিং হায়রিবা চীঙ অসিনি। চীঙ অসি হৌজিক মীয়াম্মা বাক্লনী চীঙ হায়না খঙনরিবা চীঙ অসিনি। হায়রিবা চীঙ অসিদা 'শিদ হিদাক' পাম্বী হৌড়না লৈ হায়না হৌজিক ফাওবা পণ্ডিতশিংনা লেপ্তুনা লিনরি।

লোয়নবা অন্দ্রো লোয়শঙ শঙলেন্দা লৈরিবা মৈ হৌক্ষমদা লৈরিবা শংকেন্দগী পুঙজাও অসি য়ৈরগা লাল হোৌগনি, নিংথৌমচা অসিনা মীৎনা য়েংবদা মালেম পৃথি লৈমায়থক অসিদা লৈরিবা জীব পুম্নমক উৎ ওইনা তুমহুনা মাঙগনি, লোয়নবা নিংথৌমচা অসিনা মায়কৈ চিথেক মরীমক্তা কোয়না চৎতুনা লান্দাকুরবা মতুংদা অমুক হন্না অন্দ্রোগী মৈ হৌক্ষম লোয়শঙ শঙলেন ইবুঙো পনম নিংথৌগী 'খুভম' অসিদা হঞ্জল্লক্‌লনা লাল অসি লোয়শিল্লগনি হায়না মখা তানা লীনরমই ।

হায়রিবা নিংথৌমচা অসিনা মায়কৈ চিথেক মরীমক্তা কোয়না চৎতুনা লান্দাকুরবা মতুংদা মহাক্কী 'সনা সঙ্গাইদা' লেঙলকপা মতমদা মথং মথং খুঙ্গং কয়া কয়া লান্দুনা ফাওরক্‌গা লাকপ' মতমদা সনজিঙ চীঙজাও অসি ফাওরগা লাক্কনি ।

নিংথৌনা হায়রিবা চীঙ অসি ফাওহুনা (লাকপা) সনা খোং-লেঙলকপা মতমদা চীঙ অসিদা হোৌরিবা 'মণি' ওইনা ভান্দুনা লৈরিবা 'শিদ-হিদাক' পাম্বীগী মখোঙদা পোথারক্কনি লোয়নবা হায়রিবা 'শিদ হিদাক' পাম্বী অসি নিংথৌমচা অসিনা যুরগা মহাক্কী সনা কোন্নুংদা পুখিগনি । মহাক্কী শক্লোন কয়া কয়া পুবা ঙম্বা হিংচাবশিং অহুনা শিবা মতমদা 'শিদ হিদাক' অসি থাহুনা হিংগৎহনগনি হায়না ৱারীনৈ।

সনজীঙ হায়না কৌনরিবা চীঙজাও অসি হৌজিক 'অন্দ্রো খুঙ্গং' অসিগী নোংচুপ থংনা লৈরিবা নোংমাইজিং হায়রিবা চীঙ অসিনি । চীঙ অসি হৌজিক মীয়াম্না বাকনী চীঙ হায়না খঙনরিবা চীঙ অসিনি । হায়রিবা চীঙ অসিদা 'শিদ হিদাক' পাম্বী হৌহুনা লৈ হায়না হৌজিক পণ্ডিতশিংনা লেপ্পুনা লিনরি ।

নিংথৌমচা অসিনা লান ঙমহুনা হল্লক্লবা তুংদগী মথং মথং মালেম পৃথি লৈমায়থক অসি 'থণ্ড-প্রলোই' ওইগনি, মতম অহুদা মালেম পৃথি

লৈমায়থক অসি লৈবাক্কা দোশি ওইগনি, ঈশিংনা 'থাও' ওল্লগা চারুক্কনি, মতম অদুদা মালেম পৃথি লৈমায়থক অসি 'উং' ওনগনি হায়না ইরমই।

অমুকসু ৱারী অসিনা মখা তানা লীরমই। মদুদি চাওরবা লাঙ্গাও 'খণ্ড প্রলোয়' লাক্লনা লোয়রবা তুংদা ঈনৌ নৌনা শক্তি লৈরবা 'মী তরেং' হায়বদি 'নিপা তরেং' ফাওরক্লনা অমুক হন্না মালেম পৃথি অসি লৈশেম নোংশেমদুনা অমুক হন্না ইনৌ নৌনা পানবা হৌরক্কনি হায়রি। মখোয় অদুদি শক্তি লৈরবা মখোয় তরেংনা 'লাইনীঙ পরি' চেৎপা মরম্মা হুপী অঙাং শুনা ফংগনি হায়না ইরমই।

অসুম্মা ৱারীনৈ, নৌনা লাব্রিবা নিপা তরেং অসিদি শম্পোং খুংল্লঙ অমগী মীশিংনি হায়রি। মখোয়শিং অসিনা অমুক হন্না শম্পোং লাঙ্গোল পায়দুনা মালেম পৃথি অসিদা কোয়দুনা ঈনৌ নৌনা মইং মরোং থাদুনা অমুক হন্না খুন্দা লৈতারক্লনা লৈশেম নোংশেন্না হৌরক্কনি হায়রি।

শক্তি লৈরবা মখোয় তরেং অসিনা মালেম থকসিদা হিংদুনা লৈবা মতমদা মালেম পৃথি লৈমায়থক অসি শিনথুংনা 'ভূট প্রেদকা' 'য়াকাপুঙ' ওইরক্কনি, লোয়ননা অহিং মুংথিল নাইদনা থাংমৈ, মৈরা, থাদুনা চৎকনি, 'মৈবু' থাদোক্লবদি 'ধ্যান' পুন্নমক কায়গনি। 'কোরাও' অঙৌবা কৌবা উনা য়ুম শাগনি 'কংখ্রাইবী উনা' চৈশু ওইরগা শুদুনা চৎকনি;

'য়ুমদা থুমলানা কুপকনি, লোয়ননা থুমলা কৌবা পাম্বীগী মনানা য়েম্পাক শাগনি, 'কোনা পাম্বী 'মখোঙদা পোৎথারগা হিংগনি হায়নসু পল্লমই।

মথক্তা লিজখ্রিবা পুয়াগী শমলপ্পা ৱারী খর অসি 'মালেম নোংখোঙ কোয়বা, হায়বা লাইরিক অসিদসু খরদি পল্লমই অদুবু মাদু য়াম্না

পনলমদে, হৌজিক্তি হায়রিবা পুয়াগী অরিবা লাইরিক অমতা থিবা ফংখিদ্রে, মথক্কী য়ারী খর অসি মতম অতুদা লৈরম্বা লাই ওইগ্রবা পণ্ডিতশিংনা মথা তানা লাকপা মাগী মাগী চারোল, গুরোলদা মথং মথং লৌথরকপা য়ারিনি। 'মালেম নোংখোঙ কোয়বা' হায়বা পুয়া অসি করম্বা মতমদা পণ্ডিত কনানা ইরম্বনো হায়বসি খঙনদ্রে; মতম অতুদা লৈরম্বা অরিবা পুয়াগী মমিং চৎপা লাইরিক অসি হাওরে নোংপোক পাংনা পাইখি হায়নসু লেপ্পুনা লৌনরি।

অথক অহৈ পণ্ডিত খরনসু অসুম্না লৌনরমই অসিগুম্বা পুয়াগী লাইরিক অসি অদ্রো খুঙ্গং অসিগী 'মৈ হৌফম' 'ইবুঙো পনম নিংথৌগী 'খুভম' অসিদা লুপ্থখিবনি হায়নসু লৌনৈ। হৌজিক্কী পণ্ডিতশিংনসু মথক্কী য়ারী অসি অনি থোক্কা অতুমক লেঙদনা লৌনরি।

—×—

# কুরাক লমদাইবা

'কুরাক লমদাইবা' হায়না ঙসি ফাওবা লেপতনা চহি চহিগী পাঙথোকপা খুল অসিগী অচৌবা থবক থৌরম অমা লৈরি। মসিগী থবক থৌরম অসিবু 'শাবন কুরাক' লমদাইবা লাংবন 'উক্রোঙ হোঙবা' হায়নসু প্রমান তৌনরি। কুরাক লমদাইবগী থবক থৌরম অসিসু মমাংঙৈগী হায়বদি খুঙ্গোক লোন্দগীনিসু হায়নৈ।

থবক থৌরম অসি পাঙথোক্লবগী অকক্লবা মুমীৎ থা লৈরি অয়াম্বা মতমদা থবক থৌরম অসিদি চহি চহিগী মেরা থাগী 'ইরাই মুমীৎ' খুদিংগী পাঙথোকই। হায়রিবা থবক থৌরম অসিবু পুজা তৌতুনা

পাঙথোকপগী মরমদি হায়রিবা থুক্সং অসিদা চহি চুপনা লৈবা লাইরাম, লাই কাওবা, তিনমু লাইমু কয়া কয়া পাং, তুরেল, অমদি অশুকপা উখা, রাখা, উক্রোং রাক্রোং মনুংদা থুপত্নুনা অমস্তুং লোত্তুনা লৈবা পুম্নমক অতুবু মেরা থাগী 'ইরাট' মুমীং অসিদা পুজানচিংবা তৌতুনা খুক্সং অসিগী মপান্দা তিনমু লাইমুশিং অসিবু তাম্হোকখিবা মুমীং অতু 'ইরাই' মুমীং অসিদনি হায়বদগী পুজা অসি মরুওইনা পাংথোক্লরিবনি। কুরাক লমদাইবগী থবক থৌরম অসি পাঙথোকপদা খুলগী নখোরশিংনা লাইগী পোং, চৈ, লৈননবগীদমক্তা অমসুং শাইরেল কৎনবগীদমক্তা মুমথোঙ খুদিংগী ওইনা পৈশা ওইনা লুপা অমমমক্তু খায়রি। লোয়নুনা থৌরম অসিবু পাঙথোকপদা খঙজেল য়াওদবা য়াদে, খুলগী খঙজেল মকোক্সা লুচিংজুনা হায়রিবা থবক থৌরম অসি পাঙথোকই।

কুরাক লমদাইবগী থবক থৌরম অসি পাঙথোক্লবগীদমক্তা খুক্সং অসিগী নোংচুপ থংবদা লৈবা (খুভম) মরিংখেল 'কুরাক লাইফম' অসিদা পাঙথোকই।

হায়রিবা থৌরম অসিদা মেরা থাদা তৌনরম্বগী মরমদি মেরা থা অসিদি 'পৃথি মালেম' লৈমায়থক অসিদা হৌরিবা মনা মশিঙ, উপাল, রাপাল, হৈপাল, লৈপাল, পুম্নমক্তা শারেপ ফারক্লবা মতমনি, হায়রিবা মতম অসিদা তিনমু লাইমু ফত্তবা কয়া কয়া উপাল রাপালগী মরুমদা থুপত্নুনা অমদি লোৎতুনা লৈ হায়না পণ্ডিতশিংনা লৌনরম্বদগী তৌনরম্বনি হায়নৈ, থবক থৌরম অসিগী মরুওইবা লাইথা তিনথা খুদিংমক খুল অসিগী ফমনাইবা ওইনা লৈরিবা 'যুবানবা' মহাক্তা তৌগনি।

কুরাক লমদাইবগী থবক থৌরম অসিস্তু শা, য়ু, অসি য়াওদবা য়াদে, শা, য়ু, অসিদি মমাংঙৈগী মতমদগী 'চৎন-পথাপ' অমা ওইনা লৈরক্লবনি, কুরাক লমদাইবগী মরুওইবা থবক থৌরমশিং অদু মথক্তা পঙ্গুব্রিবা থর অসিনা মরু ওইরি।

# 'লমদাই-থাংজ অমস্যুং খুনথোঙ লাংপা'

'খুন্থোক্লোন্দগী, মীওইবশিংনা চহি চা কয়া পান্দুনা খুন্দা লৈত্তাহুনা লৈরকপদগী হৌনা লমদম অসিগী প্রজা শিংনা ঙসি ফাওবদা 'লমদাই থাংজ অমস্যুং খুন্থোঙ, লাংপা' হায়রিবা থৌরম অসি চহি খুদিংগী লেপ্তনা পাঙথোকলি ।

হায়রিবা থবক থৌরম অসি খুঙ্গং অসিগী ওইনা মায়কৈ শুদাই মরিমক্তা চত্তনা পাঙথোকপা থৌরম অমনি । থৌরম অসিগী ওইনা মরুওইবা পোৎচঙ খর অসি চঙই মত্তুদি-য়েন অমা, পুকয়ু খর, হৈরম তরেং, লৈরম তরেং, কবোক নাচল তরেং, হৈবী-মনা শিংজুন চিংবা শেম্নগা মুমীৎনা 'ময়ুম' চংথ্রবা তারবা য়াচঙবা মতমদা খুল অসিগী মায়কৈ শুদাই মরীমক্তা চত্তনা থানৈ ।

লাইগী পোৎ-চৈশিং অসিবু পুথুনা চংপা মতমদা ব্যাকনা-শাবা মৈনম অমা থান্দুনা চংনৈ, মৈনম অসি থান্দুনা চংনরম্বগী মরমদি 'ব্রাকনা, শাবা মৈনম অসিদি 'লাই-তিন' ফওবা অমতা চঙবা ঙম্বদে হায়নৈ, লাই-থাবা চংপা মতমদা অতোপ্পা মী থেংনহৈদে হায়নৈ, কন্নিগুম্বা লম্বীদা 'ওক্রবা' থেংনবা তারবদি থেংনরিবা মহাক অত্তু দণ্ডি তৌই । লাই থাফম য়ৌরবা মতমদা লম্বীগী মতাই ওইবা মফম অমদা ফিট অমরোম লুনা কোম তৌরগা, হৈরম লৈরম খর, 'পল্লি তৌরবা য়েনগী মশা খর য়াওনা কোম অত্তুদা ফুম্বদা হাপনৈ ।

লমদাই থাংজ খুন্দোঙ লাংপগী থৌরম অসি চহি চহিগী তৌদবা য়াদে মসিগীদমক্তা য়ুবানবা থম্মীবনি ।

খুঙ্গং অসিগী মসুংদা ফওবা লাই তিন চঙদনবা হায়বদি তিনকোক লাইকোঙ্গরসমু, ভিগ্রেন লাইচেন্দবা ওইরসমু হায়না ঈরাং-থৌনিজবনি ।

চহিগী ওইনা লমদাই থাংজ খুদিংদা 'ইবুঙো পনম নিংথৌ' গী খুভমদ। ওক, অমা শাইরেল কৎলি । হায়রিবা মুমীৎ অসিগী মুমীদাং-ঙাইরমদা 'ইবুঙো পুইরৈরোম্বগী খুভমদনা 'কাইরৈ য়েন, 'অঙৌবা লাবা, অমনা য়েলিং থাগনি । ইবুঙো পনম নিংথৌ অমদি ইবুঙো পুইরৈরোম্বা অনিমক্কী খুভমদা লাইথা তিনথা পুন্নমক লোইরবা তুংদা মুমীৎ তারকপা য়াচঙবা মতমদা খুন্থোক লাৎপগী থবক থৌরম অাস পাঙথোকই ।

লাইথা তিনথা পুন্নমক লোইরবা তুংদা খুলগী নম্বোরশিংনা য়ুপানবা অমসুং কমনাইবা শিংদা দখিনা দান তৌবা অসি চৎনৈ । শজিবু থানা য়ৌদিঙৈ; লমদা থাগী অরোইবা থাংজ মুমীৎ অসিবু ঐথোম্বনা লমদাই থাংজ, হায়না কৌই, খুন্থোক লাৎপগী নিয়ম মথক্কী থব অসিনা মরু ওইবনি ।



# লাইশা তানবা অমসুং শরৌ য়েনবা

লমদাই থাংজগী নোংভানবা নোংমাইজিং মুমীৎ অসিদা লাইশা তানবগী মুমীৎ অসি থোকই । লাইশা তানবা মুমীৎ অসি খুঙ্গং অসিগী ওইনা পাউথাও থাদ্দনা য়ুমথোক খুদিংগী ওইন নিপা অমা লাইগী

শা তানবা অসি খোক্কদবনি । মরম অদুনা হায়রিবা লাইগী শা তানবা অসিদি খোকতবা য়াদে । করিগুম্বা লাইগী শা তানবা অসি খোকত্রবদি মাদু দগিং তৌই । করিগুম্বা অচনবা থবক ইনখাং লৈরবসু মীয়ামদা ময়েক শেংনা পীগদবনি, লাইগী শা তানবা মতমদা খুলগী মকোক মরুশিং অদুদি শা তানবা অসি য়াওরোই, মরুওইনা পানা অমশুং খঙজেল মচাশিংনা শরুক য়াগনি ।

লাইশা তানবা হায়রিবা থৌরম অসি অয়াম্বনা পানাগী হিরু কারবা মীওইশিংনা শা লুম্বগী থবক তৌই । লমদম অসিগী প্রজাশিং অসি শা' তানবদা য়াম্না হৈ-শিংই, অতোপ্পা কাংবু শা থৌবা অদুনা খঙজেল মচাশিংনা তৌই, মাগী মাগী মথৌ মশক খঙনা অদুমক তৌনৈ । 'শা, তানবগী শা লুম্বা মীশিং অদুসু মশক খঙনা হাপ্পা ঙাক্তনি । শা তানবগী থবক্তা মরুওইনা শিজিন্নবা খুংগু-খুংলাইশিং অদুদি থাং, তা লিরুং তেন অসি শিজন্নরমই, মতমগী খোঙচৎ মতুং ইন্না চাওখৎ-লকপগী মতুং ইন্না 'নোংমৈ, পায়দুনা শা তান্নরে । চাওরাক্লা অম্রো লমদম অসিগী প্রজাশিংনা নোংমৈ পায়দুনা শা তানবা হৌরকখিবা অসি চাওরাক্লা চহি ৯০/রোমদমক ঙাইরি হায়নৈ ।

লমদম অসিগী ওইনা লৈরমলিবা লাইগী শা তানবগী থবক থৌরম অসিদি মীশি মীনা থোক্তনবা হায়দুনা 'শা অসিবু ফারগা ফারিবা শা অসিনা উগল ওইনা থাদোকলিবনি, লোয়ননা অনা অয়েক য়াঙদনবনি হায়দুনা পল্লি কংলগা থাদোকপনি হায়রি ।

লাইশা তানবগী থবক থৌরম অসি চহি খুদিংগী লেপ্পা য়াদে । 'শা ফাবা' তারবদি শা অসিবু পুন্নবা মীসু তোপ্পা থমই; শা পুরিবা (মহাক + মী) অদুনা পুরিবা শা অসি লোয়শঙ শঙলেন অসিগী মমাঙদা শা অসিবু য়াল্লগা থম্নবা শেমলিবা উকৈ অসিদা মিনিট

খরদং থাঙ্গৎত্তনা শা অসিবু য়ান্দুনা থমগনি। শা অসি য়ানফম অহুদা য়ান্দুনা থম্বদা লোয়শং পানা শঙলেন্দগী পুং অসি য়ৈগনি শা ফাবা মতমদা য়ৈবা পুঙগী পুঙলোন অহুদং তঙ, তঙ, তঙ, থুনা অহুমল্লক য়ৈরকনি।

পুঙ য়ৈরবা তুংদা শা অসি লৌথরগা শা অসি শেম্বা শৌগ্রকপনা শা অসি শেমগনি, লোয়ননা শা ফাবা মীনা শাগী শাকোক অহু লৌগনি।

শা অসি ফাবগীদমক্তা শা ফাবা মীনা 'য়ু' খরুং অমা মীয়ামদা পীগনি শা ফারিবা মহাক্কী তৌফম থোকপা মথৌ অমা ওইনৈ। শৌগ্রাকপনা শা শেম্বা, শা, থোংবা পুম্নমক তৌই, লাই কওনা থোংবা থাকপা লোইরবা তুংদা শা মতুত অমমম য়ু খর খরগা মীপুম থুদিংমক্তা য়েনগনি, শরৌ য়েনবগী নিয়ম অহুদি অসুম্না চৎনৈ।

# তরুঙ লাংবা

লাংবন থাদা মরুওইনা চাওনা চৎথরিবা থবক থৌরম অমনা 'তরুং লাংবা' হায়রিবা থবক থৌরম অসিগী ওইনা মরুওইনা লুচিংবা অমুদি থুলগী থুল্লাকপা অমসুং লুকলাকপ অনিনা লুচিংলগা পাঙথোকপা থৌরম অমনি।

লাংবনগী তরুং লাংবা হায়বা থবক অসিসু মমাঙৈ মতমদগী হৌজিক কাওবা কায়দনা চৎনরি। তরুং লাংবগী থবক থৌরম অসিবি মরুওইনা চীং মান্দা তরুং পাম্বী হৌদা থিরগা লমদম অনিগী পানা মচাশিং অমদি

ফমনাইবশিংনা বাঁশি পেনা খোংতুনা চংলগা তক্কং অসি হেকই ।

হায়রিবা তক্কং হেকপা চংপা অসি খুল অসিগী পানা পুরেল অতুনা মাঙ খারগা বাঁশি পেনা খোঙতুনা চংপা অসিনি, তক্কং অসি হেকপা চংপদা শেংপা ফিজেং খর লৈ, মরুওইনা সুপীনা খেমজি ফুরীত লৈকনি, ফনেক অঙৌবা শেংনৈ, লোয়নননা অপাব ফি অঙৌবা অমনা কোকখুম ফি ওইনা কুপনৈ; লোয়নননা বাঁশি পেনা খোংলগা চংপা অসিনি । অস্তুম্না ময়াম চক্ত_না হেকলুরবা তক্কংশিং অতু পানা পুরেলগী য়ুমদা পুরক্লগা থমগনি, হেক্লবা তক্কংশিং অসি য়ুমখোঙ খুদিংগী খর, খর, য়েল্লি । কনাগুম্বা মীওইদা তক্কং অসি য়োনবা তারবস্তু পৈশা ওইনা লৌনদে, মাগী মাগী য়ুমদা লৈবা ওক, য়েন ভাকতা ওইনা পীরবা অসি চংনৈ ।

তক্কং লৌরিবা য়ুম্নুশিংনা পীরকপা ওক, য়েন, অসি খুল অসিগী ওইনা পুরেলগী য়ুমদা পুখংলি । য়ামই য়ামদে হায়বগী রা খোইনা লৈতে, মসি চংনবী পথাব' অমগী মতুং ইননা পীরবনি ।

য়ুম্বু অমন' য়ামদ্রবদা য়েন অহুম মরী শুনা ফাওবা পীরবা য়াওই । মগুঙ ফারবা মতমদা খুনগী পুরেলগী য়ুমদা পুল্লগা চাক চাম্থিন্নবা অসি চংনৈ তক্কং লাংবগী চাক চাম্থিন্নবা নুমীৎ অসিদা হরাও কুম্মৈনচিংবা কয়া কয়াস্ত তৌনৈ, লোয়নননা নুমীৎ অসিদা মানা মানা হৈক্লবা ঈশৈ নোংমাই মতম অতুগী বাঁশি, পেনা, খোঙবা নুপীনা জগোই শাবা কুম্মৈশিং অসি তৌনৈ, খোরম থসি লাই তিনগী থবক্তি খোইদোক্লা ওইদে, খুল অসিগী চংনবী অমা ওইনা তৌনরম্বনি । মরুওইনা লমদম অসিগী 'চংনবী পথাব' অমগী মতুং ইন্না কুম্মৈ পাঙথোকপা ওইনা তৌরম্বনি লমদম অসিগী পোং চৈ পীবদা 'মান চাং' হেম্না পীবা তাম্নবনি, মতম অতুদা লমদম অসিদা সিনেমা, ড্রামা, লৈত্রিঙৈগী ওইনা চাউরবা কুম্মৈ অমা ওইনা তৌন্নরম্বনি হায়নৈ ।

তরুং লাংবগী চৎনবী থবক থৌরম অসি হৌজিক্কী মতমদদি তৌরমখিদ্রে, তৌরবসু মমিংদা ওইনা তৌরগা তোক্রে। চা থকপগী থবকসু থাদেক্লক্লে। হায়রিবা তরুং লাংবগী থবক অসি পুমথা থাদোকখ্রে চৎনখিদ্রে।



# ‘ইবুঙো পুরৈরোম্বা হরাওবা’

মথং মথং অরু-অরুবা থবক থৌরম কয়া কয়া পাঙথোক্লুবগী তুংদা লমদম অসিগী ওইনা লৈরিবা মতিক মগুন চাউরবা লমদম অসিবু কোনথোক কোনচিন তৌবিরিবা ‘ইবুঙো পনম নিংথৌগী’ ময়াম্বনি হায়রিবা ইবুঙো পুইরৈরোম্বা হরাওবগী থৌরম থৌদাং চাউনা অমুক লাকলে।

ইবুঙো পুইরৈরোম্বা হরাওবা অসিদি মরু ওইনা কালেন থাদা হরাওনৈ, অতে থাদা হরাওবা য়াদে ‘ইবুঙো পুইরৈরোম্বা হরাওবগী অরুবা মতম কালেন থাগী তরামাথোইনি পানবা নত্রগা ১৩নি পানবা মুমিত্তা মরুওইনা হরাওনৈ, নুমিৎ মাপননিদগীনা নুমিৎ তরাহুমদোইনি ফাওবা লেপ্তুনা হরাওই। ইবুঙো পুইরৈরোম্বা অসি হরাওবা মতমদা লমদম অসিগী ওইনা মাগী মাগী শাগৈগী ওইনা লৈবা উমংলাই তরাহুমদোইনা মথং মনাও নাইনা চাউনা শরুক য়ারি মখোয়শিং অতুদি

অহানবদা ১। ইবুঙো পুইরৈরোম্বা ২। উমংলাই চীঙশোম্বা,
৩। ইবুঙো পনম নিংথৌ ৪। উমংলাই সনাহৌওবা,
৫। কোরৌহনবা ৬। চংনিং লৈমা,

৭। খোঙজেল লাকপা ৮। শজুলেন লাকপা,
৯। উমংলাই মেরা থানবী ১০। উমংলাই সোরারেন,
১১। পেঙক্রোং লাই ১২। উরান লাকপা
১৩। পেনা খোঙবা, উমংলাই তরাহুমদোই অসিনি।

ইবুঙো পুইরৈরোম্বা হরাওবদা উমংলাই তরাহুমদোইনা শুম্না শরুক য়ারি। অদুগা ইবুঙো 'পনম নিংথৌ' হরাওবগীদি উমং অমত্তা য়াওদে, 'ইবুঙো পনম নিংথৌ মতোমমদমক্তা শরুক য়াই।

ইবুঙো পুইরৈরোম্বা হরাওবগী মতমদি কালেন থাদনি, করিগুম্বা ইবুঙো পুইরৈরোম্বা হরাওবা ওমদবা হরাওদবা চহি অদুদি হরাওবা শকপা ওইনা মাগী মাগী শাগৈগী মাইবীশিং পুন্সিল্লগা চাকলোং কংপগী থবক পাঙথোকই, মসিবু লাইগী মাইবীশিংনা চাকলোং কংপা হায়না খঙনৈ, মসি হরাওবা ওমদবা চহিদা মাইবীনা ঈশ্বর অসিগী মকমদা হরাওবা শকপা ওইনা চাকলোং কংপনি।

ইবুঙো পুইরৈরোম্বা হরাওবা মতমদা কনা কনানা মরুওইনা শরুক য়াবগে হায়বা অদুদি লাই পান্নরিবা লাই মনাই লোয়ননা উমংলাই তরাহুদোই অসিগী মাইবী তরাহুমদোই, খুল্লাকপা, লুকলাকপা কমনাইবা তরেৎ, নিঙোল্লাকপা, লৌমীরাকপা, লৌমীহিদং, খভমলাকপা খভম হিদং পুম্নমক অসিনা শরুক য়ারগা হরাওই। হায়রিবা মাইবী তরাহুমদোই অসিদি অয়ুক খুদিংগী ইরুজরগা ওননা লাই য়াকৈবা কাগনি। লাই য়াকৈবা লাকপা ইমা মাইবীনা মাগী মাগী শাগৈগী উমংলাইশিংদা লৈ কংকনি, মসিবু লৈ হুনবা হায়নমু খঙনৈ, মরুওইনা লাইগী লৈ' অদুগি লাংথৈ, অসিনা মরুওইনা কংনৈ, ঈশ্বর অসিনা নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক য়াকৈবা অসিদা পণ্ডিতশিংনা বাঁশি, পেনা খোঙলগা ঈশ্বর অসি য়াকৈবনি।

অসুম্না লাই য়াকৈবা লোয়রবা তুংদা মাইবীশিং য়ুমদা অমুক হনখিগনি, লোয়ননা ম্নুংখিলগী হৱাওবা থোরম নংননবা অমুক লাকনি, ম্নুংখিল পুও অমাদগী হৱাওবা অসি হৌই।

পুইরৈরোম্বা হৱাওবা মতমদা লাই অসি ম্নুমীৎদাং লাই মনাইনা শওগনি৷ অতোপ্পা মী য়াওবা শওবসু অতুমক য়াই। নিঙোল মচা খঙজেল মচা অনিময় লাই অসি শওবা অমত্তা য়াওরোই। মরম অদুনা ইবুঙো পনম নিংথৌ হৱাওবগা ইবুঙো পুইরৈরোম্বা হৱাওবগা খেন্নবা থর লৈ। পনম নিংথৌ হৱাওবগীদি খঙজেলসু ঈশ্বর অসিবু শওবা ওইনা মাগী মাগী কোশো শওদা লৈদুনা ঈশ্বর অসিবু শওই। ইবুঙো পুইরৈরোম্বা হৱাওবা মতমদা ফমনাইবশিংগী মকওইনা চওবা ফিজোল অদুদি ইবুঙো পনম নিংথৌ হৱাওবদা শেংপা ফিজোলগা চপ মানৈ। ফুরীৎনা খেমজি ফুরীৎ লীৎকনি ফৈজোমগী মথল অদুদি নিঙোম ফী য়াম্নদুনা অৱাংবা মথলগী ফিজোল অদু শেংনৈ, কোয়েৎ অদুদি লৈঙাঙগী মচু ওইগনি। লোয়ননা ফমনাইবশিংনা হৱাওবগী নিয়ম নিতিশিং অসি অমত্তা কায়দনা থক্ খা নাইনা চৎনবা অসিনি।

ঈশ্বর অসিগী হৱাওবা ম্নুমীৎ মঙানি শুবা ম্নুমীত্তা লাই মপান শওয়েংবা হায়দুনা মাগী মাগী য়ুম য়ুমদা লৈরিবা খুভমশিং অদুদা লেওশিন্দুনা ময়ুম শও য়েংশিল্লগনি ম্নুমিৎ অদুগী ম্নুমীদাংবাইরমদা অমুক লেওথোরক্লনা মাগী মাগী হাম্নাগী ফমফমদা অমুক হন্না লেওশিনগনি।

মঙানি শুবা ম্নুমিত্তা মপামদা পুদুনা লেওশিল্লবা অসিবু লাইনা মপাম শওয়েংবা হায়না কৌই।

ইবুঙো পুইরৈরোম্বা হৱাওবা অসিদি মীপুম খুদিংমক চওদুনা য়েংবা য়াই, অথিংবা লৈতে। কম্নিশুৱাদা উৎচনিওবা হৱাও কুম্মৈ খুদিংমকসু নিয়ম কায়দনা অদুমক উৎপা য়াই।' য়েংবসু অদুমক য়াই।

ইবুঙো পুইরৈরোম্বা অমসুং ইবুঙো পনম নিংথৌ অসিগী হরাওবদা মরুওইবা খেন্নবা লৈবা অদু অসিনি।

লাই হরাওফম অকোয়বা লাইমাঙ অসিগী খা-থংনা লৈরিবা ফমনাইনা অমদি ফমদো নিংথৌশিংগী লৈরিবা ফম ময়াম অসিগী খ্বাইদগী মকোক ইথং থংবদা থুল্লাকপগী ফমফম লৈ, লোয়ননা মথং মনাও নাইনা ফমনাইবশিংগী ফমকন লৈ। হায়রিবা ফমনাইবা তরেৎকী অথম্নবা ওইনা ক্বাকোক কেপ, অমমমসু থমই, থমলিবা ক্বাকোক অসিসু সনা ক্বাকোক, লুপা ক্বাকোক হায়না মমিং থোনলি ইবুঙো পুইরৈরোম্বা হরাওবা মতমদা চাং নাইনা উংপা থৌরম খরা অদুদি মথাদা পীরিবা খরা অসিনি।

★ মাইবী জগোই শাবা,
★ লাইগী লেরে জগোই শাবা,
★ লাই য়াকৈবা অমসুং পেনা,
★ ঙা খোনবা অসিনি।

মুমিৎ খুদিংগী হরাওবা লোইশিল্লকপা মতমদা ঙা খোনবগী থৌরম অসি লেপ্তুনা চথৈ, ঙা খোনবগী মওঙ অদুদি লাই মনাই অসিনা ঙা খোনগদৌরিবা ইমা মাইবীশিংদা অসুম্না হায়রকনি।

★ হো — ... লাইনিংথৌ মনাইশা,
লাইগী ঙা খোল্লসে, অনিরক
শুবদা ইমা মাইবীদা কৌরগা হায়রকনি।
★ হো — — লাইরেম মনাইশা,
ইবুধৌগী ঙা খোল্লসে ।।

অসি হায়রগা লাই মনাইনা ইমা মাইবীদা কৌরগা মাইবীগা লোয়ননা পানাশিংনা পুন্না হোয় ঙা খোল্লসে হায়না পুন্না খুমকনি।

লোয়ননা ইমা মাইবীনা হান্না থোরক্লুনা পানাশিংদা হান্না ঙা খোনগনি, ঙা খোনবগী লোঙ, তুংগোন অলিমক খ্বাঙদা পুন্দুনা চৎলগা ঙা খোনবনি অস্তুম্না লাইমাওদা ঙা খোল্লবা মতুংদা লাইগী মনাইনা মাইবীশিংদা অমুক কৌরগা হংগনি কৌবগী মওং অতুদি লাইরেম মনাইশা ইবুধৌগী ঙা খোনবদি করি ঙা লকই, ঙাহৌ লকই, ঙমু লকই, মরেঙ খোনবা পেঙবানে য়াইফরে ইবুধৌদা ঙা কৎলসি, অস্তুম্না ঙা কৎপগী থবক অসি তৌই। ঙা খোনবগী থৌরম অসিদি নুমীৎ খুদিংগী লাই চন্লামদাই অরোইবা মতমদা তৌই।

ঙা অসি খোম্নুনা কৎপা লোইরবা তুংদা খঙজেল মচা নিঙোল মচাশিংনা লাইবৌ জগোই অসি শাবগা লোইননা খঙজেল মচা পুম্নমক লাইমাওদা অতুম্নক কোয়তুনা চৎলগা হোই অসি লাউই। হোই লাউবগী মওঙদি হা --- --- হা --- --- হোই; হোই --- --- হা --- --- অস্তুম্না কোয়তুনা চৎলগা লাইগী ওইবা হোই অসি লাউরগা নুমীৎ অতুগী হরাওবগী থৌরম অতু লোইশিল্লি।

নুমীৎ তরানি চুপ্পা হরাওবা তুংদা লোইশিনবগী পাউ শোনবা হায়বা থৌরম অসি তৌগনি, হরাওবা লোইশিল্লকপগা লোয়ননা লাই অসি ফিরুক থুমগ্রগনি, লাই ফিরুক থুম্নবদি লাই হরাওবা লোইরে। মরম অতুনা লাই অসি ফিরুক থুম্বা নুমীদাং অতুদা লাই ঈশৈ অসি শকনা লোইগনি। লোইননা নিঙোল মচা, খঙজেলমচা, পুম্নমক পাউ শোন্নবগী অমদি লাই ঈশৈ শকপা পুম্নমক য়াওগনি মসিবু লাই ঈশৈ শকপা অমসুং পাউ শোনবা হায়না কৌই।

হরাওবা লোইশিনবগী পাউ শোনবা লাই ঈশৈ শকপা অসি নুমিদাং পুঙ মাপন্দগীনা পুঙ ২/৩ গী মতম ফাওবা শকই। খঙজেল মচাশিং নিঙোল মচাশিংবু পাউ শোনবা থৌরম অসিদা লাক্কবা নিঙোল মচা, খঙজেল মচা পুম্নমক ফাইন চাউনা (তানৈ) তৌনৈ।

পাউ শোনবা ঈশৈ শকপা লোয়রবদি খঙজেল মচা নিঙোল মচা খুদিংমক মাগী মাগী মুমদা হুম্মরগনি, হনবা য়াদবা লাই মনাই অতুখক্তনি।

'ইবুঙো পুইরৈরোম্বা' হরাওবগী অরোইবা নুমীৎকী পাউ শোনবগী থৌরম অতুদি অসিনি।

তরামথোইনি চনবা নুমীৎ অতুগী অয়ুক্তা মাগী মাগী শাগৈ শাগৈগী ওইনা লৈরিবা উমংলাই তরাহুমদোই অসি মাগী মাগী হায়গী মশা মশাগী খুভমদা অতুমক লেঙশিনগনি।

হরাওবা লোইরবা মতুং নুমীৎ হুম্নি শুবগী নুমীদাংদগী হৌনা লাই তানবগী চাউরবা থৌরম অমা ওইনা খঙজেলশিংগীদা ওইনা লৈরি। উমংলাই তরাহুমদোই অসিনা শরুক য়াতুনা হরাওবা অসি য়েংবা লাকই হায়নৈ লাইয়ামশিংগী মরক্তা অফবা কয়া ফত্তবা কয়া য়াওরম্বা য়াই, হায়তুনা লাইয়ামশিং অসিবু তান্থোকপগী থৌরম অমনি হায়নৈ, লাইয়ামশিংনা লৈরক লাংথোংদা উথোঙ ৱাথোঙদা থুপ্তুনা লৈবা খুদিংমকপু চংখিনবগীদমক্তা লাই তানবগী থবক অসি তৌরিবনি।

মসি খঙজেল মচাশিংনা পাংথোকপনি, লোয়ননা খুঙং অসিগী মায়কৈ চিথেক মরীমক্তা কোয়না চৎতুনা তান্থোকপনি, লাই তানবগী থবক থৌরম অসিবু নুমীৎ হুম্নি শুনা তান্দবা য়াদে।

**মাইবী চাকলোং কৎপা :**

ইবুঙো পুইরৈরোম্বা ঈশ্বর অসি চহি খুদিংগী লেপ্তুনা হরাওবা ঙমদ্রবদি উমংলাই তরাহুমদোইগী মাইবী তরাহুমদোইনা চহি খুদিংগী ওইনা হরাওবা ঙমদবা চহি কুমদা লাইগীদা ওইবা চাকলোং কৎপা হায়তুনা ইবুঙো পুইরৈরোম্বগী খুভমদা তৌই।

মাইবী চাকলোং কৎপগী থবক থৌরম থরা অসিদি খুলগী খুল্লাকপা অমদি কন্নাইবা মথোয় থরা অসিদনা অতুমক পাংথোকপা য়াই।

হায়রীবা থবক থৌরম অসিদা লাইগী ওইনা শাইরেল কৎন্ন-বগীদমক্তা ওক অমা তৌগনি, মতুগী থৌরম পুম্নমক অতু মাইবী তরাছুমদোইনা শেম শাগনি লোয়ননা অচা অথকশিং পুম্নমক হায়রিবা ইবুঙো পুইরৈরোম্বগী খুভম অসিদা কৎকনি, মাইবী চাকলোং কৎপগী থবক থৌরম অসিমক্তি খুলদগী পৈশা খায়নদে, মাইবী শিংনা থন্নরগা মখোয়দা ওইনা পাংথোকপা থবক থৌরম অমনি, মাইবী চাকলোং কৎপগী নিয়ম অস্নুম্না চৎনৈ।

# অরাঙবগী নিয়ম

খুঙ্গং অসিদা অরাঙবগী খুৎপু অসিদি থবক য়াম্না চিন্নি। মরুওইনা লমদম অসিগী অশি-অনা অমদি লুহোঙ থোঙদোংবগী অশিন অরাঙ খুদিংমক অরাঙবগী মথৌ ঙাক্কনি।

চৎনবী পথাব অমা ওইনা ঙসি ফাওবদা খুলগী নিয়ম কায়দনা চৎনরি। লম অমদি থৌ অসি মাগী মাগী লম লমগী নিয়ম নিতি থরদি অতুমক তোঙাল্লি। লমদম অসিগী অরাঙকম পুরেল অসিদি খুলগী খুল্লাকপা অমসুং কমনাইবশিংনা থনবনি। খুল অসিগী ওইনা থন্দুনা থমথবা অরাঙকম খুৎপু অসিনা মীয়ামগী সেবাদা অচৌবা থৌদাং লৌহন্দনা মীয়ামগী খুদোংচাবা কয়ামকম পীরি।

হৌজিক হৌজিক খুঙ্গং অসিগী ওইনা লৈরিবা অরাঙফম ওইরিবা মীশিঙ ৩০০/লোমগী মথক্তা লৈরি, হায়রিবা অরাঙফম অসি খুল অসিগী ওইনা চৈথারোলগী ওইনা খনবনি।

মরম অদুনা অরাঙফম খনবা মতমদা হায়গী ওইনা থবক পুরম্বা মখোয়না তোক্লবা তুংদা অমুক অনৌবা খনবনি। অরাঙফমদা লৈরিবা অহল ওইবা মখোয়না তোক্লবা তুংদা মখোয়না তোকখিবগীদমক্তা অনৌবা খনবা মীয়ামদা চাক খাঙবগী থবক অসি তৌই। লোয়ননা খুঙ্গং অসিগী ওইনা লৈরিবা নিঙোল মচাশিং য়াওনা পাংথোকই। চানা থকপগী মতেং পাংবা ওইনা নিঙোল মচাশিং অসিনস্থ শেনগী মতেং পীনৈ।

খুল অসিগী মকোক মরুশিং থুদিংমক য়াওনা পাংথোকই। চাম্মিনবগী থবক থৌরমশিং অদুদি অরাঙফম পুরেল ওইরিবা মহাক্কী য়ুমদা পাংথোকই।

অরাঙবগী মরুওইবা মথৌ অদুদি লমদম অসিগী ওইনা অশি-অনা থোরকপা মতমদা খুলগী ওইনা চাক ঈশিং থোং থাক্লনবা থম্লিবা পুজারি ফংক্লপকী থৌ চংপা অমা ওইনা য়ুম্বু অনি তান্নদুনা পুজারী মশিঙ ককনা লৈ তৌহন্দুনা অশিন অরাঙগী থবক নিংথিনা তৌহল্লি।

অরাঙফম অমদি পুজারি অনিগী মরক্তা খংনংচৈনবা থোরক্লবদি মদু খুলগী ওইনা লৈরিবা অরাঙফম পুরেলনা বিচার তৌই। লম হেন্দুনা লৈবা মখোয়শিং অদুদি পুরেলনা ফুবা চৈবা ঙমই। লম হেনবা মহাক অদু লৈকাই অদুদগী তাম্থোকপস্থ ঙমই ফুবা তারবদি মহাক অদু মীয়াম মমাঙদা ফুরিং কৌথোক্লগা কুনহন্দুনা কীবুন তারগা ফুনৈ মসি লমদম অসিগী অচৌবা চংনপথাব অমনি।

মরম অদুনা থবক থোক্লিবা য়ুম্বুগী অশিল অরাঙ তৌদুনা তেংবাংবা ঙম্লিবা চাওরবা ফুরুপ অমসুং খুংপু অমনি। অরাঙফম অসিনা সেম্বা সেবী তৌবা লোইরবা মতুংদা চৎনবী ওইনা য়ুম্নুনা দক্ষিনা 'দান' থর থর তৌনবা অসি চৎনৈ।

—x—

# খুনগী পুজারি

অরাঙফমগী খুংপু ফুরুপ চাউনা লৈবগুম্বা পুজারিগীসু অতুমক চপ মান্নানা লৈরি। পুজারি অসি নৌনা লৌখৎপা মতমদা ঈশৈ অমমম শক্কৈ, লৌখৎপা মতমদা ঈশৈ শক্তবা য়াদে।

অনৌবা পুজারী লৌখৎপা মহাক্তা শক্কদৌরিবা ঈশৈগী শৈহৌদা হো হায়না লাউরগা তে — ... হায়না লোইবা মতমদা য়াদে। ঈশৈ শক্কদৌরিবা মহাক অদু কা মকুনা শাবা লৈ পরেং অমা শারগা শিবিগনি মাঙোপ ময়ায়দা মায় নোংপোক ওল্লগা ঈশৈ অসি শক্কনি। অম্বুম্না পুজারি থনবগী থবক অসি পাংথোকই।

করিগুম্বা মতমদা কর্ম্মা অমা থোকপা মতমদা চাবা ঈশিং থোংবদা মাগী মাগী শিনকম তোঙান তোঙান্না থায়দোকই। চাক থোংবা মতমদা খ্বাইদগী পুজারি অহল অদুদি মখোয়দা মুমীং অদুগী থৌদাবা অমা ওইনা লৈগনি। পুজারীগী খ্বাইদগী নহা অদুনা পাখোল্লোই হায়না কৌই। চাক ঈশিং থোংবা য়েনবা পুম্নমক নহানা তোই। সোরাং কর্ম্মা খুদিংদা থবক অদু ঙম্নবগীদমক্তা অকরুবা মীশিং হাপ্পনা থমই।

খুল অসিগী ওইনা পুম্না খনগৎতুনা থম্নবা পুজারি মশীঙ অতুদি হৌজিক হৌজিক্তা ৪২৫/রোম লৈরি। থবক থৌরম অতুনা পীকপা চাউবগী, মতুং ইন্না মশীঙ কন্না নেক্নগা থবক অসি পাংথোক্লে। সোরাৎ কর্ম্মগী চাক ঈশিং থোংবা মতমদা পুজারিশিং অতু অহিং য়াইরেকপা চৎকনি। নোং ঙানবা অঙনবা অয়ুক্তা হৌগৎতুনা চিন য়া শেংদোক্লগা ঙন্না থোং-থাকপা হৌই। থোংবা থাকপা পুম্নমক লোইরবা তুংদা চাম্নবগী থৌরাং অসি তৌই।

চাক য়েনবা, লা থাবা, তৌম্নবগীদমক্তা পুজারি অসি নৎতবা লৈকাই অতুদা লৈরিবা লৈকাই মচাশিং হায়তুনা লৈরিবা মখোয়না লা থাবগী থবক তৌই। চাবা থকপা অতৈ থবক তৌদে, মীয়াম পুম্নমক্না চাবা থকপা লোইদ্রিবা ফাওবা লা থাবা মখোয়দি চাক চাবা য়াদে পুনীং অতুগী থৌরম অতু লোইদ্রিবা ফাওবা চৎপা য়াদে, মীয়াম্না চা থকপা লোয়রবা তুংদা পুজারীশিং লোয়ননা চৎকনি।

চাবা থকপনা লোয়রবা মতম অতুদা পুজারি অমম্তুং অরাঙবা অতুদি য়ুম্ন, অতুনা শিনবি লাংবীবগীদমক্তা মখোয়দা 'দান' দক্ষিনা তৌবা চৎনৈ। দান দক্ষিনা চাউনা তৌনদে চৎনবী পথাব অমা ওইনা লুপা ২/৫ ফাওবদমক তৌই; হায়রিবা থবক থৌরমশিং অসিবু পাংথোক্লবগীদমক্তা খুনগী ওইনা থম্লিবা চাউরবা খুৎপু অমনি।



# নুপীগী শিনফম চফু শাবা

মহৌশাদগী হৌনা খুন্দা লৈতাহুনা লৈরকপা মতমদগী ঙসি যাওবদা মরুওইনা লেপ্তুনা চথরিবা নুপীশিংগী শিনফম অসি চফু শাবা অসিনা মরুওইবা শিনফম অমা ওইরি।

ঙসিদগী য়ামদ্রবদা চহি লিংশিং ২০০০/রোমগী মমাঙদগী হৌনা চফু শাবগী খবক অসি কয়া চংনরক্লে হায়বগী প্রেমান ফংই মতুদি লুবাং নিংথৌ পুন্সিবগী হাকতক্তসু খুঙ্গং অসিনা শাবা চফু খরং অসি শাহুনা শিজিন্নরে, হায়রিবা মতম অদুদা য়ু অমসুং ঈশিং হাপ্তুনা শিজিন্নরমই লুবাং নিংথৌ পুন্সিবগী মমাঙদগী অন্দ্রোগী চফু অসি শাহুনা পুংথাকখ্রে হায়রি। মতম অদুদি ঙসিদগী চহি ২০০০/রোমগী মমাঙদগীনি হায়না থাজবা মোং পীনরী মতম অদুদগী হৌনা লমদম অসিগী নুপীশিংনা অচৌবা শিনফম অমা ওইনা লাকপদগী হৌজিক ফাওবা লেপ্তুনা চথরি। হৌজিক মনিপুরদা নত্তনা ভারতকী মফম কয়াদা অন্দ্রোগী চফু খরং অসি মমিং চংতুনা লৈরিবা অসিনি।

চফু শাবগী অকক্লবা নিয়ম খর লৈরি। মসিদি থোইদোক্না কা হেন্না লুদে চফু অসি শান্নবগীদমক্তা লৈবাক অসি তৌফম অমা লৈরি। মফম অসিবু ঙসি ঐথোয়না লৈতান পেকফম হায়না খঙনরি।

লৈতান পেকফম অসিদগী লৈবাক অসি তৌক্লরগা চফু অসি শারিবনি। চফু শানবা লৈবাক অসিবু মতম নাইদনা হেক্তা তৌবা য়াদে, মসিগীদমক্তা অকক্লবা শাগৈ খরনা লৈবাক থোঙ হাংবা হায়না তৌই। শাগৈ খর অদুদি ★ নিংথৌজম শাগৈ, ★ খুমুংখুম শাগৈ, ★ কানজাওবম শাগৈ অসিনি।

মথক্তা পঞ্জরিবা শাগৈ অহুম অসিনা লৈবাক থোঙ হাংবা হায়দুনা ইশান হান্না লৈবাক অসি তৌগনি। লৈবাক তৌবগী নিয়ম অসিন্থু কায়দনা অহুমক তৌই। লৈবাক থোঙ হাংবা হায়বা অসিন্থু খুল পুম্নমক্তা পাউথাং চেন্থোক্ত্না মাংজৌননা থংহনগনি। হায়রিবা শাগৈগী মীওইশিং অসিনা হান্না লৈবাক অসি তৌদুনা শিজিন্নরবা তুংদা মীপুম খুদিংমক লৈবাক অসি তৌদুনা শিজিন্নবা য়ারে, লৈবাক থোঙ হাংবগী নিয়ম অসিনি। লমদম অসিগী চক্ফু শাবগী নিয়ম অসিনা তাকপদি লৈবাক অসি অতৈ মফমশিংদগী পেক্ত্না শানদে লৈতান পেকফম অসিদগী পেক্ত্না শাবনি।

চক্ফু অসিবু শানন্নবগীদমক্তা উনা শাবা ফিট অমা মথায়রোম শাংবা তেপতাব কৌবা অমনা নুঙ কে: জিং মথায়রোম লুম্বা মতুম তাবা অমনা য়ৈরগা চক্ফু অসি শাবনি, লৈবাক থীংপগী মওঙ অহুদি মসিন্থু উকু হায়দুনা উগী খুদেং ফিট অনিরোম পাকপা ফিট মঙারোম শাংবা উকু মনুংদা লৈবাক অহুগা লৈজেং কুপ্না খবলবা লৈজেং মকুপ অসিগা চাং মান্নবা হাপ্নগা লৈবাক অহু তিঙদুনা থম্নবা লৈবাক অহুদা ঈশিং হৈজিন্দুনা নুমীৎ নিনি চুপ্না লৈবাক অহু থিৎতুনা থম্নবা মতুংদা শুবা-রারবা মতমদা উনা শাবা শুক অমনা য়াম্না পেৎনা থোৎপমখৈ শুরগা অমুক হন্না লৈতুম ওইনা তাশিন্দুনা লৈবাক অসি নপহল্লবা মতুংদা অফবা অনানবা উপাক অমগী মথক্তা থম্নগা খুৎনা মেৎল-মেৎলগা চক্ফু অসি শাবা হৌগৎকনি।

অহুম্না খুৎনা মেৎলগা শাগৎলিবা চক্ফু অসিগী মওঙ মতৌ অহু ফজন্নবগীদমক্তা মথক্তা পঞ্জখিবা তেপতাব অমস্তুং শুঙহুম অনি অসিনা ওই-য়েৎ পান্নদুনা চক্ফু অহু য়ৈথোক য়ৈশিন তৌরগা চক্ফু অসি শাই, চক্ফু য়ৈন্নবা উনা শাবা পোৎশক অসিবু 'তেপতাব' হায়না কৌই। মওং অহুম্না শারিবা

চক্‌ অসি চক্‌ মচাদগী চাউরবা থরুঙ হায়বদি মী অনিনা কাওবা পুবা ঙমদবা চক্‌ ফাওবা শাই, অসিগুম্বা চক্‌ অসি ঈশিং তেকচাও মঙা হেন্না চনবা চক্‌ থরুঙ ফাওবা শারি ।

শারিবা চক্‌ থরুঙ অসি শাবা লোয়রবা মতুংদা মুংশাদা নিংথিনা কংহল্লবা মতুংদা চক্‌ অসি মৈদা অমুক ইক্কনি । চক্‌ মৈ ইকপগী মরুওইবা নিয়ম খর লৈরি মড়দি ইক্কদোরিবা মফম অত্থু য়াম্না নাম্না শেংদোক্লবা মতুংদা চক্‌ মশীং য়াম্বা য়ামদবগী মতুং ইন্না পাক চাউবা অসুম খেন্নগনি । চক্‌ ইক্কদোরিবা মফম অত্থু য়াম্না কংবা মফম অমসু ওইহনগনি । চক্‌ ইক্কদোরিবা মফম অত্থু চক্ক অকংবা খর হান্না চাইথোক্কনি অসুম্না চাইথোক্লিবা চক্ক অত্থুগী মথক্তা শন্থি অকংবা খরসু চাং মান্ননা চাইথোক্কনি, অত্থুদগী ইক্কদোবিবা চক্‌শিং অত্থু মথং মনাও নাইনা অচৌ অচৌবা চক্‌না মখা থংনা চাং মান্ননা লোন-শিনগনি, মসি য়ামদ্রবদা মরোল মরীরোম ফাওবা লোল্লগা হাপ্‌না ইক্কে ।

চাং মান্ননা মরোল নাইনা হাপ্লবা চক্‌শিং অত্থু য়াম্না চেকশিন্না ইকোয় কোয়না অহোবা কারক্কচিংবা অনত্তা লৈহন্দনা য়ারিবনথৈ চেক-শিন্না হাপ্পা অসিনি হাপ্পা লোইরবা তুংদা চক্‌ অত্থু মৈ থাবা হোৌরকপদগী চক্‌ ইকপা অত্থু মী থাদোকপা য়াত্রে অহানবা হাপ্লীবা চক্‌ অত্থুগী চক্কশিং অত্থুনা মথং-মথং চাকহল্লবা তুংদা মথং মরোল নাইনা চক্‌না মুন্দ্রিবা ফাওবা মৈ লেপ্তনা পাগনি । চক্ক অত্থু অনিরক অহুমল্লক নমশিন্দুনা মৈ অসি থারগা চক্‌ অত্থুনা মুল্লকপা হায়বদি মচু ঙাঙলকপা মতমদা চক্‌ অত্থু মুল্লে হায়বা থংই । চক্‌গী মচু অত্থুনা মুনা লৈরবদি চক্‌ অত্থু মুন্দ্রি হায়বা থংই মুল্লবা চক্‌শিং অত্থুবু মচু অমুক শঙলনবা অমসুং কম্ননবা হায়ত্থুনা চক্‌ অসি মচু শঙই ।

মচু অসি শঙনবগীদমক্তা কুহী হায়না কৌবা 'উ' অমগী মকুনা ঈশিংদা তিঙলগা অশাবা মৈ মথক্তগী লৌথোরকপা চফুশিং অতুদা কুহী মহী অতু চাইশিন্দুনা চফু অতু মচু শঙজিল্লি। চফু অতুদা অশাবা কুহীগী মহী মচুম অতুনা চাইবা মতমদা কুহীগী মচুম অতু চফু অতুদা চুপশিন্দনা কনশিনহল্লি, অমসুং মচু ফজহল্লি। মসিবু ঐখোয়না চফু ইকপা হায়না কৌই, অসুম্না ইক্লবা চফুশিং অতুদি শিজিন্নবা য়ারে, মরুওইনা লমদম অসিগী মুপীশিংগী 'খুং-শা' হৈবগী থবক চফু শাবা অসিসু অমনি।

মরম অতুনা লমদম অসিগী মুপী নহা অমদি নহা অহল খাক্তুনা চফু শাবগী থবক অসি হৈনরি, অমসুং শানরি। লোয়নননা লমদম অসিগী চৎন-পথাব অমা ওইনা শানরম্বনা ঙসি ফাঙবদা লেপ্লা লৈতনা চফু শাবগী থবক অসি চথরি।

নিপাগী শিনফম ঃ

য়েলৌডৈ চহি চা-কয়াগী মমাঙদগী হৌনা লমদম অসিগী মরুওইবা অমা ওইনা চৎনরম্বা নিপাগী শিনফম অসিদি লৌউ শিংউবগী শিনফমনা মরুওইবা নিপাগী শিনফম অমা ওইনা লৈরমই।

নিপাগী শিনফমদা মরুওইনা শা তানবা, ঙা ফাবা, খোই তানবা, হায়রিবা শিনফম অসি মমাংঙৈদগী হৌনা চৎনরমই।

হায়রিবা মতম অতুদগী হৌনা মরুওইনা 'শা' তানবগী থবক্তা থরায় য়াওনা চৎনরকই, মতম অতুদা শা তানবদা চৎনরম্বা শিজিন্নরম্বা খুংগু খুংলাইশিং অতুদি মরুওইনা থাঙ-তা, অমসুং 'হু' তৈবা 'লিরুং-তেন' অসিনা মরুওইবা খুংলাই অমা ওইনা চৎনরকই।

মহৌশাদগী লমদম অসিগী চৎনবী পথাব অমা ওইনা লাকপনা মরম ওইরদুনা নহা অহল থাকনা 'লিকং তেন' পায়দুনা কাপ্পা অসিদি হৈনৈ। তেন অসি কাপ্পা মতমদা পাইরিবা লিকং অমস্তুং তেনজৈ অসিদা 'মন্ত্র' শোল্লগা ফাওবা শা কাপনৈ হায়না অথঙ অহৈশিংনা লিনরি।

চাউরাক্লা ওসিদগী চহি ২০০/রোমগী মতমদনি মতম অদুদা লমদম অসিদা মহৈ অসি অতুক্কী মতিক কল্লা শিজিন্নরমই, মখোয়না মহৈশিং অদু শিজিন্নদুনা শা তান্নরম্বগী ন্নংঙাইরবা ৱারী থর, পনবা য়াই।

নোংমগী কোরৌ মুমীৎ অমদা লমদম অসিগী অহল অনিনা মশা মশাগী মতিকচাবা খুৎলাই, হায়বদি লিকং তেন অমমম পাইদুনা নোংমাইজিং অসিগী থেনফম তামদা শা তাল্লমই। অহল অসিগী মমিং তোলেন কৌই অমগীনা যুগীন্দ্রো হায়না কৌই। মতম অদুগী হৈ শিংবা অমস্তুং পাঙ্গল কনবা মহৈ হৈবা ঙাক্তনি। অদুম্না যুগীন্দ্রোনা শা থৌরকই, হৈ শিংলবা পণ্ডিত তোলেন্না শা লুমই।

শা তাল্লিবা মফম অসিনা নোংমাইজিংগী থেনফম শম্নৈ ইংখোল অসি মতম অমদা লমদম অসিগী ইংখোল কোইফম অমা ওইরমই হায়নরিবা মফম অসিদনি। মফম অসি অমম্বী লোক্তা তাইনবা শা য়াম্না লৈবা মফম অমা ওইরমই।

মখোয় অনিনা ইহান হাম্না হেক থেংনবদা শজি অনি উরমই যুগীন্দ্রোনা শা লৈরে, খঙলবদা খো থেম্নগা লাউরকই! মতম অদুদা 'শা' অসি চেনফম খউদনা হায়বদি চেনবা ঙমদনা মখোয় অনিগী মাঙদা চোংলগা লৈরমই! য়াম্না খঙ হৈরবা তোল্লেনা তেন কাপকে তৌই। যুগীন্দ্রোনা লাউরকই। মহুদি খুৎলাই থাদনা শা অসি

ফাগদবনি হায়রকই । তোলেন খুংলাই পাইবগা ঙক্তানলা ঙক্তা লেখই । অহুবু থোইনা খৌশাংরবা, লৈতনা শা অসিদা মীং কুপ্তনা খানা য়েংলকই, ভাইহাক্তং শা অসিদা মীং চাননা য়েংলগা লু লুকথক্তনা সেকেও অমা লৈবা মতমদা শা অসি ঙম্বমথৈ মথোয়বু থাদোক্কনা মকম অহুদগী চেনখিরমই । তোলেম্মা মক্তপ যুম্নীত্রোদা চংলসি শা ফারে হায়রকই ।

যুম্নীত্রো বাহৈ অসি তাবদা হায়কেং ঙকতক তৌই; শা-ফারে চংলসি হায়রহুনা মথোয় অনিনা বারী শানা য়ুম য়োনরবা লাকখি হায়রি ।

মথোয়না ঙশাই তাক্লবা শক্তি অহু পণ্ডিত তোলেনগী যুমগী নোংপোক থংনা লৈবা ইংখোল চিথেক অমদা শক্তি শা অহু শিরগা লৈরম্মে ।

হায়রিবা থৌদোক অসি তাবদা কনানমু থাজনীঙাই লৈতে; থাজবগী বাংমদা লৈবা বাকম্মি হায়না খনগনি, অঙকপনি ! মতম অহুগী লাই গুরুশিংগী মহৈ মশিংদা, 'হৈ-শিংবা' হায়রিবা বারী খর অসিদগী ঐখোয়না থঙবা থাজবা লৈরে; মহুদি লমদম অসিদা লৈরম্বা মীওই অয়াম্বনা মহৈ মশিং মতিক চানা হৈরম্বী হায়বসি পীরিবা অমম্তং লৌরিবা বারী খর অসিনা শাখিনি ।

হৌজিক্কী মতম অসিদদি মাংলৈঙী মতৌগুম্বা শা, তানবা অমম্তং খোই তানবগী থবক অসি থবায় ইয়াঙ য়াওনরক্তে; 'শা তানবগী' থবক অসি নোংম নোংমগী অহুম থাদোক্করক্তনা হৌজিক্কি অরাংবা চীঙ কাহুনা শা তাম্নত্রে । মরম অহুনা মতমগী খোংচৎলা লেপ্তনা হোংলকখিবদগী জঙ্গলদা চংতুনা শা তানবগী থবক অসি থাদোক্ক-রকখি । শা তানবা নপ্তনা তাম্নত্রে; মমাঙৈগী মতমদদি শা তানবগী

খবক অশিদা অহুকী মস্তিক ধরায় য়াওনরমই। হৌক্লিক্লি শা তানবগী খবক অসি পুমথা খাদোকত্রে হায়বদি শা তানবগী খবক অসি খাদোকত্রে তায়খিদ্রে।



# কাঙজৈ কুম্মৈ

লমদম অসিগী মরু ওইবা হরাও কুম্মৈশিংগী মনুংদা কাঙজৈ কুম্মৈ অসিনা অচৌবা কুম্মৈ অমা ওইরি। মতম কয়াগী মঙাঙদগী হৌনা 'চৎপা-পথাব' অমা ওইনা লৈরম্নবা 'কাঙজৈ কুম্মৈ' অসি ঙসি কাওবদা মুৎপা লৈতনা শাম্নরিবা অসিনি। অগ্রো থুঙং অসিগী ওইনা লৈরিবা কাঙজৈ কুম্মৈ অসি পুথোকহনা শান্নবা হৌখিবা অসিদি মনিপুরগী ইতিহাসতা পন্নরম্বা 'নিংথৌ কাংবগী হাকততা হৌদোরকখিবনি হায়নসু লীনৈ মতম অহুদি ঙসিদগী চহি ৫০০০/রোমগী মমাঙদনি হায়না লমদম অসিগী পণ্ডিতশিংনসু হায়রীনৈ।

মনিপুরগী মচুংদা মরু ওইনা শীঙথানবা য়ারবা লমদম অসিগী মমিং চৎপা অচৌবা কুম্মৈ অমা ওইহনা লৈরি। লমদম অসিগী 'কাঙজৈ কুম্মৈ' অসিদি শান্নবগী মীশিঙদি কাঙলম তরেৎ তরেৎনা শাই। শান্নবগী নিয়মদা কাঙলম তরেৎ, তরেৎনা, শারিবা মওঙ অসিদি অথঙ অহৈ পণ্ডিতশিংনা লীনবা হায়রী লৈ, হায়রিবা কাঙলম তরেৎনা শান্নবগী মওঙ অহুনি হায়নৈ, লোয়ননা থোক্লিবা কাঙলম তরেৎ অসিদা লৈশাবী তরেৎনা লৈ পরেং হুকই। মসিবু স্নোয়ারেলগী মতৌ তমহনা হরাও মথোই কাহনা শাজরিবনি হায়নৈ অতেংপ্না

ঘরম অমনা লাইরাবশিংনা কাঙলম তরেৎ-তরেৎ অনি তরামরীনা খোক্তনা শান্নখিবদগী মতৌ তমতুনা লেপ্তুনা মীওইবা গ্রখোয়বা শান্নখিবনি হায়রৈ।

লমদম অসিগী চৎনবী পথাব অমা ওইনা মাগী মাগী চৈথারোল শান্নবা 'নহা অহল, শিঙনতুনা শান্নবা, পাখং অমত্তুং থৌমী 'শীঙন' তুনা শান্নবা, অসিনা মরু ওইরি। মহৌশাগী নিয়ম কায়দনা অহোংবা লৈতনা ঙসি কাওবা শান্নরি।

কাঙজৈ অসি শান্নত্রিবৈগী মমাঙদা কাঙজৈ শান্নকম শান্নবুঙদা থোক্লিত্রৈদা পার্টি অসিগী পুরেনগী মুমদা হয়েং শান্নবা তারবদি ঙসিদগী হৌনা কাঙজৈ অমত্তুং কাংক্রম অনিমক অতু 'খুব' কৎতুনা পুজা তৌতুনা থমে।

কাঙজৈ শান্নবা হুমীংতা ইহান হান্না পুখোকদৌরিবা অমদি খোক্ত-দৌরিবা কাঙলম তরেৎ অসিগী মী তরেৎ অসিদি মাঙজোননা খঙ্গুনা থমগ্রবনি।

ইহান হান্না খোকুদৌরিবা কাঙলম তরেৎ অসিগী পুমেল গুইরিবা পণ্ডিত অসিদা থুরুম খাজংনচিংবা লোইরবা তুংদা মহাক্না লুচিংতুনা মাঙ খারগা 'যাত্রা' ওইরগা থোকনি। মাগী মাগী মীচঙগী ওইনা পাল্লল থাখা তোঙান তোঙান লৈগনি, হায়রিবা কাঙলম তরেৎ অসিনা পাল্লল ২০/২০ গুমা শান্নগনি। পাল্লল ২০/ অসি শুবা হানখিবা পার্টি অতুনা ঙম্বা শকই। পাল্লল ২০/শুহৌদবা কাঙকুনা পোবা হায়বদি ঙমদবা শকই। কাঙজৈ শানবা শান্নরোইশিংগী মরু ওইনা শেংপা ফিজোল অত্তুদি কৈজোম অঙৌবা অমা কিশি শেংলগা অঙৌবা অমনা কোয়েৎ য়েৎকনি, শান্নবগী ফিজোল অসিনি।

'যাত্রা' তৌচনা হায়া থোরকপা খাইদগী ইহান হায়া থোকপা হায়বসি মঙ্গোল ওইনবগী খাইদগী থাজবা প্রমান অমনুং খুদম অমা ওইনা লৌনৈ।

কাঙজৈ শান্নবা অসি মাগী মাগী চৈথারোল শান্নবা নত্তনা খুলগী অরাঙবা পুজারী হায়না খায়দোক্তনা লৈরিবা খুলগী থবক তৌরিবা খুংগু অনি অসিনা শিল লাওচনা শান্নবস্থ যাওই, খুংগু অনি শিওনচনা শান্নবা কাঙজৈ অসিবু অরাঙ, পুজারী কাঙজৈ শিওনবা হায়না কৌই। লোয়ননা কাঙজৈ অসিবু রেংনবগীদমক্তা খুঙ্গং অসিগী অহল পুন্নমক্তা বার্তন চংনৈ।

কাঙজৈ শান্নরিবা শান্নরোইশিংনা শান্নবা মতমদা কাংক্রম অত্থু আউট হায়বদি পান্নলগী বাংমদা তাপ্রবদি মহুবু পল্লানবা হায়না কৌই। কাঙক্রম অত্থু খুন্নবা মী অমমম তোঙান তোঙান খন্দুনা থয়ে, কাঙক্রক্রম খুনবা মহাক্তা কাঙক্রম অত্থু খুল্লগা অসুম্না লংই। মহুদি 'হল্লে, রুম' হায়না লাউরগা লুনবগী মরমদি কাঙক্রম অসিনা অমুক হন্না মপান্দা হায়বদি আউট তাদনবা অমদি হেন্দোকখিদনবা লাউবনি হায়নৈ। মসিবু কাঙজৈ শান্নবগী পল্লানবা হায়না কৌই।

ঙসি ফাওবদা মনিপুরগী মতুংদা খাইদগী চাওনা মমিং লৈরবা অপ্রোগী 'কাংজৈ কুম্মৈ' অসি হৌজিক ফাওবা লেপ্তনা হান্নগী 'চংনবী পথাব' ফায়দনা থরায় য়াওনা শান্নবা হেনগংলক্রি। লোয়ননা 'ভিডিয়ো, অমসুং সিনেমা' ফাওবা নম্নরে; লমদম অসিগী ওইনা লৈরক্লবা ইপা ইপুশিংগী অমদি অরিবা মীয়োল কয়া কয়ামগী চংনরক্লবা লমদম অসিগী অচৌবা কুম্মৈ অসি কাঙজৈ কুম্মৈ ওইরি।

কাঙজৈ কুম্মৈ অসি শান্নবগী অকক্লবা মতম লৈরি, মসি চহি চহিগী ওইনা কালেন থাদা শানৈ, অতৈ মতমদদি শান্নদে, লমদম অসিগী ওইনা চাউরবা 'চংনা-পথাব' অমা ওইনা লৈরকপনা মরম

ওইদুনা কুমে অসি ময়ামবা মতমদা লমদম অসিগী মীওইশিংগা মওনা অতোন অতোয়বা লমদমগী মীওই কয়াবক্কমত্ত য়েংবা লাক্নই।

কাওইজ কুমে অসিবু য়েংবা লাক্নবা মীশীং অছুদি মায়মরবদা মী লিশিং (৩,০০০) অহুম লোমনবী নরঙ্গা তিনবনি, মরম অদুনা লমদম অসিগী ওইনা মীয়োল কয়া কয়াদগী চংনরকপা অচৌবা কুমে অসি 'কাওইজ কুমে' অসিন অমনি।

---

# অরিবা য়ুমশা মওঙ

চহি লিশিং কয়াগী মমাঙদগী লমদম অসিগী অরিবা মীওইশিং অসিনা মথল মথা কয়াগী য়ুম মওঙ কয়া শাগ্নরমই।

খুন্দা লৈতাররকপদগী লৈরক্লবা মীওইশিং অসিনা লমদম অসিদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈবা হৌরকপদগী চংনরকখিবা য়ুমশাবগী মওঙ অদুদি 'চকপা সনা পোকপা' মৈতৈ অরিবগী মৈতৈ য়ুমশা মওঙ অসিনি হায়রনরি। চকপা মৈতৈ অরিবগী ফুরুপ অসি হৌজিক্কী লীনরিব পুরাগী বাগীগী মতুং ইন্না 'কলি যুগ' অসিনা লোইশিল্লকপগী মতম অ'স কাওবদা লমদমসিগী চংবী পথাপ অমা ওইনা ভাক্তনা তুংগী চারোল গুরোল কাওবদা মুংনাইদনা লৈহোনবা শাগ্নবনি হায়রি।

খুন্দাদুনা লৈরকপদগী শানরকখিবা য়ুম মওঙ অদুগী উনা বানাবা খাড়পোক ওইনা শারগা লৈবা হৌরকখি হায়না লমদম অসিগী অসিগী অখঙ অহৈ পণ্ডিতশিংনা হায়রীনৈ। উনা বানাবা শাগ্নবা য়ুমশিং

অশিবগী ইরুজবা অসি পাংথোং কাল অসিদা অশিবা হকচাং অসিনা নীঙথিবা তাবংপিরুনা কমহলগা পুন্থু পুন্থু সাবা ঈনিং সুরগা লুকুইরে মনা হায়গা পুংপা তেঙবীবা শোংনা ঈক-সুবোংবীগী ইরুজবা লোইরগা তুংদা শয় থুজিনরকিবা শোংবা কক্কংলিগনি লোয়ননা কোক শথক্লেং নাকনা হাংপিরগা চলোকচিংবা নীঙথীনা থিনবিগনি।

অশিবা অহুনা নিপা ওইরবদি কৈজোম অচৌবা পুমক্লাং লিং-লিগনি। কোকী কোয়েংনচিংবা গুনা য়েংকনি অশিরনা শেংপা ঈনবা হি অসিবু নোঙাখি হায়বা কৌই। ইরুজবা অমসুং কিরোল শুনা শেংপা লোইরবা মতুংদা পাংথোং কাল অসিদা তাইহাক্কং কমহলগা লাই তানবা অমসুং নিপাগী শা তানবগী মণ্ড অসি তৌই।

'শা তানবা' অসিদি অখণ্ড-অহে পণ্ডিত অমনা লিকং তেন অহুক কাওনা শা তানবগী মণ্ড অসি তৌই। লোয়ননা লাই তানবগী থবক্স তৌই। লাই তানবগী থবক অসি অডাং শিঁবদি থোইনা তৌনদে, অদন ওইবা মীনা শিরগা অয়াম্বা তৌনৈ লাই তানবা শা কাপ্পগী মণ্ড অতুদি অহুম্বা লাওরগা তেন অসি পায়-থংতুনা কাপই ওক —। হা — হা — হা। হায়না অহুক হুয়া লাপরগা শা-কাপ্পা লাই তানবগী থবক অসি তৌই।

তেন পায়তুনা কাপকদোরিবা পণ্ডিত মাইবা অসিনু কোয়েং থুদৈ য়েংকনি লোয়ননা খোয়োম লোঙগা তৌগনি। লাই তানবগী তেন কাপ্পা অসি লোয়রবা তুংদা অমুক হন্না অশিবা হকচাং অসি শুমাঙগী অশিবা থক্সম খাঙেনকম অসিদা শারিবা মকমসিদা পুশিন্দুনা থমগনি লোয়ননা অশিবগী কু অহু শাবা লোইত্রিবা কাওবা শঙ মচা অসিদা থমগনি।

অশিবা হকচাং অসিনা হিপহনখদোরিবা মকম অমুদা 'হাওকক' হায়না কৌবা বাণী পয়ানা শাবা কক অমা থাগনি, লোয়ননা কক অসিগী মথক্তা শায়থা, ময়োল অহুম লোল্লগা থানৈ, গুপ্লিবা কৈজুপম্ মরোল অহুম লোল্লগা গুপ্নীগনি। মথক্তা থরম্ পনজগ্রে, মতুংদি কোক অহু অবাং গুল্লগা লফু মকক অমদা অশিবগী কোক অহু মোন ওইনা থাডহল্লি।

অশিবগী হকচাং অহুনা লোংনা হিপহল্লি, অশিবা অসিগী লাই-বক্তা পৈশা অচোইবা থর, নপ্নীগনি, য়াদা থর উমহাল্লি, থবাক্তা পৈশা থর, থোয়দোদা পৈশা থর, খুৎতা থর পাইহল্লি। লোয়ননা ফুরীংথাও মমুংদা পৈশা অচোইবা থরম্ হাপ্লিগনি, চুরুট থকপা মী ওইরগা চুরুট বেরী থরম্ ফুরীংথাও মমুংদা হাপনৈ।

অশিবা হকচাং থম্লিবা শঙগী পুখুমদা য়েংদো মকক অনিনা ফিট অমরোম থর হেম্মা লাংনা নাহোঙ অরাঙবা অমনা য়াম্বহুনা থমই।

য়াম্লিবা নাহোং অসিনা অশিবগী মোংকমদা হুমীং খুদিংগী চাক ইকপা, হায়বদি অশিবগী চাক থাবা, চৎপা মতমদা হায়রিবা নাহোং অসি লেঙবান্দা য়ান্দুনা চৎপনি মসিবু অশিবগী চাকথা ফি হায়নম্ কৌই।

অশিবগী কু-শাবগী নিয়মদি অহুম্মা চৎনৈ, কু অসি শাম্বগী-দমক্তা অয়াবা 'উ' অমা হেক্তা য়াম্লগা 'কু' অসি শানৈ, 'কু-শাবা' অসিদি লৈকাইগী অহৈবা অহল থরনা নীংথিনা চাং মাপ্পনা শাহুনা কজনবা হোৎনৈ। কুগী উপাক অহু শাবা লোয়রবা মতুংদা কু অহুদা ময়েক থর অসি য়েরুবগীদমক্তা গুহু থর, য়াইউং থর, মৈতান থর, গুগায়রগা কু-গী উপাক অনি অসিদা কারল চিংহুনা চাং মাপ্পনা য়েকনি, অহুম্মা য়েকপা 'কু' অসিবু কৈরেল, কৈজাও য়েকপা হায়না (থঙনৈ) কৌই। অহুম্মা য়েকপা অমদি শেম শাবা লোয়রবা

মকুংদা অশিবা হকচাং অসি কু মফুংদা হাপ্লবা মতমদা কু অহুগী মথক্তী অকোয়বা অহুদা উতং থাপ্পি পাম্নে। মরোল অহুম কাম্লগা কাম্লগ লাইনা চিংলগা পুনগনি।

পুনবা অহু লোইরবা মতমদা অশিবগী কোক লাম্না ফিবুল অমনা হুনগনি মসিবু অশিবগী কীবুল ওকপা হায়না কৌই। মসি মী অনিনা খুং, য়েং ওই লায়ে, অসুম্না কীবুল ওরবগী কীবুল লাম্বা অসি নিপা ওইরগা মণ্ডারক হুম্নগনি, নুপী ওইরগা তরুকলক্ কোয়রগা পীনগনি।

কীবুল অসি লাম্নবগী মরুওইবা মরমদি অসিনি অশিবা মী অসিনা হুয়েং মতম অমদা হায়বদি শিবদা মীনা চায়োল শুরোল তাথরকপা মতমদা অতেক অক্লায় হঞ্জিন্দনবনি হায়নৈ। নিপানা শিরগা মণ্ডারক কোম্ন নুপীনা তরুকলক কোয়নৈ, মসি মানা পোকপা মতম অহুগী য়ুবানগী নুমীৎ অসিব্ন লোরগা তৌবা ডাক্কনি অশিবগী মরক্তা নুঙাইনা লৈকনবগীদমক্তা পাঙথোক্লিবা থৌরম অমনি হায়নস্থু লৌই।

তশেংনমক মসি অশিবা মীগী ওইনা মহাক্কী লাঙোনগী ওইনা অকবা খোঙচৎ পীবনি হায়নস্থু পণ্ডিতশিংনা লিনরি।

**পোংথোক্লোইবা নত্রগা সংস্কার তৌবা ঃ**

'মোংফম' পোং লোইফম অসিগী অকোয়বা চিথেক মরীমক্তা ফিরাল মরী য়ুংগনি মসিবু থাকন হায়নস্থ খঙনৈ, ফিরাল অসিগী মমিং অসিবু 'চান্দ্ৰবা' হায়নস্থ কৌই। মসিবু চন্দ্রবা য়ুংবা হায়না খঙনৈ। পোং লোয়ফমদা. অশিবা হকচাং থম্লিবা শিঙ্গঙ অসিগী অকোয়বদা খাঙমুক থাংনা চিথেক মরীদা চুক মচা মরী য়ুংগনি শিঙ্গঙ অসিগা থাংবা মাম্লনা চুক অসি য়ুংলগা লশিংনা নাইবা 'লং অহিংবা'

লংছুমগী লংনা মঙারক কোয়রগা থিংগনি৹ থিংলিবা লং অসি থিংবা মতমদা তংছুনবা য়াদে, থিংলিবা লং অসিগী মরমদা পুন্তিত্লিংনা লৌনবা য়ারী অমা লৈ।

থিংলিবা লংলানা মঙারক কোয়রিবা অসিদি মীওইবগী হকচাংদা থিংলিবা ইন্দ্রীগী থবায় ওইনা লৈরিবা অনি থবায় মঙা গুই হায়না পন্ডিতশিংনা লৌনৈ৹ মীওইবগী থবায় ইন্দ্রী মঙা অসিনা কোয়রগা থিংলিবা লংলা মঙা অসিমু অশিবগী হকচাংগী অকোয়রবদা থবায় মঙা অসিনা লেঙদনা লৈননবা লংলা মঙা অসিনা লেঙদনা লৈরগুম অশিবগী থবায়না মঙলান ওইনা লৈসনু হায়না হায়নরক্নগীদমক্তা লং অহিংবগী লংলা অসিনা কোয়না থিংছনা পুম্নমখনি হায়নরি।

অশিবা হকচাংনা মোংকমদা পুরমদাইগী মতমদা লৈকাইগী অশি অনাগী তোঙাম্না থম্নিবা মকোক ওইনা লৈরিবা লৈকাই শৌজুবা হায়না লৈরিবা মহাক্না অশিবা হকচাং অসিবু মথা তাবা মীওইশিংদা পুম্নমখা থৌদাবা অসিনি। অশিবা হকচাং অসি মী তরুক চঙছনা পুগনি। পুবা মতমদা শুক অহুম চঙগনি 'কু' অসিগী মম্যাংদা শুক অহুম অসিনা লোম্লগা শুক অমদা মী অনি অনিনা লপ্পা ওইরগা পুগনি।

'পোং লোইবগী' থবক অহুদি মাগী মাগী শাগৈগী অথুম্নবা মী ওইনা থম্নে। খুদম ওইনা হায়রবদা ফানজোবম শাগৈগী মী শিন্নবদি৹ শারুকমনা পোংলোইনৈ৹ মরম অসি নিঙোল মতুং ইনবা মহাক্না পোং-লোয়গনি। পোং লোইরিবা মী অহুবু ঐথোয়না 'মকশা' হায়না কৌই।

অশিবা হকচাং অসি পুখোকপা মতম্‌দগী মকশা ওইরিবা মহাক অহূনা মকোক চিংহূনা মাঙ থারগা চৎনৈ য়েম্পাক অমা লেজবাম্‌দা য়াল্লগা চৎপনি ।

মাঙ থাল্লিবা মহাক অহূনা লং অহিংবা লংছুম অমনা মোংক্রম য়োঁবা কাওবা তংহন্দনা জিংহূনা চৎকনি । 'পোৎ' লোইবগী থবক অসি মকশা অসিনা লোইগনি । থর নহা ওইবা মকশা অমনা অশিবা হকচাং অসিবু থাননবা মৈচাক শীঙ হায়হূনা মুমদগী অকংবা শীঙ থর পুরগা চৎনৈ, মুমদগী অথম্‌না পুল্লিবা শীঙ অসিনা মৈচম ওইনা মৈ অসি হৌগনি ।

পোৎ লোইগদৌরিবা মোংফম অসিগী লুখুমদা অচৌবা কোম অমন্থ তৌনৈ । কোম অসি অশিবা মী অসিগী খোঙ হাম্‌ফমি হায়নৈ, মসিবু অশিবগী 'হোংহাম্পাৎ' হায়নন্থ খঙনৈ ।

মপা শিবা তারবদি মচা নিপানা অশিবগী 'মৈ' কোয়গনি, শাগৈগী মীনা মৈ কোয়বা য়াদে; সংস্কার লোয়রবা মতুংদা পোৎ লোইরিবা মকম অসিদা হৈ, লৈ হূনবা হায়হূনা মোংফমদা অমুক হন্না চৎকনি মসিবু অশিবগী লৈ হূনবা কোই । অশিবা মীগী শরুক তম্বা ওইনা চাকয়োম অমদি মু থর য়াওগনি, মসিবু অশিবগী চাকয়োম মুখোম য়োম্বা কৌই, চাকয়োম, অসিদা ঙা থোংবা, য়েন থোংবা অমদি অহাও অথুম্লচিংবা অচা-অথক হৈরা, মথল হূনা হাপ্নে ।

'মকশানা পোৎ লোইবা লোইরবা মতুংদা মোংকম অসি নাম্না বাই তৈথোক্লগা হৈ, কৈ, নীঙথিনা থাগনি, লোয়ননা –

★ খোয়দৌবা পানা অমা থাই,
★ লুখুমদা পানা অমা থাই,
★ থুয়াদা পানা অমগা থানৈ ।

হৈ লৈনচিংবা থাহনা কংপা লোয়রবদি মকশা অতু য়ুমদা কারকপা য়ারে৹ য়ু কারকপা মতমদা চুরী তাকম মপাদা য়ু থর হৈগনি৹ য়ু অসি হৈথরকপগা লোয়ননা মকশানা মাঙ্গোলদা কারক্কনি। মকশানা মাঙ্গোলদা কারকপা মতমদা মাঙ্গোল মাংশোক হায়না থঙনরিবা মপালগী কক্তোঙ মপাদা মকশা অহল পুরীং অহুনা অবাং পাংনা ফমগনি৹ মকশা নহা অহুনা থা পাংনা ফমগনি৹ লোয়ননা য়েৎথঙ মনা থরগনা হায়দোক্‌না শেংগনি শেংবা মতমদা য়ু থর য়াওনা শেংগনি৹ শেংবা লোইরবা মতমদা য়ুম্বু অহুনা মকশা অসিদা পীনীঙবা পোংচৈ থরম্ভু 'দান' ওইনা পীনবা অসি চংনৈ।

পোং* লোইবা লোয়শিল্লকপা মতম অহুদা মাগী মপা মচাশিংনা পোং লোয়কম মোংকম অহুদা লৈশু হুনবা অসি চংনৈ পোং লোয়বা লোয়রহুনা মকশানা য়ুম্ব কারকপা মতমদা চাক থরগা য়েঞ্জাং থরগা চাক হুনবা হায়হুনা মপানগী মঙ্গোল মাংসোক অহুদা মকশানা কয়গা চাক অসি হুনগনি৹ নিপা ওইরগা মঙারক হুনগনি নুপী ওইরগা তরুকলক হুনগনি হৌজিক ফাওবা হায়রিবা চংনবী নিয়মশিং অসি অমতা কায়দনা চংনরি।

ওসিদগী চাওরাক্পা চহি ১০০/রোমগী মমাঙদদি শিবা মতমদা অশিবগী পোং লোইবা লোইরকপা মতমদা 'লু খুনবা' হায়না চংনবী অমন্থ লৈরমই।

* 'লু খুনবা' হায়বা চংনবী অসিদি মোংকম অহুদা অশিবা অহুনা পোং লোইবা লোইরকুপা মতমদা লাইবক্তী শরু অসি শেংনা চায়গা লোবা অসি চংনরমই। হায়রিবা শরু অসি খুনবা চংপা অসিদি পোং লোইবা চাকপা লোইশিল্লকপদা তুমহন্দবা 'শরু' থর অহু খুল্লগা য়ুমদা পুরকপা অসিনি।

হাল্লরিবা শরুশিং অসি খুনবা মতমদা খুৎনা জৌরগা খুনবা য়াদে, পোৎ লোইবগী মৈ শেয়নবা 'মৈহনচৈ' অসিনা কোচি ওইনা শেয়গা শরুশিং অদু চপ চপ্পনা খুনবা অসিনি। খুল্লিবা শরুশিং অসি য়ুনা শেংনা চামথোক্কনি লোয়ননা কংহল্লগা চেংনা লুবাক অমদা হাপ্তনা থম্মৈ, অদুগা থম্লিবা শরুশিং অসি মহাক্কী কীরোই শোনবগী মতম মপোক কুমওন অদু য়োরকপা মতমদা শরুশিং অসি অমুক হন্না মোংফমদা পুদুনা হৈ, লৈ কৎলগা কুম্মোন নুমীৎ অদুদা শরুশিং অসি তুম্না থাদোকই হায়নৈ।

অসুম্না থাদোকখিবগী মরমদি অশিবা মহাক্কা সোরাংগী মতুংদা কীরোই নত্রগা কুম্মোনগী মতম অসিদদি অশিবা অসিগী দায় পুন্নমক লোয়রে; হায়বদি মহাক্কী মথৌ মওম লোইশিল্লে, মরম অদুনা খুনহৌবা শরুশিং অসি নুমীৎ অসিদগী কোইরে, হায়না লৌবদগী নুমীৎ অসিদা শরুশিং অসি মৈ থারিবনি।

হৌজিক্তি 'লু' খুনবগী থবক অসিদি তৌনদ্রে; অমঙুং চৎনদ্রে; মতম অমদদি লমদম অসিগী চৎনবী অমা ওইনা কন্না চৎনরমই।

হেক শিবা মুমীৎতগী হৌদুনা নুমীৎ মঙানি শুদ্রিবা কাওবদি মোংফমদা চৎতুনা অশিবগী চাক থাবা হায়দুনা চৎনরমই। মসি কেক্কাম অমদা চাক, মেক্রুপ হাপ্লগা মৈতান অচাকপা অমা হাপ্লগা চাকহন্দুনা মোংফমদা থানৈ, মসিবু অশিবগী চাক ইকপা হায়না কৌই।

**শোরাৎ শোনবা :**

শোরাৎ শোনবগী নিয়ম অসিদি নিপা শিবা ওইরগা নুমীৎ মঙানি শুবা নুমীত্তা শোননৈ, নুপী ওইরগা নুমীৎ তরুকনি শুবা নুমিত্তা

লোনটৈ সোরাং অসি লোনবা মতমদগী মকুণা 'পোং লোইবা' মখোয় অনিমক য়াওদবা য়ারে। সোরাং সুমিৎ য়ৌরিক্তৈ। মখোনি সুবা মুমিন্দা শিরিবা মুম অহুম 'লাই-তিন' লেংলোকটৈ। মহাক্না মুম লেংবা লোয়রবা ভুংলমদি মথক খুদিংমক তৌবা য়ারে। মুম লেংবগী নিয়ম অসিনি।

লৈরিবা মুম অসিগী ইমাঙথোঙ ওইরিবা থোঙ অসিগী থোকফম মথেল্লোমখংবা করাং ময়াদা ইমা শাবা মকতোঙ অমদা লাইগী পোলাং হায়মমুনা পোলাং মচা অমা য়ান্দনা থমই। মসিমু অশিবগী হকচাং পোলাংনি হায়না প্রমান তৌনৈ।

য়াম্লিবা পোলাং অসিদি অশিবগী থবায়না লাক্লগা য়াম্লিবা পোলাং অসিদা লৈরে হায়নমু প্রমান পীনৈ। হায়রিবা পোলাং মচা অসি মী অসিনা শিবা সুমীৎতা শারগা থেংথিবা পোলাংনি। হায়রিবা পোলাং অসি সোরাং সুমীৎ ফাওবা লেঙদনা য়ান্দনা থম্মৈ। সোরাং সুমীৎ য়ৌদ্রিক্তৈ। মরীনি শুবা সুমীৎকী সুমীদাংদগী পোলাং য়াম্লিবা অসি লৌথরগা ইমুং অহুগী খা থংনা লৈবা থাক্তেনফম মপাদা 'খুব' থাংনৈ থান্দনা অহিং অমা পুজা তৌরগা থমই। করাং ময়াদা য়ান্দনা থম্লিবা 'লাই-পোলাং' অসি নিপাগী ওইরগা ফি কৈক্তোন মচা অমনা পোলাং অসি ইকোয় কোয়না য়েংশিনবিগনি।

মুনী ওইরগা ফনেক, অমদি ইন্নফী মচা অমনা কোয়না য়েংশিনগনি। 'পোলাং' য়ানবগী মফম ওইবা নিয়মশিং অমু মথক্তা হায়জরে মরীনি শুরা সুমীৎতা লাই পোলাং অসি লৌথোক্লগা পোলাং অসিদা হাপ্লিবা অথুম অহাও, অচা অথক পুম্নমক মতানি শুবা সোরাং সুমীৎকী অয়ুক্তা অচা অথক থম্মা হাপ্লিবা পোলাং অসি মখাদা শাইগে অসিগী মীওই নক্কবা, অতোম্মা শাইগেগী শঙন-চান্নবা মীওই অমনা অচা অথক থম্মা

হাপ্লিবা পোলাং অসি অশিবগী পোং লোইকম মোংফমদা পুতুনা অমুক কথোকপা অসিনি। মসিবু অশিবা মী অতুগী মঙানি শুবা সোরাং মুমীংনী 'মংশা কংপা' হায়না কৌই। লাই পোলাং অসি মংদা কংলি হায়তুনা মংশা কংপা হায়না কৌরিবনি।

হায়রিবা লাইগী ওইবা পোলাং অসি সোরাং মুমীংকী চাক ঈশিং চাবা থকপা লোইরবা মতম হায়বদি চাক থোংবা পুজারিশিং অসিনা মুম চংনজিংবগী মতম অতুদা মাঙোপ অসিগী ময়ায় ফাওরগা পুজারিশিংনা ফংলিবা মফম অসি লাল্লগা লাই পোলাং অসি পুতুনা চংকনি। মাগী ইমুং মহুংশিংগী অঙাংশিংনা পোলাং অসিদা হাপ্লিবা অচা অপৰ্কাশিং অাস অমতা চাবা য়াদে, লাই পোলাং অসিদি সোরাং খুদিংমক্তা য়াঙদবা য়াদে, মথক্তসু পঞ্জপ্রে। মসিবু লাইগী 'মংশা কংপা' অমসুং পুথোকপা হায়না কৌই।

সোরাং মুমীং অসিগী ওইনা অমুক চাক চানব্রিবৈ মতম ঙাইবা ওইনা অহল লম্মনশিংগী ওইনা চাক ঙাইবগী নাম তাবা অসি তৌনৈ, অসিগুম্বা ঝারী লাইরিক তাবগী নিয়ম অসিদি মমাঙৈদগী হৌনা অতুম চংনরকই ঙসিদগী চহি ১০০/রোনগী মমাঙদদি লমদম অসিগী মীওইশিংনা শকপা খোঙজোম, পেনা, তাবা অসিসু চংনরমই হায়নৈ।

হৌজিক্তি খোঙজোম, পেনা, চংনদ্রে ঝারী লাইরিক তাবদ। হেন্না চংনদ্রে, সোরাং মুমীং অসিগী ওইনা অশিন অরাঙ তৌ[illegible]। মথোয় অতুদি অরাঙফম অসিনা অশিল অরাঙ পুম্নমক তৌ[illegible]ই। চাক ঈশিং থোংবা অমসুং য়েনবগী থবক অসিনা পুজারি[illegible]। অয়াম্বা তৌই।

শম্মা হায়রবদা করিগুম্বা অশি অনাগী থবক থৌরম থুদিংমক য়ুম্বু অহুগী ওইনা মশীঙ য়াম্বা য়ামদবগী মতুং ইন্না পূজারিগী অকক্নবা মশিঙ অসি নেক্তনা তৌই, শম্মা হায়রবদা থবক থৌরম অমদা চেঙ চেঙকোক মঙা শুরে হায়না লৌরসি, অদু ওইরবদি চেঙ চেঙকোক অমদা পূজারিগী মশিঙ অসি পূজারি তহুম অহুমগী চাংদা তৌনৈ চেঙ চেঙকোক মঙাগী পূজারি তরামঙারোম ওইগনি। পূজারিশিং অসিন্থু থবক চাউবা শীকপগী মতুং ইন্না মশীঙ থেরৈ। চংনবী পথাব অমা ওইনা পূজারিশিংগী থবক লোইরবা মতমদা থবক থোক্লিবা য়ুম্বু অহুনা অরামগ ওইনা পূজারিশিংদা দখিনা দান তৌবা অসি চংনৈ।

তৌনরিবা পৈশাগী দান অসি পৈশা যামই য়ামদে হায়বগী অকক্নবা লৈতে, করিগুম্বদা দান ইতো তৌজরবস্থ য়াই, অদুবু মুঙাইতে হায়বগীদমক্তা তৌনরম্বনি। মসিবু লমদম অসিগী খ্বাইদগী ফজরবা 'চংন-পথাব' অমনি।

সোরাং শোনবা হায়হুনা অশিবা নিপা অহুনা মঙানি শুবা মুমীংতা য়ুবান থাখিবা মরম্মা মহাক্কী য়ুবান মুমীং অহুদগী লোরগা মঙানি শুবা মুমীং অসিগী মতম পুঙফম অসিবু লৌহুনা সোরাং অসি শোম্নরম্বনি হায়না লৌনৈ।

মুপীগীনা তরুক্লি শুবা নুমীংতা য়ুবান তৌখিবা মরম্মা মহাক্কা শিবা মুমীংতগী পারগা তরুক্লি শুবা মুমীংতা সোরাং অসি পাঙ-থোকই চংনবী অমা ওইনা লৈরম্বা মরম্মা অশিবা মহাক্কী য়ুবান নুমীং অসিবু লৌরগা সোরাং অসি শোম্নরম্বনি হায়না লিনরী।

লমদম অসিগী চৎনবী পথাপ অমা ওইনা ঙসি ফাওবদা মীয়ামগী ওইবা হায়বদি চাকচা হৈজানবা অমসুং সোরাৎ, কর্মনচিংবা খুদিংমক্তা খোঙগ্রাই থারগা (চল্লগা) চাক চাবা চৎনদে; অমসুং চন্নদে, নীঙ-কাঙনা খোঙ অনিনা চপ মান্নবা লৈমায়দা নেৎলগা য়াঙ তিঙনা কন্নগা চাক চাবা অসি চৎনৈ।

চাক চাবদা খোঙগ্রাই চল্লগা চাবা অসিগী ৱারী খর লৈ, মতুদি অহল, লমনশিং পুম্নমক্কুসু ব্যাবার লৈতবা অমা ওইনা লৌনৈ, চাক চাবা মতমদা নীঙ-কাঙনা কন্নগা চাক চাবনা হকচাংদা চাপ্রিবা পোৎ অমু নীঙখিনা তুম্বা ঙমই, অমসুং হকচাং শ্নাংই মুঙাই খোঙগ্রাই থারগা চাবনা পুক লুমহল্লি অমসুং চাউথোকহল্লি লোইননা অথু অকাই নঙদে; 'খোঙগ্রাই শৎলিঙৈদা শন্না ৱাই' হায়বা অরিবা অহনশিংগী পাউরৌ. অসি ভক্তনা পন্নৈ, মরম অদুনা লমদম অসিগী প্যারী পুরীদগী চৎনরক্লবা মীতোপ কয়ামক্তা তম্বদা ৱারবা অমদি অরিবা লমদম অসিগী 'চৎন-পথাব' পুম্নমক হৌজিক ফাওবদা ঙাক্কনুনা কায়হন্দনা চৎলি।

**কুমওন পালন তৌবা নৎক্রগা ক্লির্তোন শোনবা ঃ**

কুমওন শোনবা নত্রগা ক্লির্তোন তৌবা লোয়ননা ফীরোই হায়না মমিং খোল্লগা তৌনরম্লিবা মরুওইবা থবক থৌরম অসিদি সোরাৎ শোনবা লোইশ্রবা মতুং হায়বদি শিখিবা মী অদুনা চহি ফারক্লা মানা শিখিবা কুমগী থাশিঙ অদু য়ৌরকপা মতমদা পাঙথোকই।

মী অদুনা শিখিবা মুমীৎ অদুদগী হৌনা মহাক্কী চহিগী কুমওন মতম অদু য়ৌত্রিবা ফাওবদি অশিবা মহাক্কী ওইনা মুমীৎ খুদিংগী থাঙ্কেনকমদা অয়ুক অমসুং নুমীদাং খুদিংগী চাক শরুক তমত্তনা থাগনি।

চাক থাবগী থবক অসিদি ফিরোই, কুমওন অসি য়ৌথ্রিফাওবদি লেপ্পুনা থাগনি।

কুমওন শোনবা অসি ফিরোই তৌবা হায়নসু থওনৈ অদুগা 'ক্রির্তোন' হায়বা বাহৈ অসিদি সংক্বীত, লোন্নি, ফীরোই নভ্রগা কুমওন হায়বগা চপ মানৈ, হায়রিবা লোলশিং অসি অদুমক চৎনৈ। অশিবা মহাক্কা শিথিবা চহিগী ওইনা নুমীৎ ৩৬৫/নি অসিগী মনুং ফাওবদা অশিবা মহাক্কী আথ্বা থবায়না মাগী মপোক লোইদ্রিং মপোক কুমওন অসি কাওবা য়ুম ইংখোল অসিগী মনুংদা লাইগী শায়া ওইনা পাইরগা লৈ হায়নৈ। মসিগীদমক্তা ফীবেই, কুমওন অসি শোন্নরিবনি।

হায়রিবা থবক থৌরম অসিদি সোরাৎ কম্সগা খবদি হেন্নদা লৈ, মাগী মাগী চহি কুমওন অসি লাকপগা চহি মতম অদু য়োরকপদা থবায়না লাইরম্বেন্দা। নুভাইনা তিন্দুনা লৈশ্রমনু হায়বগীদমক্তা মহাকপু ঐখোয়না থবায়গী পোন্থা ওইশ্রগনি হায়বগীদমক্তা ফীরোই কুমওন অসি পাওথোকপনি, মহাক ঐখোয়গী তাইবঙ থবক্তা চহ্নবনি, হকচাং পোলাং-দমক ওইরবা থবায় য়াওদ্রবা হকচাংগী মমি অসিনা নীং তমনা পাইদুনা লৈরুরবসু হায়না ঐখোয়না অশিবগী থবায়দা অশিবদি পীনরম্বনি হায়না লৌনরমই।

ফীরোই, অসি শোনগদবা নোংমা বাংলিউ হায়বদি হয়েং থোক্লবদি ওসি অসি ফীরোই অসিগী বার্তন হৌবা নভ্রগা লৈ হৌবা অসি থোকই। ফিরোইগী লৈ হৌবা নুমীৎ অসিদা নাম থিনগৎপা হায়দুনা অশিবগী থবায়না সর্গদা মুঙাইনা লৈক্কনবগীদমক্তা নাম অসি থিনগৎনৈ, মসিগীদমক্তা অঙৌবা মচুগী অশেম্বা ফীরান তরোল অমুম লোল্লগা ফীরাল অসি য়ুংখৎলগা মোয়বুঙ চন্দনচিংবা খোংদুনা পণ্ডিতনা পাওথোকই। ফীরাল অসিগী মমাঙদা পণ্ডিত অদুনা চুহি, শঙ্গোম,

খোইহৌনচিংবা হৈহুনা থাগনি। মসিগী মরমদি অশিবনা শা, ঙা চাদে মখোয়গী চিঞ্জাক্তি চুহী, শঙ্গোম, খোইহৌনা ওইগদবনি হায়না লৌনরম্বদগী তৌরম্বনি হায়রি।

ফীরাল মুংখৎলগা নাম থিনগৎনরিবা অসিবু অশিবা কুমওনগী শত্রা খুংবা হায়না কৌই। চুহী শঙ্গোম হৈবা লোইরবদি কোয়রিবা মহাক্কা ফিরাল অসিবু অহুম্নক কোয়রগা মহাক্কা ফিরাল অসিবু কোম্লগা খুরুম্লবনি।

কুমওন তৌবগী মরুওইবা নুমীৎ অসিদি নাম থিনগৎপা হায়বদি লৈ হৌবা, ফীরান মুংখৎপা নুমীৎ অসিদা ওই, হায়না লৌই।

ফাবাল অসি মুংলনা মঙং নো' ঙাম্লগা ফীরোই নুমীৎ অসি থোকপনি নুমীং অসিদদি মীয়াম্না চাক খাঙবা হায়হুনা চাক খাঙবগী থবক থৌরম অসি পাঙথোকই মসিবু নাম থিনগৎপগী চাক খাঙবা ফিরোইগী চাক খাঙবা হায়না কৌই।

ফীরোই চাক খাঙবা অসিনু শোরাৎ কর্ম্মগী মতৌগুম্না লাইরিক শকপা অমম্বং তাবা অসি চৎনৈ। হায়রিবা নুমীৎ অসিদি লাইরিক তাবগী থবক হেক লোইবগা লাই পোলাং অসি পুথোকই। লাই পোলাং পুথোকপা অসি শোরাৎকী নিয়ম অসিগা খরদি থেনৈ। ফিরোইগী লাই পোলাং পুথোকপা অসিদি মীয়াম্না চাক ঈশিং চানদ্রিবৈগী মমাঙদা হায়বদি লাইরিক নত্রগা থারী লীবা হেক লোইরকপগা মান্দোপ ময়ায় ফাওহুনা চৎলগা অশিবগী মোংফমদা চৎলগা পোলং অসি কৎলুগনি। মসিবু অশিবগী মংগী 'চাক খাঙবা' অমদি চাক কৌবগী মওঙনি মসিবু চংনাগী চাউরবা খুদম অমনি হায়না লৌনরী।

'লাইরিক শরুপা: 'নাম তাবা; লোয়রবা তুংদা নাম থিনগৎপগী হায়বদি অশিবদা পাউ তম্বগী মওঙ ওইনা হায়রিবা ৱাহৈশিং অসি হায়বগা লোয়নননা অশিবগী থৱায়না সর্গদা নুঙাইনা শান্তি ওইনা লৈরুনবগীদমক্তনি হায়না ফিরোই শোল্লিবা মাঙোপ অসিগী খং-থংনা লৈবা খাঙেনফমগী চিথেক অসিগী মমাঙ ওইনা ফকস্ত ওইরবস্ত তিনবু ওইরবস্ত মথক কুপ্লিবা অসি থগাই অমরোম শাংনা লৌথোরগা মহাক্কী য়াইফনবগীদমক্তা অহোবা মপা 'অসিদা হৈ, লৈ, হুন্দ্নুনা হায়রিবা ৱাহৈশিং অসি হায়গনি ।

নাম অসি অরোইবা ওইনা শোনবা মতমদা শিরিবা মীগী মমিং মথা পন্দনা কৌরগা শোনগনি, পাঙ্গি অসিনা মাযাম তানন্নবা হায়রকপা মতমদা কী; হায়না মীয়াম্না খুন্নৈ । মসিবু নাম থিনগৎপা কৌই ।

নাম থিনগৎপা অসি মথল অনি থোক্লা কৈরি কৌব, অমসুং সনামহীগী নাম থিনগৎপা ওইরগা য়াইফরে, য়াইফরে হায়না মীয়াম্না খুন্নৈ । ফিরোই শোনবগী মরুওইবা নিয়মশিং অত্তুদি মথক্তা পঞ্জরিবা খর অসিনা মরু ওইবা ওইরি ।

**লোইরবা**



—:(0):—

# অরানবা চুমথোকচবা



—o—

অইবগী ফোঙলবা লাইরিক ঃ

★ লমজিং শৈরেং

★ "অন্দ্রো খুন্দা লৈতারকপা অমসুং মৈহোৌরোলগী চহনবীশিং"

অইবগী ফোঙদ্রিবা লাইরিক ঃ

★ "মীহাৎপুঙ" ( ৱারী লাইরিক )

★ "মীৎতাঙবদু ঐনি" ( উপন্যাস )

★ বসন্ত ঋতুদা ঐগী ঈশৈ ( শৈরেং )

* ইনাৎ কনবা লাইরিক *

Printed at : SHREE PRESS, Paona Bazar, Imphal.
*Written & Published by* : S. Thambal Singh, *Andro Bazar*.